মৌ পুখ্রিংময়ী.

# লাইব্রেরীগী মরম তাকপা লাইরিক

ভোল্যুম—১

অইবা :— এল. মণী

লাইরিক য়োনকম তুকানশিংবা কংবিসনি ।

Rs. 5·00

মমল

অকোংবা :—

শ্রীমতি আর: কে: আম্মাইমা

ৱাংখৈ, কোনুং মমাং।

ডিউই: ডিসিমেল ক্লাসিফিকেসন ন:—021

অহানবা কোংবা ১৯৬৫-৬৬ ইং

নম্ফম :

বীণা প্রিন্টিং ৱার্কস,

ইম্ফাল

# বাহৈদোক

লাইব্রিক অসি মণিপুরদা লাইব্রেরীগী মরমদা ইহান হান্না ফোঙজবা লাইব্রিক্নি। মণিপুর সরকারনা মতিক চানা তেংবাং-শেল পীবিবা অমদি অসিগুম্বা লাইব্রিক অমা পুথোকলকপগী থবক অসিদা য়াম্না পুক্নিং থোগৎপিবা মরমদগী লাইব্রিক অসি ফোংজবনি। লাইব্রিক অসি মণিপুরদা লৈরিবা স্কুল, কোলেজ, ক্লব, লাইব্রেরীনচিংবা পুম্নমক অসিগী দরকার ওইগদ্রা হায়না থজ্জকবদগী ইজবনি। লাইব্রিক ইরিবা ইশামক লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান'সি চপচানা অমসুং মপুংফানা হৈরবা মীরা হায়বা অদুদি নচ্চদে। অদুবু ঐহাক্না মতম খরদং কলিকাতাদা মণিপুর সরকারনা লাই-ব্রেরী সাইন্স অসি তম্নবা থাবিরুবা মরমদগী বিষয় অসি তম-জরকই। ঐহাক্না বিদ্যা অসি তমজরুবদগী খংজরকপা খরদং অদু মৈতৈলোন্দা ইচম চম্না লাইব্রিক মচা অসি ইথোকচদুনা ফোঙদোকচরি। লাইব্রিক অসিদা অরান-অহুই, ছাপা তৌবগী অরামবনচিংবা খিবিক য়াওরম্বা য়াই, মরমদি লাইব্রিক অসি য়াম্না থুয়োননা অমসুং হাথু-হাথু ইজখ্রে অমসুং ছাপা নমখ্রে। অরান-অহুই পুম্নমক লাইব্রিক অসি পাবিরিবা ইচিন-ইনাওশিংনা ভাকপীরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি অমসুং থুনমক মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি। লাইব্রিক অসি ইবদা শিজিন্নবা মচাকশিং অদু মথংগী লামায়দা পিজরি।

1. The High School Library, by C.G. Viswanathan.
2. The five laws of Library science, by S.R. Ranganathan.
3. Library Manual, by S.R. Ranganathan
4. Encyclopeadia of Librarianship, by Thomas Landau.
5. The Origin of the English Library, by Raymond Irwin.
6. Fundamentals of Librarianship, by Duncan Gray.
7. Fundamentals of Library classification, by Palmer & Wells.
8. A Practical Guide to Library Procedure, by Bimal Dutta Guha.

S. Mangi.

# হিরম্ না্মায়্

ছিরম | লামায়

## মী খুদিংমক্কী লাইব্রেরীগী

# মরম তাকপা লাইরিক



### লাইব্রেরী হায়বা অসি করিনো ?

লাইব্রেরী হায়বা বাহৈ অসি লেটিনগী বাহৈ "লাইব্রেরীয়া" (Libraria) হায়বা অদুদগী থোকলকপনি।

"লাইব্রেরীয়া" হায়বগী অর্থদি লাইরিক অমস্রুং অতৈ অইবা পোৎ থম্ফম হায়বনি। মমাংদৈদা রোমদা লাইব্রেরীগী মথৌ অসি নিংথিনা থংনরমদে। রোমানশিংগী লাইরিক, অইবা চেনচিংবা পুস্তক লাইব্রেরীয়াদা চুম্না মাংদনবা হায়দুনা থমলম্মী। মতমথোকপদি লাইব্রেরীয়া অসি হৌজিক্কী মতমগী লাইব্রেরীগী মওং মায়কৈ মায়া চাওথংপা থরা থরা হৌরকখি.

হৌজিক্কী মতমগী লাইব্রেরীগী বাখল (Modern conception of a library) অসিগা থাইমগী লাইব্রেরীগী বাখলগা য়াম্না খেন্নরে। হৌজিক্কী মতমদদি লাইব্রেরী হায়রগ চুম্নগী লাইরিক লাইও অতৈ অইবা চেনচিংবা থম্ফম ওইন লৌনদ্রে। লাইব্রেরী হায়বা অসি থোং হাংদোকতুনা থমবা লনগৈ (A treasure

house with an open door) নি। কনাগুম্বা মী খরনা লাইব্রেরী অসি লৌশিংগী লন থক্ষমগী থোঙ্গাল (Gateway to wisdom's treasure) নি হায়নৈ।

থাঙ্গেশেংনমক লাইব্রেরী হায়বা অসি মহে মশিং তমথৎলক্লিবা ছাত্রশিং অমদি লৌশিং তাল্লিবা মুপা মুপী কয়াগী কারখানানি। রিশার্চ তৌরিবা মীশিং (Researchers) না লাইব্রেরী লৈরম-দ্রবদি রিশার্চ তৌবা ঙমলমলোইদবনি। লাইরিক হবা অমদি ফোংবগী থবক তৌরিবা মীশিংনা লাইব্রেরীগী মতেং য়াম্না লৌই। লাইরবা লাইরিক লৈবা ঙমদবা ছাত্র কয়ানা লাইব্রেরীগী মতেং লৌদুনা থাক হাংল হাংলবা পরিক্ষা লাম্থোক্তুনা মপুন্সিদা মীশক থাইবা মী ওইখিবা য়াওই। লাইব্রেরীগী কান্নবা অসি মখল য়ামখ্রে। লাইব্রেরী অসি ঐখোইগী সমাজগী চংদবা য়াদ্রবা পোৎশক অমনি।

লাইব্রেরী হায়বা অসি মখল য়ামখ্রে, মদুদি স্কুল লাইব্রেরী, কোলেজ লাইব্রেরী, ইউনিভার্সিটি লাইব্রেরী, ডিষ্ট্রীক লাইব্রেরী, সেন্ট্রেল লাইব্রেরী, ষ্টেত্তুটস লাইব্রেরী, ডিপার্টমেন্টল লাইব্রেরী, স্পিসিয়েল লাইব্রেরী, নেসেনেল লাইব্রেরী অমিমচিংবা।

লাইব্রেরী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না লাইব্রেরীগী শিনকম তম্বা অসি য়াম্না মরু ওইরকলে। লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান খংবা মীত্তমা লাইব্রেরী অমা পুক্তম থোকলে। লাইব্রেরীয়ান হায়বা অসি য়াম্না লাইরিক লাইশু হৈবা মী ওইগদবনি। মহাকী তোপ তোপ্পা গুণ খরা লৈগদবনি। লাইব্রেরীয়ান হায়বসি মীমুংশি খংগদবনি, লাইরিক লাইশুদা (মরু ওইনা সাহিত্যদা) থরাই য়াম্না য়াওবা মী ওইগদবনি। মহাক মশাখিংবা মী ওইগদবনি অমসুং মতম

মতমগী পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা থোকলিবা রাজনীতিগী থৌদোক পুম্নমক অমদি অতৈ থৌদোক পুম্নমক থংবগী দরকার ওই, মরমদি—মশিং লাকভমদ্রবা তোঙান তোঙানবা রা থংনিংবা মীশিংনা পামজিবা মচাকশিং অদু মহাক্না (লাইব্রেরীয়ান্না) থিন্দুনা তাকদৌরিবনি।

লাইব্রেরী হায়বা অসি লাইরিক পাবা মীগী দমক্তনি। অদুনা লাইব্রেরী অমা লিংখৎপা মতমদা লাইরিক পাবা মীশিংগী থুদোংচাবা হান্না য়েংগদবনি। লাইব্রেরীগী রুলনচিংবা পুম্নমকসু লাইরিক পাবা মীগী থুদোংচাবা য়েংদুনা শেমগদবনি।

লাইব্রেরী করমনা লিংখৎকদগে হায়বগী রাফম অসি ভারত সরকারগী Advisory Committee for Libraries, Ministry of Education গী শোক ১৯৫৯ গী রিপোর্টতা নিংথিনা শন্দোক্লা তাক্লি রিপোর্ট অসিগী মতুংইন্না ভারতকী মফম পুম্নমক্তা লৈরিবা লাইব্রেরী পুম্নমক অসি মতিক চাদে। ভারতকী করিগুম্বা মফম অমদা নিয়ম অমগী মতুংইন্না নিংথিনা থবক তৌবা লাইব্রেরী অমত্তসু লৈতে। মরম অদুনা কমিটি অসিনা ভারতকী ষ্টেট পুম্নমক্তা অমদি সেন্টরদা লাইব্রেরীগী আইন শেম্বগী (Library legislation) দরকার ওই হায়না রিপোর্ট পীখি। মতম থরা লৈরগা ভারতকী ষ্টেট কয়াদা আইনসভানা Library Act পাশ তৌখি। উত্তর প্রদেশতা, মাদ্রাজদা, অন্ধ্র প্রদেশনচিংবা লম কয়াদা হৌজিক Library Act লৈরে। মোংচুপ বাঙ্গলাদা শিক্ষা বিভাগনা মথল মথা কয়াগী লাইব্রেরী থম্রবা থবক পাইথৎলে। চহি খুদিংগী শেল (Annual grant) পীদুনা লোংচুপ

বাঙ্গলাগী সরকারনা লাইব্রেরী য়াম্না লিংখৎহনলে। ভৌমিক চাওরাকনা নোংচুপ বাঙ্গলাদা লবাইগী লাইব্রেরী (Rural libraries) ২৫০ রোম লিংখৎলে। অসিদগী নত্তনা, Private charities, social welfare institutions, trusts, Panchayats মচিংবগী লাইব্রেরী য়ামা লিংখৎলে।

মথক্তা হায়খিবা Advisory Committee অসিনা ভারতকী লাইব্রেরীশিং অসিগী ওইতন্নিংবা ফিভম (structure) অমা তাক্লি। ফিভম অদুদি অসিনি :- লবাইগী লমশিংদা centre অমমম্ লৈগদবনি। Centre শিং অসি ডিষ্ট্রিক্ট লাইব্রেরীশিংনা পুগদবনি অমসুং হিংহনগদবনি। ডিষ্ট্রিক লাইব্রেরীশিং অসিবুনা মায়কৈ পুবা লাইব্রেরী (Regional Library) মক্রগা মথকী ষ্টেট— লাইব্রেরী (Central State Library না পুগদবনি। লাইব্রেরী মথল পুম্নমক অসি Natio ıal Library না পুগদবনি National library হায়বা অসিনা লাইব্রেরী ময়াম অসিগী মকোকতা লৈগদবনি।

লবাইগী লাইব্রেরী centre পুম্নমক কোইচং চৎপা লাইব্রেরী (Mobile library or Mobile Van Ladden with books মত্তেং পাংগদবনি। মথকী অমদি মায়কৈ পুবা লাইব্রেরীশিং (Central and Regional Libraries) অসি Copy Right Library ওইনা থবক ভৌগদবনি। মখোয়শিং অসিনা লাইরিক মতিকচানা লৈরগা লোনগী মতুংইন্না খায়দোকপা লমশিং (Language areas) দা মতিকচানা থবক ভৌগদবনি। Central

লাইব্রেরীদা লম অদুগীদমক লাইব্রেরীদা থবক তৌরিবা মী পুম্নমকপু (Library personnel) লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান অসি তম্বিগনবনি।

বিলাতদা লাইব্রেরী লিংখৎনবগীদমক মন্ত্রগা য়োকখৎনবগীদমক আইন সভা (Parliament)না আইন শেম্বা লৈতে। অদু ওইরগসু বিলাটতা লাইব্রেরীগী থবক অসি অতকপা কংলা চাওখৎলে। Local authority হায়বদি কাউন্টি অমসুং বুড়োগী কাউন্সিলশিংনা আইন শেমদুনা লাইব্রেরী য়াম্না লিংখৎলি। অসিদসু নত্তনা Valuntary association কয়ানা লাইব্রেরী য়াম্না লিংখৎলি। বিলাটতা National library bureau কয়া লৈ। Bureau শুদিংগী মনুংদা মথল মথলগী লাইব্রেরী লৈ। British Musium দা য়াম্না চাওরবা library অমা লৈ। Science Musium গী library অমা লৈ। ভিক্টোরিয়া অমসুং Albert Musium গীসু library লৈ। অসিদসু নত্তনা অচৌবা শিংখাবা য়াবা লাইব্রেরীশিংগী মনুংদা স্কোলেণ্ডগী Natinoal library, Wales কী National library, Boldeian library, Oxford University গী library, Cambridge University গী library, Dublin দা লৈবা Trinity College গী library মচিংবা অসি অথোইবনি। মথকী library শিং অসিদা অতকপা কংলা লাইখিক লৈ। লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান মতিক চানা খংলবা মীশিংনা লাইব্রেরীশিং অসি চাওখৎবা বিজ্ঞানগী নিয়মগী মতুংইন্না পুই। মথকী লাইব্রেরীশিং অসি নত্তবা নক্লাইথবাই অমদি সরকারগী মকম পুম্নমক্তা মথল মথলগী লাইব্রেরী য়াম্না মচা কয়াসু লৈ।

পব্লিক লাইব্রেরী লিংখৎপা অমদি য়োকপগী থবক তৌরিবা অসি Local authority না parliament কী Act মতুংইন্না তৌবনি, parliament না আইন পাস তৌদুনা Local authority শিং অসিবু আইন শেমহল্লি হায়বদি permissive legislation তৌহল্লি।

বিলাটতা চাওরাক্লা লাইব্রেরী ৩০,০০০ য়োম লৈ। লাইব্রেরীশিং অসিনা মী কোটি ৫০ হেন্না সেবা তৌই। লাইব্রেরীশিং অসিদা চাওরাক্লা লাইরিক ৫৭,০০০০০০০ লৈ। হায়রিবা মশিংশিং অসি শোক ১৯৬০-৬২ গী মশিং চাক্নি।

আমেরিকাদা লাইব্রেরীগী থবক অসি অঙকপা ফংনা চাওখৎলে। আমেরিকান লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অমসুং লাইব্রেরী Extension Agency শিংনা লাইব্রেরী পুন্নমক নিয়ম অমগী মখা পোন্না চপমান্না চৎননবা (Co-ordination লৈনবা) থবক পাইখৎলি। আমেরিকাগী ষ্টেট খুদিংদা State Library Agency অমমম্ লল্মী। State অয়াম্বদা মখল খরগী লাইব্রেরী, হায়বদি ইতিহাসকী মচাক (Books & other historical documents) থম্নবা লাইব্রেরী ( Medical library ) অসিমচিংবা লৈ। State library না নত্রগা Education Department না মত্রগা লম্নাইগী কাংবু Private commissions না ষ্টেট অমগী লাইব্রেরী ময়াম অদু চাওখৎনবা শিল্লি। আমেরিকাগী ষ্টেট করাদা শেল (Grant-in-aid) পিদুনা লাইব্রেরী চাওখৎনবা তৌই। আমেরিকা অসিদা লাইব্রেরী মশিং লাকতমদনা লৈখ্রে। মরম অদুনা মখোয়গী মমিং পল্লবগী থোইনা কান্নবা লৈন্তে।



# লাইব্রেরী হৌরকপগী ইতিহাস

## ( History of Library movement)]

আমেরিকা ঃ—আমেরিকাদা খ্বাইদগী ইহান হাপ্পা লিং-খৎখিবা লাইব্রেরীদি হারভার্ড কোলেজগী লাইব্রেরীনি। মসি ইংশোক ১৬৩৮ দা লিংখৎখিবনি। অহানবদা লাইব্রেরী অসি লাইরিক ৪০০ খক্তনা হৌদোকখিবনি। মসিগী মমাংদা লাইব্রেরীগী মওং মানবা Organisation খরসু লৈরম্মী; অদুবু ভশেংবা লাইব্রেরীগী মওংদা থবক তৌরমদবা মরম্না মখোয় অদু libraryগী শীংদা চন্দে। শোক ১৭৭৬ তা আমেরীকাগী কোলোনি ১৩ দা পব্লিক লাইব্রেরী ২৯ লৈরম্মী অমসুং লাইব্রেরীশিং অসিগী অপুনবা লাইরিক্না ৪৫,৬২৩ ওইরম্মী। মথং মথং অসুম চাওখৎলক্তুনা মতম খরা লৈরগা হায়রবদি শোক ১৮০০ দা পব্লিক লাইব্রেরীগী মশিং ৫৯ শুখি। Library of congress (or National library) হায়রবা অদুসু শোক ১৮০০ দা আমেরিকাগী ফেডেরেল লেজিসলেচর ( Congress ) না শিজিন্নবগীদমকতা লিংখৎখি। হৌজিক মসি অচৌবা লাইব্রেরী অমা ওইরে। শোক ১৮০০ অমসুং ১৯০০ গী মনুংদা আমেরিকাগী ষ্টেট অয়াম্বদা প্রজানা শেল থাইনদুনা হিংহনবা লাইব্রেরী কয়া (Subscription Libraries) লৈরম্মী। মখোয়শিং অদু মমৈথংদা ষ্টেটকী সরকারনা শেল

(Grant-in-aid) পিডুনা হিংহনখি। শোক ১৮৫০ দা পব্লিক স্কুল লাইব্রেরী মংতুনা আমেরীকাদা লাইব্রেরী ৬৯৮ লৈরম্মী। মখোয়শিং অদুগী লাইব্রিক মশিংনা ২,২০২,৭২৩ নি। শোক ১৮৪৮গী মার্চ থাদা মাশাচুসেটসগী আইন সভানা লাইব্রেরীগী আইন (Library Act) অমা পাশ তৌখি। শোক ১৮৯০ গী অদু-মক্তদা আমেরিকাগী স্টেট অয়াম্বদা লাইব্রেরীগী আইন শেম্বগী (Library lagislation থবক অসি য়াম্না চত্থনখি অমসুং লাইব্রেরীগী Commissions অমসুং Agencies য়াম্না লিংখৎ-তুনা মখল মখলগী লাইব্রেরী লিংখৎনবা অদুগা লৈরিবা লাইব্রেরী পুন্নমক চাওখৎনবা তৌখি। আমেরিকাদা পুন্নমক্কী ওইবা আইনদা (Federal laws) লাইব্রেরী ওক কংগ্রেস অমদি কোলুম্বী-য়াগী লাইব্রেরী, ডিপার্টমেন্টেল লাইব্রেরী, লাইব্রেরী এজেন্সি-মচিংবা পুন্নমকপু লাকই। ইংশোক ১৯৩৮ দা আমেরিকাগী এজুকেশনা library শিংদা মতিকচানা শেল পিবিদবদগী ইরাং অকনবা অমা তৌখি। মদুগী মতুংইন্না আমেরিকাগী সরকারনা মতিকচানা তেংবাংশেল (Grant in-aid পিদুনা লাইব্রেরী পুন্নমক চাওখৎনবগী থবক পায়খৎখি।

হৌজিক আমেরীকাগী ষ্টেট ১৪ দা লাইব্রেরীগী আইনগী (library laws লৈরে। আইনশিং অদুগী মতুংইন্না মখল মখা অমা লাইব্রেরীদা মতিকচাবা লাইব্রেরীগী বিষয়দা য়াম্না থঙ্ লৈবা মীওম্না লাইব্রেরী থবক তৌহল্লে। হৌজিক চাওখৎ-লকলিবা আমেরিকাগী ষ্টেটশিংনা আইন শেমদুনা লাইব্রেরীগী

থবক অসি য়ামনা লেপহন্দুনা প্রকাবৃ সেবা তৌরি। অমৌ-অমৌবা বিজ্ঞানগী উপাই (latest scientific methods) শিজিন্নবা হৌখ্রে। হৌজিক আমেরিকাদা লাইব্রেরীগী সংসার অসি অঙকপা অমা ওইরে। লাইরিকী মেলা (Book exhibition) লাইব্রেরী নৈনবা (Library seminar), ষ্টেট অমগা ষ্টেট অমগা (Inter-state) লাইরিক বাইনবগী নিয়মনচিংবা থবক কয়া পায়খৎলে। ল্যাইব্রেরীগী ফিভম অসি কয়াদা নিয়ম মাইনা নৈনবগে হায়বা অদু মখাদা ইরিবা ইংরেজীগী বাহৈ খরা অসিদগী খংবা ঙমগনি।

"In short the American Public Library system is organised under state law, city charter or ordinances or some form of corporate organisation, usually an association or private trust. Control is vested usually in a Board of Trustees responsible to the executive or legislative authority of the lacal government of the area served."

### বিলাট অমসুং অয়াংথংবা আইয়ালেণ্ড

বিলাটকী ইতাম হাননবা পব্লিক লাইব্রেরী অদু লণ্ডনগী পিল্ডহোলনা শিন লাংদুনা লিংখৎখি। পব্লিক লাইব্রেরীনা লাইরিক লাইঙ নৈদুনা মওং অমা ভাবকপা অসি শকাব্দ ১৫ গী অদু-রাইদনি। শকাব্দ ১৭ শুবগী অদুরাইদা অয়াপ্পা লমগী লাইব্রেরী (Provincial Library) লিংখৎপা হৌখি। শোক ১৮৪১ দা লণ্ডন লাইব্রেরী সেইন্ট জেমস স্কোয়াদা লিংখৎখি খোবাস

'কারলাইল (Thomas Carlyle), উইলিয়াম এভার্ট ( William Evart, M.P.) এডবার্ড এডবার্ডস (Edward Edwards) of Manchester) মচিংবা অকাওবা মীশিং অসিনা পব্লিক লাই-ব্রেরী এক্ট ১৯৫০ ( Public Library Act, 1950 ) পাশ তৌহল্লমবা কল্লা লোমখি। হায়ব্রিবা পাশ তৌখিবা পব্লিক লাইব্রেরী এক্ট অসি শক্তি পীবা আইন ( Permissive Act ), হায়বদি পার্লিয়ামেন্টগী আইন অসিনা অতে লমগী ওঠোরিটিদা (Local authorities ) মপাঙল পিহুনা লাইব্রেরী লিংখৎপা অমদি পাম্নবগী খর্বক তৌহনখি। য়াম্না খুনা নোড়উইচ ( Norwich ) হায়বা শহর অহুনা মথক্তা হায়খ্রিবা এক্ট অসি লৌখি। শোক ১৪৭৭কী অহুবাইদা লোকেল ওথোরিটি ৪৬ মু আইন অসি লৌখি। শোক ১৮৭৭দা লাইব্রেরী কাংলুপ (Library Association) অমা শেমখি। শোক ১৯৫৪ দা বৃটেন অমদি আইয়ার্লেণ্ডদা লাইব্রেরী পুবা শক্তি (Library authorities) ৬০৪ শেমখি। মখোয়শিং অহুগী মরুদা কাউন্টী লাইব্রেরী ওঠোরিটী ৯৪নি অহুগা ম্যুনিসিপাল লাইব্রেরী ওঠোরিটীনা ৫১০ নি। হৌজিক বিলাট অমদি অবাং আইয়ার্লেণ্ডদা মথল মথলগী লাইব্রেরী লৈরে।

রাশিয়াদা শোক ১৯১৭ কী মতুমদা লাইব্রেরীগী ফিতম অসি য়াম্না ফবা হেৎলংখি। শোক ১৯১৭ অসি রাশিয়াগী চাওখৎপা হৌবগী মতম্নি। লাইব্রেরী চাউখৎলকপী সরকারনা আইনশিংনা পাশ তৌখি অদুমুং শেল য়াম্না কায়খোকখি। মোস্কো (Mosco) লেনিনগ্রেড ( Leningrad ) খারকেভ ( Kharkev ), কিয়েভ ( Kiev ) মচিংবা মফমদা অচৌ অচৌবা লাইব্রেরী লিংখৎখি। হৌজিকী মফমদা রাশিয়াগী লেনিন লাইব্রেরী (Lenin Library)

[illegible] অদু পৃথিবীগী থ্বাইদগী চাউরবা লাইব্রেরীশিং অদুগী [illegible] অমনি। সৌভিক রাশিয়াদা লাইব্রেরী ৩৫,০০০ দগী [illegible] লৈ।

ভারতা লাইব্রেরীগী রাথল অসি লৈরমদবা নত্তে। সৌভিয়েট লাইব্রেরীগী মওং অসিমক্তি থাইনা ভারতা লৈরমদে। মুভিং থবিনচিংবা অদু কোইচৎ-চৎপা লাইব্রেরী (Mobile Library) [illegible] হায়বা য়াই। মমৈথংদা লাইরিক ইবগী থবক আস হৈয়রকপা মতমদগীদি অইবা লাইরিক লাইশু পুন্নমক লাইশংদা নত্রগা আশ্রমদা থমমরম্মী। বুদ্ধগী মতমদা লাইব্রেরীগী থবক অসি য়াম্না চাওথংখি। ফাহিয়ান কৌবা চীনাগী লাইরিক হৈয়বা নিপা অদুনা পাটলীপুত্রগী লাইব্রেরীগী মরমদা নিংখিনা পনখি। অসিদগী মৎতুনা ভারতকী অকাওবা মফম হায়বদি নালন্দ, তক্ষশিলানচিংবা মফমদা লাইব্রেরী লৈরম্মী। লাইব্রেরীশিং অদু য়াম্না চাওথংলমগদবদা বক্তিয়ার খিলজীগী সিপাহীনা ১৪ শুবা শকাব্দদা থুগাইখি।

মুসলমান নিংথৌগী মতমদা লাইব্রেরী অসি য়াম্না নুমা ত্তোনরম্মী, মরমদি মুসলমান নিংথৌ অয়াম্বা লাইরিক লাইত হৈবা মী ওইরম্মী। মখোয় মশাগী মরমাইগী লাইব্রেরী কাওবা লৈরম্মী।

খোক ১৯০১দা লোর্ড কুর্জনা কালিকাতাগী পব্লিক লাইব্রেরী অসি ইম্পেরিয়েল লাইব্রেরী (Imperial Library) গা পুনশিনহনখি। মতম থরা লৈরগা লাইব্রেরীগী থবক অসি মওং চাবা

কিতম অমদা লাকখি। লাইব্রেরী চাওখৎনবা তৌবা মীশিংগী Pioners of Library movement) মখুংদা বারোদাগী শিংবৌ শায়াজী অসি অমা ওইরম্মী। মহাক্না বারোদাগী লাইব্রেরীগী কিতম অসি কহয়নবা অমদি লাইব্রেরী মতিকচাগা থম্নবগীদমক আমে-রিকান মচা ইঃ এঃ বোর্ডেন কৌবা মিপা অমবু বারোদাগী ষ্টেট লাইব্রেরী ডিপার্টমেন্টগী ডাইরেক্টর হাপখি।

শোক ১৯২৭ তা মোহিন্দর দেব রায় কৌবা বাঙ্গালগী মশাওবা মিপা অমনা বেঙ্গল লাইব্রেরী এসোসিয়েসন লিংখৎখি অমসুং বাঙ্গলাদা লাইব্রেরীগী আইন (Library act) লৈনবা কন্না হোৎনখি। হৌজিক "বেঙ্গল লাইব্রেরী এসোসিয়েসন" অসি য়াম্না চাউরবা ওরগেনাইজেসন অমা ওইরে। চহি খুদিংগী য়ামদ্রবদ এসোসিয়েসন অসিনা লাইব্রেরীয়ানসিংকী ট্রেনিং পিদুনা চাওরাক্না মী ২০০ দি লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান অসি খংহল্লি। ভারতকী মকম অয়াম্বদগী এসোসিয়েসন অসিদা লাইব্রেরীগী বিদ্যা (Librarienship) তম্বা ছাত্র য়াম্না লাকই।

শোক ১৯১৪ দা অন্ধ্রা প্রদেশতা লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অমা লিংখৎখি। মকম অসিদা মতম অতুদগী হৌরতুনা লাই-ব্রেরীগী থবক অসি য়াম্না চাউখৎপা হৌখি। ভারত পুম্নমক্কী ওইবা "ইন্দিয়ান লাইব্রেরী এসোসিয়েসন" অসি শোক ১৯৩৩ দা লিংখৎখিবনি। হৌজিক ভারতকী ষ্টেট অরাম্বা লাইব্রেরী এসোসিয়েসন লৈরে। অসিগা লোইননা লাইব্রেরীগী আইন (Library act) শু ষ্টেট খরদা লৈরে।

পঞ্জাবতা "পঞ্জাব ষ্টেট লাইব্রেরী এসোসিয়েসন" কৌবা এসোসিয়েসন অমা লৈরে। মসি ভারতকী খ্বাদগী কুইরবা—এসোসিয়েসন অমনি। মানচন্দ্র, সোহানসিংহ, শান্তরাম ভাতিয়া-নচিংবা মীশিং অসিনা এসোসিয়েসন অসি লৈরকবা হায়রুকা কন্না থোমখি। সোহানসিংহনা সেকেণ্ড ফাইভইয়ার প্লানগী মতুংদা পঞ্জাবতা সেনট্রেল ষ্টেট লাইব্রেরী (Central State Libraries) অমদি লাইব্রেরী এডভাইজরী কোমিটী (Library Advisory Committee) লিংখৎনবা কন্না হোৎনরম্মী। অদুবু শ্রীসোহান সিংহনা পাংথোকনিংবা থবকশিং অদু মপুংফানা পাংথোকপা ঙমখিত্রবসু মহাক্না লাইব্রেরী চাওখৎনবগী লম্বীদি থোরমদে। হৌজিক পঞ্জাবকী সহর চান্দিগরদা চাওরবা সেনট্রেল ষ্টেট লাইব্রেরী অমা লৈরে। ডাক্তর এঃ সিঃ জোসি অমদি পঞ্জাবগী এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা হায়রিবা লাইব্রেরী অসি লিংবনবগী-দমক ৱান্না কন্না হোৎনখি।

হৌজিক ভারতকী মরুওইবা সহর হায়বদি চান্দিগর, দিল্লী, কলিকাতা, মাদ্রাজ, বোম্বে, মহিশুরনচিংবা মফমদা সরকারনা লিংখৎপা পব্লিক লাইব্রেরী লৈরে অসিদসু মতমা হায়রিবা সহরশিং অসিদা অমদি অতৈ চাওখৎলবা সহর কয়াদা ম্যুনি-সিপাল লাইব্রেরীসু লৈরে।

আসামদা লাইব্রেরীগী কিতন অসি অতৈ ষ্টেটকা রেংখবদা থবা চাওখৎত্রি। অদুমকপু সরকারনা অমদি প্রজাশিংনা মখল কয়গী লাইব্রেরী লিংখৎলে। শিলংদা আসাম সরকারগী ষ্টেট লাইব্রেরী অমা লৈরে।

শন্না হায়রবদা ভারত্তা লাইব্রেরীগী ফিভম অসি লন্নাইনা-অমদি সরকারগী ওইনা ফমনবা কন্না হোৎনরকলি। পৃথিবী-গী ভাতৃত্ব-বঙ্গনাথন হায়রবা নিপা অসিনা ভারত্তা লাইব্রেরীগী অচৌবা অসি চাওখৎহনবা কন্না হোৎনরি। মহাক, হৌজিক নেশনেল রিসার্চ প্রোফেসার (National Research Professor) ওইরি। দিল্লীদা ভারত সরকার অমসুং ইউনেসকো (UNESCO) না পুরা "দিল্লী পব্লিক লাইব্রেরী" লিংখৎলে। মসি এশিয়াগী মনুংদা অফবা লাইব্রেরীনি। মাসি শোক ১৯৫১ দা লিংখৎখিবনি। ভারত্তা ইউনিভার্সিটী ৪০ গী মখক ওইখ্রে লৈ। মখোইশিং অসিগী লাইব্রেরী লৈ। ইউনিভার্সিটী গ্রান্টস্ কমিশনদা (University Grants Commission) না লাইব্রেরী-কমিটি শেম পিদুনা মতেং পাংলি। অসিগী মতমা কমিশন অসিনা কোলেজ ইউনিভার্সিটীশিংদা লৈরিবা লাইব্রেরীয়ানশিং অমদি খুৎশাইহেনবশিং (Technician) গী ভলব, কোয়ালিফিকেশনশিংবা লেপ-খোক্তুনা ভারত সরকারদা রিপোর্ট পিখ্রে। মতম খরা লৈরগা ভারতকী লাইব্রেরীশিং অসি য়াম্না কগৎলকপা য়াবগী খুদম য়াম্না লৈরি।

লাইব্রিক-লাইশু য়াম্না হৈবা মীশিংগী এসোসিয়েশন, ইনস্টিটিউশনশিংদা লাইব্রেরী কয়া লৈরে। "এসিয়াটীক সোসাইটী অফ বেঙ্গল"গী লাইব্রেরী অমা লৈরে। সোসাইটী অসিগী বোম্বেদসু লাইব্রেরী অমা লৈ। বেঙ্গালোরদা "ইন্ডিয়ান ইনস্টিটিউট অফ সাইন্স" কী স্পেসিয়েল লাইব্রেরী (Special Library) অমা

-লৈ। সরকারনা নেসেনেল লেবোড়েটারী-কয়াদা লাইব্রেরী য়ম্না লিংখৎলে। তোঙান-তোঙানবা মিনিষ্ট্রিজ (Ministries) গী তোঙান তোঙানবা লাইব্রেরী লৈ। ভারতকী খ্বাইদগী চাওবা লাইব্রেরীদি কালিকাতাদা লৈবা "নেসেনেল লাইব্রেরী" (Natio-nal Library) হায়বা অদুনি। লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক কোটা মথাই অমদগী হেন্না লৈ। অদুবু ভারতকী কোলেজশিংগী লাইব্রেরীশিং অসিদি নিংথিবা মওংদা লৈত্রি। শোক ১৯২১ গী থাবাপ্তপারী (Census) গী মতুং ইন্না ভারতা চাওরাক্লা কোলেজ লাইব্রেরী ৭০৯ লৈ। হৌজিক্তি কোলেজ লাইব্রেরী ৮০০ দগী হেন্না লৈরে। অয়াম্বা কোলেজ লাইব্রেরীদা লাইরিক ১০,০০০ দগী তানা লৈ। মরম অদুনা ভারত সরকারনা লাইব্রেরী পুম্নমক অফিসী ফিভম অসি ফবা হেনগৎহন্নবা কন্না হোৎনরি। লাইব্রেরী সেমিনার, কনফরেন্স (Library Conference, Seminar, etc.) অসিমচিংবা তৌদুনা ভারতকী লাইব্রেরীশিং অসি ফগৎ-হনবা সরকার অমসুং প্রজাগী কাংলুপ কয়ানা অকন্না থবক পাইথরক্লি। মিনিষ্ট্রি অফ এডুকেসন্না (Ministry of Edu-cation) ভারতকী ষ্টেট পুম্নমক্তা শেল (Grant) পিদুনা তোঙান অহুম-চংবা লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান অসি তম্বগী থবকশু পাইখৎপা হৌরে। মণিপুর ষ্টেট সরকারনা থৌরম অসি থুনা মণিপুরগী মনুংদা পাইখৎনবা হোৎনজরগনি হৌদ্রি।

শোক ১৯৫৪দা ভারত সরকারনা কালিকাতাগী নেসেনেল লাইব্রেরীগী লাইরিক মশিং হেনগৎহন্নবা হায়দুনা—"ডেলিভরী অফ বুকস্ এক্ট" (Delivery of books Act, 1954) পাস

ভৌথি আইন অসিগী মতুং ইন্না ভারত সরকারনা হেক থোংবা মেগাজিন অমসুং লাইরিক খুদিংমক নেসেনেল লাইব্রেরীদা পিরি। চহি খুদিংগী নেসেনেল লাইব্রেরী অসিনা আইন অসিগী মখাদা লাইরিক ৫০,০০০ ফংঙি। ভারতকী মকম অয়াম্বদা চহি মঙাগী থৌরাং ( 5—yr. plans ) গী মনুংদা সরকারনা লাইব্রেরী য়াম্না লিংখৎলে।



## মণিপুরদা লাইব্রেরীগী আইন শেম্নগী থবক অমসুং ভারতকী ষ্টেটশিং অমদি অতৈ দেশকী লাইব্রেরীগী আইনশিং।

লাইবক থীবদগী মণিপুরদা ঙসি ফাওবদা লাইব্রেরীগী থবক অসি অয়াম্বা প্রজাশিংনা নিংথিরা খংবিদ্রি। লাইব্রেরী হায়রবা অসি করিনো অদুগা মানা ঐখোইগী জাতি অসিদা করি কান্নবা ভৌবা য়াবগে হায়রবা খংবা মীশক অসিসু ওস্লোক্না মশিং য়ামখিদ্রে। মণিপুরগী সরকারনসু লাইব্রেরী হায়রবা অসি করিনো, মানা প্রজাদা করি কান্নহনগনি হায়রবা অসি খঙ্না মখৈ খংলগনু, চপ চান্না থবক পাইখত্তুনা মণিপুরগী লাইব্রেরীগী ফিভম অসি অতৈ দেশকী মতো-ঙুন্না নিংথিনা পুখৎপা উদে। অতৈ দেশকী বাদি থমখিনি। ভারতকী মকম অতৈ, অতৈদা লাইব্রেরীগী ইয়াং অসি অমুপকী

মতিক কমখ্রে মডুদি ষ্টেট অয়াম্বনা লাইব্রেরীগী আইন (Library act ) পাস তৌনখরে। সহরদা অমদি লবাইনচিংবদা মখল মখা অয়াম্বা লাইব্রেরী লিংখৎখ্রে।

ভারত সরকারনা শোক ১৯৫৯ দা এডভাইজরী কোমিটী কোর লাইব্রেরীজ (Advisory Committee for Libraries) গী রিপোর্টকী মতুং ইন্না লাইব্রেরী চাওখৎনবা আইন শেমগদবনি হায়না লাওথোকখি।

মসিগী মমাংদা শোক ১৯৪৮ দা মাদ্রাজ পব্লিক লাইব্রেরী এক্ট (Madras Public Library Act, 1948) পাস তৌদুনা মাদ্রাজগী সরকারনা মাদ্রাজগী মফম অয়াম্বদা পব্লিক লাইব্রেরী লিংখৎখি। মসিগী মতুং চহি ৬ লৈরগা হায়দ্রবাদকী সরকারনা ষ্টেটাউট্ বুক ( Statute Book ) ত লাইব্রেরী এক্ট অমা হাপখি। হায়বদি হায়দ্রবাদস্তু লাইব্রেরীগী আইন ( Library act ) অমা লৈখ্রে। হায়দ্রবাদকী মফম অয়াম্বদা পব্লিক লাইব্রেরী অমদি অতৈ মখলগী লাইব্রেরী কয়া লিংখৎপা হৌখি। মাদ্রাজগী পব্লিক লাইব্রেরী ওঠোবাটাদগীদি হায়দ্রবাদকী পব্লিক লাইব্রেরী ওঠোবীটানা মপাঙ্গল কনবা হেল্লি। হায়দ্রবাদকী "অসফীয়া ষ্টেট লাইব্রেরী" (Asfia State Library অসিনা ষ্টেট লাইব্রেরী অমগী থবক তৌবতা নত্তনা ষ্টেট সেণ্ট্রেল লাইব্রেরী (State Central Library ) গী থবকস্তু তৌই।

পঞ্জাবতা, উত্তর প্রদেশতা, বোম্বেদা অমদি অতৈ ষ্টেটশিংদা লাইব্রেরী আইন লোইনা লৈনখ্রে। ষ্টেটকী সরকারনা অকমবা থবক লৌথত্তুমা মখল মখা কয়াগী লাইব্রেরী লিংবা হৌখে।

লাইব্রেরীগী মরমদা অতৈ দেশকা ভারতকা চাংদম্নবা য়াদে। অতৈ দেশ হায়বদি বিলাট, আমেরিকা, জাপান, চিনা, রাশিয়া, ফ্রান্সনচিংবা লমদদি লাইব্রেরীগী ফিভম অসি য়াম্না চাওখৎখ্রে। অনৌবা বিজ্ঞানগী মতেং লৌদুনা লাইব্রেরীশিং অসি য়াম্না রাংবা থাক্তা পুখৎখ্রে।

ইংশোক ১৮৫০ দা বিলাটতা লাইব্রেরীগী আইন অমা পাশ তৌখি। মতুংদা লাইব্রেরীগী আইন কয়ামুক পাশ তৌখি। মখোয় পুম্নমক অসি শোক ১৯১৯ গী লাইব্রেরীগী আইন (Library Act, 1919) না শেমদোকখি। শোক ১৯৪৫ দা ফ্রান্সকী সরকারনা লাইব্রেরীগী আইন অমা পাশ তৌখি। জাপান্না এশিয়াগী লৈবাক পুম্নমক্কী ইহান হান্না লাইব্রেরীগী আইন পাশ তৌখি। শোক ১৮৯৯ দা মখল মখা অয়াম্বা লাইব্রেরী লিংখৎনবা অমদি য়োকখৎনবা জাপানগী সরকারনা আইন পাশ তৌখি। আমেরিকাগী সরকারস্থ মখল মখা অয়াম্বা লাইব্রেরীগী আইন পাশ তৌদুনা লাইব্রেরী চাওখৎনবা থবক কয়া লৌখৎখ্রে। আমেরিকাগী লাইব্রেরীগী ফিভম অসি মথক্তস্থ হায়খ্রে। লাইব্রেরীগী আইন শেম্বা হায়বা অসি হৌজিক্কী পৃথিবীগী দেশশিং অসিগী য়াম্না কান্নবা অমদি তৌদবা য়াত্রবা থবক অমনি। লাইব্রেরী হায়বা অসি গনতন্ত্রগী সমাজ অমগী য়াম্না কান্নবা অমদি থাদোকপা য়াত্রবা পোৎনি। লাইব্রেরীনা প্রজাশিংগী লৌশিং হেনগৎহল্লি অমসুং মখোয়গী মগুণ হেনগৎহল্লি।

লাইব্রেরীগী আইন শেম্বা অসি নিয়ম থরগী মতুং ইন্না তৌগদবনি। আইনশিং অহু য়াম্না চেৎলোইদবনি। লম লম

অদুগী কিভম অমসুং দয়কারগী মতুংইন্না আইন শেমগদবনি। আইন অদুমা লাইব্রেৱী ময়াম অসি নিয়ম অমগী মথা পোল্লহন-গদবনি। লাইব্রেৱীগী আইন্দা ভোঙান ভোঙানবা লাইব্রেৱীগী ভোঙাম ভোঙামবা রুল য়াওগদবনি। ষ্টেট খুদিংদা লাইব্রেৱী পুন্নমকপু পান্নবা ওৱগেনাইজেসন অমা থমগদবনি। হায়ৱিবা ওৱগেনাইজেসন অসি মতিকচানা শেল লৈগদবনি। শেল য়াও-ৱবদি লাইব্রেৱী চাওখৎনবা হোৎনবদা অপনবা অমা ওইগনি। হায়ৱিবা ওৱগেনাইজেসন নত্রগা ডিপার্টমেন্ট অসি ডাইরেক্টৱ অমনা পুগদবনি। লাইব্রেৱী আইন্দা কোমিটী শেম্বগী বা য়াও-গদবনি। কোমিটীশিং অদুমা লাইব্রেৱীশিংগী থবক পুন্নমক য়েংশিন-গদবনি। লাইব্রেৱীগী বিজ্ঞান তমলুৱবা মীতনা লাইব্রেৱী পুবগী থাক্ম অসি লাইব্রেৱীগী আইন্দা য়াওগদবনি। আইন অদুনা লমগী ওইবা ( Local ) ষ্টেটকী অমদি জাতিগী ( National ) লাইব্রেৱী পুৱিবা অহম্বা (Library authority) অদুগী মথৌ অমসুং দায়ীত্ব (responsibility, নিংথিনা ভাকদবনি।

লাইব্রেৱীগী শংগী মঙং ( Design of a Library ) লাইৱিক খনবা (Selection of books) লাইৱিক পাবগী খুদোং-চাবা পোৎশিং (Facilities for reading books of the library) অসিনচিংবা হিৱমশিং অসিগী দায়ীত্ব অদু লাইব্রেৱী পুবা অহম্ব শিংনা লৌগদবনি। লাইব্রেৱীগী আইন অসিদা লাইব্রেৱীশিংনা চৎলিবা খরচ পুন্নমক য়াম্না ওইজবা খরচ ওইহনগদবনি। হায়বদি লাইব্রেৱী আইন্না লাইব্রেৱীদা শেল মাংহনবা থিংগদবনি। অসি-

দস্নু নৎতনা লাইব্রেরীগী আইন্দা লাইব্রেরী য়াম্না লিংখৎপা, লাইরিক পাবা মীশিংগী খুদোংচাহনবা অমসুং লাইব্রেরীগী থাক থাংহন্নবগী বা কম পূর্ননক অসি য়াওহনগদবনি।

# ৪

## লাইব্রেরীগী হিসাব অমসুং বজেট
## ( Library accounts and budget )

লাইব্রেরী হায়বা অসি শেল য়াওদনা হিংবা য়াদে অদুনা চহি খুদিংগী লাইব্রেরী বজেট অমা লৈগনি। চহি লোইরিবৈগী মমাংদা মথংদা লাককদোরিবা চহি অদুগী মনুংদা শেল করি কয়া চংগদগে হায়বা অদু লাইব্রেরী অদুগী ফীভম অদু য়েংলগা অমদি লাইরিক পারগদোরিবা মীশিং অদুগী দরকার অদু য়েংলগা বজেট শেমগদবনি। লাইব্রেরী বজেটতা হাপকদোরিবা হিরমশিং ( Items ) অসি মখল অসি পোক্ন থায়দোকপা য়াই।

১ বা মখল ঃ—

(১) থবক তৌবা মীশিংগী তলব, মশা ফংলক্ত্রা থবক তৌবা মমকন্দ্রবা অমদি থবক তোকলগা থবক তৌবা থংদতুনা বারদগী

ফোকহমনবগী শেল (Expenses for health and unemployment insurances)।

(২) লাইরিক লৈবদা অমদি অতৈ মেগাজিনশিংবা লৈবদা চংগদবা শেল।

(৩) লাইরিক শেগায়-ভুকায় ময়াম শেম্বদা চংগদবা শেল।

(৪) লাইরিক লাইশু অদি অতৈ চেনম্বদা চংগদবা শেল।

(৫) এডভরটাইজমেন্টকী চংদবা শেল।

(৬) চিঠি থাদোক থাজিন তৌবদা চংগদবা শেল।

(৭) লাইরিক-লাইশু চেমবদা চংগদবা শেল (লাইরিক মমল মতুমা চংগদবা পোস্টেজ অসিনচিংবা)।

২ শুবা মথল :—

(১) লায়ব্রেরীগী শঙ বায়বগী ভারা নত্রগা লমগী খাজনা।

(২) শেল পুরুবা শিংননবা শেল।

(৩) লাইব্রেরীগী লম-তু অমদি লাইব্রেরী শঙ শেম্বা অমসুং ফজনা থম্নবগীদমক চংফম থোকপা শেল।

(৪) এলেকত্রিক পানবগী খাজনা অসিনচিংবা।

সরকারগী লাইব্রেরী বজেট শেম্বা লুই ময়মদি বজেট শেমলুরিবা মিপা অদু য়াম্না লুবা ফিভমদা লৈরকপা য়াই। ফাইনান্স ডিপার্টমেন্টনা নত্রগা ওডিটারনা বজেট শেম্বা য়াওরুবা মীশিং অদু অরানবা ইষ্টিমেট তৌরমলবদি চেম্বরে। ময়ম অদুমা বজেট শেম্বদা য়াম্না চেকশিনগদবনি। অয়েম্বদা খরচ তৌরোইদবনি। বজেটকী চে য়াম্না চেকশিন্না থমগদবনি।

লাইব্রেরীগীসু মথল মথলগী আই (Income) লৈ। লাইব্রিক থেংনা হল্লকপগী জরী (Default fine), ফত্তবা চে-সুং য়োম্বোকপগী মমল, সরকারনা পিবা শেল (Grants from the goverment) লোকেল ওঠোরিটীশিংনা নত্রগা দাল তৌগনবা কাংলুপশিং (Charitable institntions) না পিরকপা শেল অসিমচিংবা অসি লাইব্রেরী অমগী আইনি।

লাইব্রেরীগী হিসাব অসি য়াম্না চেকশিন্না তৌগদবনি। বিল অমা পাশ তৌত্রিভৈগী মমাংদা মখাদা পিরিবা নিয়মশিং অসি তাকদবনি :—

(১) চৎকদৌরিবা শেল অদু বজেটতা য়াওগদবনি।

(২) লাইব্রেরীগীদমক্তা লৈরুরিবা পোৎশিং অদু মতিকচাবা ওফিসারনা হুকুম তৌদুনা লৈরুব্রা হায়বদু য়েংগদবনি।

(৩) মাংজোমনা শেল পিথোকলোইদবনি।

(৪) লাইব্রিক অমদি অতৈ পোৎশিংগী মমল অদু চুমব্রা হায়না হাম্না য়েংগদবনি।

(৫) লৈরুরিবা পোৎচৈ পূম্নমক চুম্না অমদি শেংনা ফংলব্রা হায়বদু য়েংগদবনি।

(৬) বিল অমদি হিসাবকী চে পূম্নমক্তা মরিলৈনবা অমদি তৌকম থোকপা ওফিসার অদুনা চুমলে হায়দুনা ইগবদুনি।

লাইব্রিক লৈবা মতমদা লাইব্রিক য়োনবা দুকানশিংদা মথোয়দগী লৈগদৌরিবদি লাইব্রিকশিং অদু মমল কয়া কয়াদা পিবা ওথপদগে হায়দুনা হংগনি। দুকানশিং অদুনা পিরকপা মমলশিং

(Quotations) অদু য়েংলগা লাইরিক লৈগদবনি। হায়রিদি মমল খ্বাইদগী তাবদা লাইরিক য়োনবা ঙমগদবা দুকান অদুদগী লাইরিক লৈগদবনি ভড়াইকদনা লাইরিক খরা লৈবগীদমক্তদি মথক্কী নিয়ম অসি দয়কার লৈতে। দুকান্দগীতা নত্তনা লাইরিক কোংবা মীশিংদগীসু লৈবা য়াই। লাইব্রেরী অমা পুরিবা লাইব্রেরীয়ান অদুনা হিসাবকী মরমদা য়াম্না খংগদবনি। মহাকনা চেকশিনবা বাংলবা নত্রগা মতিক চাবা বাংলবদি লাইব্রেরীগী মওং চাক্লোই।



## লাইব্রেরীগী শাসন

## ( Library Administration )

লাইব্রেরী অমদা থবক তৌরিবা মীশিং অসি মখল অহুম খোক্না খাইদোকপা য়াই:— (১) শিনফমগী থবক তৌবা কাংবু ( Professional Staff ), (২) কেরানীগী কাংবু ( Ministerial or Clerical Staff ) অমসুং (৩) খরা হুম্বা থবক তৌবা কাংবু ( Work men Staff ).

অহানবগী কাংলুপ অসিদা চল্লিবা মীশিংদি চিফ লাইব্রেরীয়ান, ডিপুটি লাইব্রেরীয়ান শুপারিনটেনডেন্ট, ইন্সপেক্টর ওফ ব্রাঞ্চ

লাইব্রেরী ; রিফরেন্স লাইব্রেরীয়ান ; লেণ্ডিং লাইব্রেরীয়ান সেনি-য়ার লাইব্রেরীয়ান, এসিষ্টেন্ট লাইব্রেরীয়াননচিংবা অসিনি।

অনিশুবা কাংলুপ্তা চল্লিগা মীশিংনা - কেরাণী অমসুং টাই-পিস অসিনি।

অহুমশুবা কাংলুপকী মীনা—লাইরিক ফাবা (Book binders), ছাপা নম্বা মী ( Priuters ), চপ্রাসি অমসুং চৌকিদার-নচিংবা অসিনি।

চিফ লাইব্রেরীয়ানগী মথৌ অসি য়ামখ্রে। লাইব্রেরী অদুগী শাসন অসি মহাক্কী মথৌনি। লাইব্রেরী অদুগী অশোই অতাম পুম্নমক মাগী মথক্তা ভাগনি। মহাক মতাংচাবা মতমদা প্রজাগী মিটীং ( Public meeting ) দা বা ডাংবা ভস্বা মী ওইগদবনি। অসিদসু নত্তনা মাহাক লাইরিক লাইশু য়ম্না হৈবা মী অমা ওইগদ-বনি। মহাক্না মথল মথা অয়াম্বা মিটীং কৌবা য়াই। লাইব্রেরীগী কোমিটী নত্রগা বোর্ড নত্রগা কাউন্সলগী মরু ওইবা মীদি চিফ লাইব্রেরীয়ান্নি। মহাক্না মহাক্কী মখা থংব মাশিং ( Subordinates ) শাপ্পা ভমত্রবসু থনবদি ভস্মি। মহাক্না লাইব্রেরীগী অত্থবা ( Library authority ) দা থবক অসি-সি ভৌসি হায়দনা হৌ-দোকপা ভস্মী। শম্না হায়রবদা, লাইরিক লৈবা, লাইরিক পাবা লাকলিবা মীশিংগী খুদোং চাবা পিবা, লাইব্রেরীদা থবক ভৌরিবা মীশিংবু লাকপা ( Control ), লাইব্রেরীগী মান-চাং পুম্নমক য়েং-শিনবা অসিনচিংবা অসি চিফ লাইব্রেরীয়ানগী দায়ীত্বনি।

ডিপুটী লাইব্রেরীয়ান্না চিফ লাইব্রেরীয়ানগী মথাদা লৈদুনা লাইব্রেরীগী থবক অপুম্বা পুগদবনি। থবক তৌরিবা মীশিংবু য়েংশিনবা ( Supervisoin ), লাইব্রেরীগী মান-চাং য়েংশিনবা, ওফিশকী থবক ( Routine work ) তৌবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসি ডিপুটী লাইব্রেরীয়ানগী মথৌনি।

ব্রাঞ্চ লাইব্রেরীগী শুপারিনটেন্ডেন্ট ( Superin tendent of the Branch Library ) গী মথৌদি লাইব্রেরীয়ানগা ব্রাঞ্চ লাইব্রেরীয়ানগা অনি অসিবু মরি লৈনহনবা অমসুং তোয়না শম্নহনবা অসিনি। শুপেরিনটেন্ডেন্ট অসি মপুক শেংবা, মশাখিংবা অমসুং হৈ-শিংবা মী অমা ওইগদবনি।

রিফরেন্স লাইব্রেরীয়ান ( Reference Librarian ) গী মথৌদি লাইরিক পাবা মীশিংবু লমজিংবা অমসুং মখোইনা হংলকপা বাহং পুম্নমক খুমদুনা পেলহনবা অসিনি। লাইব্রেরীদা লাইরিক পাবা মীশিংনা বাহং কাং অমা হংনৈ। মাদুবু ইংলিশদা রিফরেন্স ক্যুইষণ ( Referench Question ) কৌই। বিঃ ক্যুইষণ অসি রিফরেন্স লাইব্রেরীয়ান্দা হংগদবনি। রিফরেন্স ক্যুইষণ হংলগা চপ চাবা পাওখুম ( Direct answer ) পিগদবা নত্তে। মখাগী খুদমশিং অসি য়েংলগা বিঃ ক্যুইষণ করিনো হায়বা খংবা ঙমগনি।

১। কর্জন এজিন্নটকী মমিং অশেংবা করিনো।

২। সার উইনষ্টোন চারচিলগী লৈকম কদাইদনো?

৩। জাপানগী শেলগী মমিং করি কৌই।

৪। পোরশিয়া হায়বা অসি করম্বা উপন্যাসকী অখোবীনো?

মথক্কী বাহংগী পাওথুমশিং অদু রিঃ লাইব্রেরীয়ান্না হেক্তা খুমলক্কদবা নত্তে। মঠাক্না হান্না খংলবা বাকম ওইরবদি, মহাক্না ইমায় লাইনা হেক খুদোকলকপস্ন য়াই। অদুবু ময়েক্কীদি রিঃ লাইব্রেরীয়ান্না মথক্কী অসিগুম্বা বাহং অমা মাঙোন্দা হেক হংলক-পদা পাওথুম অদু করম্বা লাইরিক্তা য়াওরিবগে হায়দুনা লাইব্রেরী-দগী পুথোক্লবা হোৎনগনি। লাইরিক অদু বাহং হংলিবা নিপা অদুদা পিগনি— মাসিদা খ্বাইদগী লুবা খবক্তি বাহং অদুগী পাওথুম অদু য়াওবা লাইরিক মশক খংবা অসিনি। রিঃ লাইব্রে-রীয়ান্দা হংবা য়াবা বাহংগী ভমখৈ লৈতে। হংনিংবা বাহং পুম্নমক হংবা য়াই। মরম অসিনা রিঃ লাইব্রেরীয়ান অমনা মথল মথক্কী অয়াম্বা লাইরিক্কী মমিং খংদবা য়াদে। লাইরিক্কী মমিং খংবতা মতুনা লাইরিকশিং অদু করিগী মরমদা ইবনো অমসুং মখোই অদুগী মসুংদা করি য়াওরিবগে হায়বা খংগদবদি।

রিঃ লাইব্রেরীয়ান্না মহৌশাদগী চৎনরকলবী লাইরিক (Conventional books) মথল খন্না শিক্তৈ। মখোইশিং অসি লাইরিক পাবা লাক্লিবা কাংবুশিংদা মযুমদ. শিক্তিরনবগীদমক পিনদে। লাইরিকশিং অসি রিফরেন্স বাহং (Reference Question) খুন্নদা শিজিন্নবগীদমক্তনি। মকু ওইবা রিফরেন্সকী লাইরিক খন্না মখাদা পিরি।

**Conventional reference books**

(1) Dictioneries i.e. Oxford English Dictionary, Chambers Twenteeth century Dictionery etc.

(2) Asian Recorder (a weekly digest of Asian events with index, published in New Delhi.

(3) Columbia Encyclopaedea in 4 Vols.

(4) Encyclopaedea Britanica (A new summery of universal knowledge published in London by Encyclopaedea Britanica in 24 vols).

(5) Britanica Book of the year.

(6) Encyclopaedea of Religion and Ethics (published by T. T Club, Edinburough)

(7) Encyclopaedea of social sceinces (published in New York by Macmillan and Co. in 15 vols).

(8) Hindustan Year Book and who is who (published annually by N. C. Sarkar in Culcutta).

(9) India published by the Publication Division, Ministry of Information and Broad Casting Govt. of India.

(10) The Reader's Encyclopaedea ( an encyclopaedia of world literature and arts)

(11) Oxford junior Encyclopaedea (published by Oxford University Press, London in 12 vols).

(12) Annual Report (published by the manager of publications Ministry of Imformation and Broad casting, Govt. of India),

(13) Columbia Lippincot Gazeteer of the world (published by the Columbia University Press, Newyork).

14. India census 1951, published by A mitra in 14 vols).

15. Census of India 1951 (published by the Manager of pubications, Govt. of India in 17 vols).

16. International who's 1935 (An authoritative annual source of biographical information about the most important people of the world published by Mssr. Europa publications, London).

17. Keesing's Contemporary Archives—(A weekly diary of world events published by Mssrs. Keesing Ltd., London)

18. Langer William L. (An Encyclopaedea of world history, published by Mssrs. Houghton Ltd., Boston).

19. Statistical Abstracts (1953-53) (Published by the manager of publications Covt. of India)

20. Thacker's Indian Directory of India, Burma, Pakistan and the world (Published by Messrs. Thacker Spink and Co, Ltd. Calcutta.

21. Van Nostrand's scientific Encyclopaedea (published by Mssrs. Van Nostrand, Priceton).

22. Webster's Biographical Dictionary ( published by Mssrs. Meriam Spring fild ).

23. World of learning (published by Mssrs. Europa publication, London. It is a collection of detailed imformation about learned societies, research intitutions, lib^raries, archives, universities colleges, schools of art and music and other organisations in different countreis of the world It covers not less than 75 countries).

23. Indian National Bioliography (published by the National library Govt. of India, Calcuta. It is a quarterly record of books published in different languages of India as will as books in English Published in India.



## লাইব্রেরীগী শিনফম তম্বা
## ( Training in Librarianship ).

লাইব্রেরী চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান হান্নমা অমোনা বিজ্ঞান অমা থোকলক্লে। থাজৈশেংবমক বিজ্ঞানগী মতেং লৌদনা লাইব্রেরী অমনা থবক তৌবা ঙমদে। করম হায়না

লাইব্রেরীগী লাইরিক অমদি মেগাজিনচিংবা অদু থমগনি অমসুং মখল খাইদোকনি হায়বা পূন্নমক অসি লাইব্রেরীগী বিজ্ঞানদা তাকনি। মরম অদুনা লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান খংদবা মীনা লাইব্রেরীয়ান ওইবা য়াদ্রে। ভারতকী সরকারনস্তু ষ্টেট অমসুং সেন্ট্রালগী থবক্তা ( State & Central Services লাইব্রেরীয়ানগী কম ( Posts ) লৈরিব: পূন্নমক লাইব্রেরীগী বিজ্ঞানগী পরিক্ষা পাশি তৌবা মীদতা পি হৌজিক ভারত্তা লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান তম্বী লম্বেল Courses of training in Library Science ) মরি থোক্না লৈ, মাদুদি—সারটীফীকেট কোর্স ( Certificate Course ), ডিপ্লোম কোর্স ( Diploma Course, ( বেচেলার্স কোর্স ( Bachelors Course ) অমসুং মাষ্টারস কোর্স ( Master's Course )।

পৃথিবীদা খ্বাইদগী ইহান হান্না মেলভীল ডিউই ( Melvil Dewey ) না কোলুম্বীয়া কোলেজদা শোক ৮৮৭ তা লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান অসি তম্নবা স্কুল অমা লিংখৎখি।

ভারত্তা লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান তম্বীবা অসি লাহোরদা হৌখি। মসি পঞ্জাবকী বিশ্ববিদ্যালয়না হৌদোকখিবনি। বিজ্ঞান অসি তম্বীবগী মরম পূন্নমক এসাডোম ডিকিনসন কৌবা আমেরিকাগী লাইব্রেরীয়ান অমনা শিনখি। নৈখিদ্রবা ইম্পেরিয়েল লাইব্রেরীগী লাইব্রেরীয়ান ওইরম্বা খান বাহাদুর আশাদুল্লা কালিকাতা ইউনিভারসিটীগী লাইব্রেরীয়ান ওইরিবা শ্রী পিঃ সিঃ বোস অমসুং পঞ্জাব হাইকোর্টকী লাইব্রেরীয়ান ওইরিবা শ্রী ডিঃ এন মুখিমচিংনা মীসিং ।সি পঞ্জাব ইউনিভারসিটী অসিগী ট্রেইনিং কলেজকা মী তাকখি।

বারোদাগী মহারাজনা বোর্ডেণ কৌবা আমেরিকা মচা অমবু বারোদাগী সেনত্রেল লাইব্রেরীগী লাইব্রেরীয়ান হাপখি। মিষ্টার বোর্ডেম্না মতম থয়না লৈরগা লাইব্রেরীগী শিনফম অসি ভারতমচা-শিংদা তম্বীখি।

মাদ্রাজদা লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান তম্বা হৌদোকখিবা অসি শোক ১৯২৯ দনি। অহানবদা বিজ্ঞান অসি কালেজ থুদিংদদা তম্বীরম্বী। স্কুল অসি ডাক্তর রঙ্গনাথন্না মরু ওইনা হোৎনদুনা লিংখৎখিবনি। মমৈথংদা হায়বদি শোক ১৯৩৩ দা মাদ্রাজগী বিশ্ববিদ্যালয়না স্কুল অসি লৌশিনখি।

অমধ্রা প্রদেশতা অমসুং মাদ্রাজদা ডিপ্লোমাগী কোর্স ( Diploma Course) মথংশিংনা শোক ১৯৩৫ অমসুং ১৯৩৮ দা হৌদোকখি। হৌজিক ভারতকী মফম অয়াম্বদা লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান অসি তম্বা য়ারে। দিল্লি, বোম্বাই, মাদ্রাজ, নোংপোক পঞ্জাব, আলিগর, নাগপুর অমসুং কালিকাতানচিংবা লমগী বিশ্ববিদ্যালয় পুম্নমক্তা বিজ্ঞান অসি তম্বা য়ারে। দিল্লি ইউনিভারসিটীদা মাষ্টার্সকী কোর্স তম্বা অমদি ডোক্টোরেট ডিগ্রি লৌবা য়াবগী থুদোং চাবা লৈরে। অসিদসু নত্তুনা ষ্টেট অয়াম্বদা লাইব্রেরী এসোশিয়েসন লৈরে। মখোইশিং অসিনা য়াম্না শম্বা মওংদা থা ১ নত্রগা ২ নত্রগা ৩ চংবা মওংদা বিজ্ঞান অসি তম্বী।

লাইব্রেরীয়ানগী শিনফম অসিগীদমক তম্বা মরুওইবা বিষয়শিং অমু মথাদা পিরি।

১। ফিলোসোফী (Philosophy of Librarianship)
২। লাইরিক মথল খাইদোকপা (Book classification)

৩। কেটেলোগ তৌবা ( Catalogueing )।

৪। বিব্লিওগ্রাফী ( Bibliography )।

৫। রিফরেন্সকী থবক ( Reference work )।

৬। লাইরিক খনবা ( Book selection )।

৭। লাইব্রেরী শেমগৎপগী থবক অমসুং লাইব্রেরীগী শাসন (Library organisation and library administration).

৮। লোল তম্বা।

৯। সাহিত্য তম্বা ( Literary survey ).

## লাইরিক খনবা ( Book selection )

লাইরিক, খনবদা পোৎশক অহুম ( Three factors of book selection ) চংই। মখোইশিং অদুদি —

(১) লাইরিক ২) লাইরিক পাবা মী ( Reader ) অমসুং (৩) শেল-থুমনচিংবা মচাক ( Resources ) অসিনি।

লাইরিক অমা লৈব্রিরৈগী মমাংদা মদু করম্বা লাইরিকনো হায়বা অদু য়েংথোকদবনি। লাইরিক অদু ইরিবা মিশা অদুগী থাক ( standard ) অমদি মাগী পুন্সিগী শমলপা মরূম অমা হায়া খংদোকদবনি। লাইরিক অদুগী মমল, লাইরিক অদু

য়াওরিবা মচাক, লাইরিক অদু শেম্বগী মওং ( get-up ) মচিংবা পূরমক অদু অথং-অহৈশিংগা তান্নদুনা য়েংগদবনি। অথং-অহৈশিংগী মরা অসি লাইরিক খনবদা য়াম্না দরকার ওই। মরম অদুনা মখোইগী মোত মতম লৈবখিবিক্কা লৌগদবনি।

লাইরিক লৈদ্রিবৈদা লাইব্রেরীদা লাইরিক কয়া লৈরিবা, কয়া মাংখ্রবা অমদি শিজিন্নবা য়াদ্রবা মওংদা কয়া লৈরিবগে হায়বা অদু মুন্না য়েংগদবনি। হায়স্কুল অমদি কোলেজনচিংবদদি অতম্বা লাইরিক অমত্তুং মরি লৈনবা লাইরিক মরু ওইনা লৈনৈ। অতৈ লাইব্রেরীদদি মখল মখা অয়াম্বা লাইরিক অদুপকী মতিক লৈরগা ফবা হেল্লি। মরম অদুনা পব্লিক লাইব্রেরীনচিংবা লাইব্রেরীশিংগী লাইরিক লৈবা মতমদা করম করম্বা মরুওইবা লাইরিক খাংলিবগে হায়বা অসি মুন্না য়েংগদবনি। লাইরিক লৈরমদাইদা বুক রিভিউ ( Book review ) য়েংগদবনি। রিভিউ য়াওবা খবর অমত্তুং মেগাজিন য়েংগদবনি। তেডান তোডানবা কোম্পানীগী কেটেলোগ য়েংগদবনি।

**লাইরিক পাবা মী নত্রগা প্রজা ( The reader or the public ) :—** লাইরিক হায়বা অসি মীনা পাননবগীদমক্তনি। মরম অদুনা লাইরিক লৈবা মতমদা লাইরিক পাগদৌরিবা মীশিং অদুগী অপাম্বা, দরকার অমদি থাক ( standard ) অদু য়েংগদবনি। লবাইগী লাইব্রেরীশিংগীদমক্তদি য়াম্না থাক খাংবা লাইরিক থোইনা দরকার ওইদে। অয়াম্বা লবাইগী মীশিংনা লাইরিক য়াম্না পংহৈহৈমবা মত্তানিন মখোইগা চানবা লাইরিকশিংদু মরু ওইনা

লৈগদবনি। অসিগুম্ব লম্বাইগী লাইব্রেরী (Rural libraries) শিংগীদমক্তদি লাইরিক মশিং য়াম্নবুদি লাইরিক মথল য়াম্বনা কাম্নে। রিশার্চ লাইব্রেরী অমসুং নেসেনেল লাইব্রেরীনচিংবদা মথল মথা অয়াম্বা লাইরিক থম্বগী দরকারনি। অসিদসু নত্তনা মমল য়াম্না তাংবা অমদি থিবদা ফংলমোইদবা (ছাপা তৌবা তোকখিবদগী) লাইরিকসু থমগদবনি। অসিগুম্বা লাইব্রেরীশিং অসিদা অতাংবা খুংনাইবা লাইরিক (Rare manuscripts) ফাওবা মমল য়াম্না পিরগা লৈদুনা থমগদবনি। অসিগুম্বা লাইরিক অসি রিশার্চকীদমক য়াম্না দরকার ওই।

লাইব্রেরীদা লৈরিবা লাইরিকশিং অদু অদুপকী মতিক তোইনা মীনা পানিরগা লাইব্রেরী অদুগী মগুণ হেল্লি। মরম অদুনা লাইরিক লৈদ্রিংদা মীনা পাম্বা লাইরিক লৈবা হায়বা বাফম অসি য়াম্না মরু ওই। লাইরিক পাবা মীশিংগী শজেসন কার্ড (suggestion cards) লাইরিক বাইখিবা হৈশিনবা লাইরিক (Issue record or register) নচিংবা য়েংবগী মথৌনি। লাইরিক লৈদ্রিংদা বাফম অমসু অমুক্তা থম্নগদবনি। মাদুদি—মীশিংগী ধর্ম্ম, চৎনবা (Custom), লিচৎনচিংবা অসিনি।

**শেল-থুম (Resources) :—** শেলগী ফিভম অসিনা লাইরিক লৈবদা খ্বাইদগী পুবা পোংশক অমনি। শেল মতিকচানা লৈত্রবদি লৈকম থোকপা অমদি লৈবা য়াবা লাইরিক কয়া লৈবা ঙমদে। মরম অদুনা লাইরিক লৈবা মতমদা শেলগী ফিভম য়াম্না মুম্না য়েংথোকদবনি। অরেবা শেল অদুগা চাননা লাইরিক লৈবা তাই।

লাইব্রেরীগী ওঠোরীটীনা লাইব্রেরীশিংদা মতিকচানা শেল পিবিগদবনি। লম্নাই লিংখৎচবা লাইব্রেরীগী খুদোংচাদনা কয়া লৈ। মতিকচানা শেল লৈতবনিনা অসিগুম্বা লাইব্রেরীশিং অসি পংচাও চাওখৎপা য়াদে। মরম অদুনা অসিগুম্বা লাইব্রেরীশিং অসিবু পুম্বিবা কোমিটীশিং অদুনা শেল থায়দুনা অমদি মখল মখা অয়াম্বা উপাই তৌদুনা লাইব্রেরীগী শেল য়াম্বা লৈননবা হোৎনগদবনি। লাইব্রিক লৈদ্রিবৃদা মথক্তা হায়খিবা ব্রাফম খরশিং অসি লৈনরে হায়রগা লৈগদবা লাইব্রিকশিং অদুগী মমিংমচিংবা অদু লাইব্রেরীগী কোমিটীগী মমাংদা মখোইগী মিটিং মুমিক্তা গমগনি অমসুং লাইব্রিকশিং অদু খন্দোক-খঙ্গুন তৌবা হৌগনি। লিস্টতা লৈব্রিবা লাইব্রিকশিং অদু লোইনা লৈননবা মোত পিবা য়াই নত্রগা পামদবা লাইব্রিক খরা খন্দোকপা য়াই। লাইব্রিক খরসু কোম্না লৈশি হায়দনা কোমিটীনা মোত পিবা ঙম্মি অসিদসু নত্তবা কোমিটীনা লাইব্রিক খরা মমল তানা লৈবা ফংলবদি লৈশি হায়দনা মোত পিবা ঙম্মি

কোমিটীনা লাইব্রিক লৈদ্রিবৃদা লাইব্রিক য়েননবা মীশিংদা লৈগে হায়না খল্লিবা লাইব্রিকশিং অদুগী কোপীশিং অদু তাম্নগা য়েংথোকপা য়াই। লাইব্রিক য়োল্লিবা মীশিংনা য়েংননবগীদমক লাইব্রিক খরা থারকপদা করিম্ন চিংনরোই।

# ৮

## লাইরিক লৈবা

লাইরিক চেনবগী চিঠী (নত্ত্রগা হুকুম) অদু কারবোম চেথারগা কোপী অনি নত্ত্রগা অহুম থোক্না ইগদবনি। কোপী অমনা লাইব্রেরীগী ফাইলদা হাপচিনগদবনি। লাইরিক চেনবগী চিঠি অদুদা লাইরিক লৈবগী অকুপ্পা নিয়ম য়াওগদবনি হায়বদি লাইরিক পিবা ওমদব মতম, লাইরিক্কী ইডিসন, লাইরিক ইরিবা মীগী মমিং, লাইরিক্কী মমল, লাইরিক ফোংবা মীশিংগী মমিং, লৈগদবা কোপী মশিং অসিনচিংবা অকুপ্পা মরোল চিঠি অদুনা নিংথিনা ইগদবনি।

লাইব্রেরীদা থুংলবা লাইরিকশিং অদু মরিলৈননা লাইরিক চেনখিবগী চিঠিদা ইরিবা লাইরিকশিং অদুগা মান্নবরা হায়দনা য়েংগদবনি। লাইরিকশিং অদুগী মওং মতৌ মুন্না য়েংগদবনি। লাইরিকশিং অদুগী মমিং, মমল, অইবা মী, অফোংবা মী নম্বর, (Call No.) অমস্তুং অয়োনবা মী নত্ত্রগা কোম্পানীগী মমিং অদু এক্সেসন রেজিষ্টার (Accession register) দা ইশিন-গদবনি। এক্সেসন রেজিষ্টার হায়বা অসি লাইব্রেরীদা লৈরিবা লাইরিক পুস্তক অদু ইশিন্নবগী লাইরিকনি। মসি য়াম্না মরু ওইবা রেজিষ্টারনি। মসিদা লাইরিক পুস্তক্কী মরম লোইনা ফংই। কনাদগী লৈরকবা, করম্না সুমিৎতা লৈরকনা, অকোংবা

মিপা অদুগী ঠিকানা করিনে', করম্বা মতমদা করিগুম্বা লাইরিক অমবু লাইব্রেরীদগী লৌথোকখিবা, লাইরিক অদু লৈরক্‌ত্রা নত্রগা মীনা কৎলকপ্রা হায়বা অসিনচিংবা রা পূরমক এক্সেসন রেজি-ষ্টার য়েংলগা লোইমা খংগনি।

মীনা কৎলকপা নত্রগা লেন্না কংবা লাইরিকশিংগী ভোপ্পা রেজিষ্টার অমা থম্বনা কৈ। অতৈ লাইরিকা চপমান্নবা এক্সেসন রেজিষ্টার অমম্তুদা ইশিনবসি কত্তবা মরম খরা লৈ। হায়রিবা বোই ( Donation record or gift register ) অসিদা মথাগী মরোলশিং অসি ইশিনগদবনি।

(১) কৎলকপগী নম্বর, (Donation No.), (২) কংবগী তারিক, (৩) কৎলিবা মী অদুগী মমিং অমসুং ঠিকানা, (৪) কংলে হায়দনা লাইরিক কৎলকলিবা নিপা অদুবু খংহনখিবা সুমিৎ (Date of acknowledgement), (৫) এক্সেসনগী নম্বর, (৬) লাইরিক কৎলকপগী মরম অমসুং (৭ অতৈ হায়নিংবা মরোল (Remark)।

এক্সেসন রেজিষ্টার অমসুং ডোনেসন রিকোর্ড অসি কার্ডকী মওংদা (In the form of cards) লেপ্পা য়াই। বিল নত্রগা ইন-ভোইস ইশিনবা লাইরিক ( Bill or Invoice book ) :— লাইরিক লৈরিবা লাইব্রেরী অদুনা লাইরিক য়োল্লিবা মী অদুদা লাইরিক অদুগী বিল অদু কোপী অসি নত্রগা অহুম ওইনা পিরু হায়দনা তানগদবনি। কোপী অমদি ওফিশকী রিকোর্ড ওইনা থমজোগদবনি। বিল নত্রগা ইনভোইস কী লাইরিক অসিদা ইনভোইস নত্রগা বিলদা য়াওরিবা অকুপ্পা মরোল কয়া

ইগনি। লাইরিক য়োল্লিবা মীশিং অদুগী মমিং লাইরিক চেন-খিবগী ওরডরগী নম্বর অমস্তুং তারিকনচিংবা পূন্নমক হায়রিবা লাইরিক অসিদা লোইনা ইশিনগদবনি।

হৌজিক লাইরিকশিং অসি কেটেলোগ তৌরগনি অমস্তুং মখল খাইদোক্লগনি। কেটেলোগ তৌরিবা মী (Cataloguer) অসিনা মানা খংহুরিবা কেটেলোগ তৌবগী জ্ঞান (Knowled-gest of Cataloguing) অদু য়াম্না টেক্নিকেল ওইবা মওংদা কেটেলোগ তৌগনি। মহাক্কী থবক অসি অরাইবা নত্তে। কেটে-লোগকী তোঙান তোঙানবা মওং লৈ, মাদুদি কার্ড কেটেলোগ শিফ্ কেটেলোক, লাইরিক মওং মানবা কেটেলোগ অসিন-চিংবা। লাইরিক মখল খাইদোকপা মী (Classifeir) না লাইরিকশিং অদু মখল খাইদোক্কনি অমস্তুং নম্বর (Classifi-cation No.) ইগনি। অপীকপা লাইব্রেরীদদি কেটেলোগ তৌনবা অমদি মখল খাইদোকপগী থবক তৌনবা তোঙান তো-ঙানবা মী লৈতে। লাইব্রেরীয়ান অদুনা হায়রিবা থবক মখল অনিমক অসি মথন্নতনা তৌই। থাঙ্গৎশেংনমক মী অমত্তনা তোঙান তোঙানবা অমদি য়াম্না লুখ্রবা থবক অনি পুলপ পুবা অসি খুদোংচাদনা কয়া লৈ। মরম অদুনা কেটেলোগ তৌবা অমদি লাইরিক মখল খাইদোকপগী থবক অসি তোঙান তোঙানবা মীনা তৌগবনি।

অচৌ অচৌবা লাইব্রেরীদদি লাইব্রেরীগী থবক অসি তোঙান তোঙাম্না খাইদোক্কনি। তোঙান তোঙানবা থবক, তোঙান তোঙানবা কাংবুনা তৌই। হায়বদি কেটেলোগ তৌবা কাংবুনা কেটেলোগ

তৌগনি, লাইরিক মখল খাইদোকপা কাংবুনা মখল খাইদোকপগী থবক ( Classification ) তৌগনি, লাইরিক চেনবগী থবক্কা অতোপ্পা কাংবু অমনা তৌগনি শেগ'ইবা লাইরিক্তা অতোপ্পা কাংবু অমনা ফোৎ-থেৎপগী থবক তৌগনি, লাইরিক পুথোক পুশিন্না মী অতোপ্প' কা'বু অমনা তৌগনি, অসিনচিংবা।

কেটেলোগ অমসুং মখল খাইদো'কপগী থবক লোইরে হায়রগা লাইরিকশিং অদু লাইব্রেরীগী ল'ইরিক হাপকম উপুদা থমগনি। লাইরিক পূম্নমক লাইব্রেরীগী শিল নমগদবনি। ল'ইরিকী মনম (spine) দ' ল'ইব্রেরীগী ল'ইরিকী নম্বর (Call No.) থাগদবনি। মমাংথংবা লাইরিক মথুমগী মনু'থংব' মম'ইদ (Inside the front cover) বুক-প্লেট (Book plate) নপকদবনি। বুক-প্লেট লাইব্রেরীগী মমিং ল'ইরিকী নম্বর অমসুং এক্সেসন নম্বর ইবৈ।

লাইব্রেরীগী লাইরিকশিং অদু নম্বরগী মতুং ইন্না শিন্দুনা পরেং শানা উপুদা থমগনি। লাইরিকশিং অদুগী মথং মনাও (order) অদু শেল্ফ-লিষ্ট (self-list) কী মথং মনাওগা চপ মান্নগনি। শেল্ফ-লিষ্ট হায়ব' অসি লাইব্রেরীদা লৈরিবা লাইরিকশিং অদু ইশিন্ননবা লাইরিকনি। মসি কার্ডকী মওং'দা শেম্বসু য়াই। অয়াম্বা লাইব্রেরীদ শেল্ফ-লিষ্ট অসি কার্ডনা শেম্মী।

মখাগী খুদম অসিনা লাইরিক থম্বগী মথং-মনাও তাকলি।

০০০ সাধারণ ওইবা বিষয় ( General works )

১০০ অর্থশাস্ত্র ( Philosophy )

২০০ ধর্ম্ম ( Religion )

৩০০ সমাজগী বিজ্ঞানশিং ( Social sciences )

৪০০ লোল ( Language )

৫০০ অশেংবা বিজ্ঞান ( Pure science )

৬০০ খুৎশা হৈবগী বিদ্যা ( Technology )

৭০০ কালা বিদ্যা ( Arts )

৮০০ সাহিত্য

৯০০ ইতিহাস

( N. B. মথক্কী নম্বর খুদিংমক্কী মমুংদা বিষয় মচা মচাগী কুপথবা নম্বর কয়াস্থ লৈরি ) ।

মথক্কী খুদম অসি ডিউই ডিসিমেল ক্লাসিফিকেসন (Dewey decimal classification ) গী নম্বরনি। লাইরিক মখল খাই-দোকপগী নিয়ম অসি মখল খর পোক্লা লৈ। পৃথিবীগী অয়াম্বা মফমদা মথক্কী নিয়ম অসি চৎলৈ।

হৌজিক ঐখোইনা খংলে মাদুদি লাইব্রেরীগী উপুদা লৈবা লাইরিকশিং অসি মখল খাইদোকপা টেবল ( Classification table ) মতুংইন্না শিন্দোক্লুনা পয়েং শানা থমগদবনি। লাইরিকশিং অদুগী মথং মনাওগা মথক্কা হায়খিবা শেল্ফ-লিষ্ট অদুগী মথং মনাওগা চানগদবনি। অদুবু হায়রিবা মথম অসি কাইরক্কবা য়াদবা মতাং লাকই। লাইরিক য়াম্না চাওবা, অতৈ চুন্নগী লাইরিক ময়ামগী থমফমদা থমবা চন্দবা অদুদি অতোপ্পা উপু অচোবা অমদা থম্বা তাই। অয়ুম্না মথং মনাও নাইনা থমলকপদা অকাইবা য়াওরকপা মও: অসিবু ব্রোকন ওরডর (Broken order) কৌই।

লাইব্রেরীগী উপুদা থমলিবা লাইরিকশিং অদু তাকননবা পোৎ ( Guide ) খরা লৈ। মখোই অসিগী তোঙান তোঙানবা মখল লৈ। খুদমদি জেনেরেল গাইড, ( General guide ), বে গাইড ( Bay guide ), ক্লাস গাইড ( Class guide ), টোপিক গাইড ( Topic guide ), ব্লোক গাইড ( Block guide ) অসিনচিংবা অসিনি। হায়রিবা গাইডশিং অসিনা লাইরিক পিদোকপদা য়াম্ন খুদোং চাহল্লি।

## লাইরিক রায়রিবা মীশিংগী মিং চনবা অমসুং রেজিষ্ট্রেসন তৌবা ( Admission and registration of borrowers )

স্কুল, কোলেজ অমদি ইউনিভারসিটীগী ছাত্রশিংগীদমক্তদি লাইব্রেরীগী লাইরিক রায়বা য়ানবা মীং চনবগী অমদি রেজিষ্ট্রেসন তৌবগী দরকার লৈতে। পব্লিক লাইব্রেরীগী লাইরিক রায়বা মী অমা ওইগে হায়রবদি মীং চনবা অমদি রেজিষ্ট্রেসন তৌবগী মখো লৈ। মীং চল্লিবা অমদি রেজিষ্ট্রেসন তৌরিবা অসি লাইব্রেরীগী লাইরিক রায়গা হল্লক্তবগী অমাংবা অদু পোকহন্দনবগী-দমক্তনি।

রেজিষ্ট্রেসন তৌবগী তোঙান তোঙানবা মওং লৈ। লাইব্রেরীগী লায়রিক রায়নিংবা মীশিং অদুনা লাইব্রেরী অদুগী মেম্বর অমা ওইজগে হায়দুনা দরখাস্ত থাগদবনি। দরখাস্তুতি মওং তাকপা চে ( Proscribed form ) দা ইগদবনি। দরখাস্তকী চে অসিদা লাইব্রেরী অদুগী নিয়মনচিংবা মরম পিগনি। মেম্বর ওইজগে হায়দুনা কনাগুম্বা নিপা অমনা থারকলিবা দরখাস্ত অদু লাইব্রেরী

অদুগী কোমিটীনা য়াবিবা নত্রগা য়াবিদবা য়াই। মেম্বর ওইহল্লবা নিপা অদুদা লাইব্রেরীগী টিকেৎ পিগনি। মেম্বর অমদা মথল খর গী টিকেৎ পিবা য়াই—টিকেৎ অমনা অরুবা লাইব্রিক হায়রবা য়ানবা, টিকেৎ অমনা চুম্নগী লাইব্রিক হায়রবা য়ানবা অসিমচিংবা। হায়রিবা নিয়মশিং অসি স্কুল, কলেজ অমসুং ইউনিভারসিটীগী-দমক্তদি দরকার ওইদে।

স্কুল, কোলেজ অমদি ইউনিভারসিটীনচিংবদদি ডিপোজিৎ (Deposit) থম্নদগী দরকার লৈতে। অদুবু ইউনিভারসিটী খরদদি ডিপোজিৎ থম্নগী নিয়ম অসি চৎনৈ। পব্লিক লাইব্রেরী অমদি অতৈ লাইব্রেরীদা ডিপোজিৎ থম্নগী নিয়ম অসি দরকার ওই। ডিপোজিৎ থম্নগী মরমদি অসিনি। লাইব্রিক হায়খিবা নিপা অদুনা মাখা হায়খিবা লাইব্রিক অদু হল্লকউ হায়রবা য়াত্রবদি লাইব্রিক অদুগী মমল অদু মাগী ডিপোজিৎ অদুদগী ককথৎকদবনি। অদুবু অরুবদি নিপা অদুনা হায়খিবা লাইব্রিক অদুগী মমলনা মানা থমখিবা ডিপোজিৎ অদুদগী হেল্লবদি লাইব্রেরী অদুগী অমাংবা ওইগনি। মরম অদুনা মমল য়াম্বা লাইব্রিক হায়হন্দবগী দরকার ওই। অদুম ওইনমক মমল য়াম্বা লাইব্রিক হায়হন্দবা অসিসু অকাইবা ওইরকপগী মরম নৈ। মমলদি য়াম্না পিবা অদুগা মীনদি য়াম্না পাম্নবা অমদি দরকার ওইবা লাইব্রিকশিং অদু লাইব্রেরীদগী হায়বা য়াত্রবদি প্রজাগী অমাঙবা অমনি। মরম অদুনা ডিপো-জিৎনা হায়গদৌরিবা লাইব্রিক অদুগী মমলগা মান্নগনি হায়নিংঙাই লৈতবা মরমনা ডিপোজিৎ থম্নগী থোৎচদোকপা অর্থ লৈতে।

অদুম ওইনমক ডিপোজিৎ পম্বগী নিয়ম অসি চৎনরি ? মরমদি অয়াম্বা শরুক্তা হল্লক্তবা লাইব্রিকী মমল অদু ডিপোজিৎতগী ককথৎপা য়াই। ডিপোজিৎকী শেল মশিংদি লাইব্রিক ময়াম অদুগী মমল ময়াম অদুগী চাংচৎ অমা য়েংলগা লেপকদবনি।

লাইব্রিক ৱায়রীবা মী অদুনা লাইব্রেরীগী রুল পুম্নমক ভাকনি হায়দুনা য়াথিবনিনা অমদি মিংচনবা মতমদা জামিন্নচিংবা মতিক চানা পিবনিনা লাইব্রিক হল্লক্তবা অমদি মাংখিবগীদমক থো মা চিংনফম লৈতে।



## চার্জ্জিং শিষ্টেম।

লাইব্রিক ৱাযবা মীশিংদা লাইব্রিক পিননবগীদমক মখল মখা অয়াম্বা ইংলিশ খোৎশিন্দুনা তৌবগী নিয়ম অদুবু চার্জ্জিং শিষ্টেম কৌই।

চার্জ্জিং শিষ্টেম অসি মখল য়ামই। মখোয়শিং অদু মখাদা শমলপনা ইরি

১। মিং ইশিনবগী নিয়ম :—মসিগী নিয়ম অসিবু ইংরেজীদা চার্জ্জিং বাই নেম (Charging by name) কৌই। মসি ইচম চম্বা নিয়মনি। মসিদা শিজিন্নরিবা বুক কার্ড (Book

card) অদুদা তারিক থানবা কলম ( Column ) অমা অদুগা লাইরিক বায়গদৌরিবা মী অদুগী মমিং ইনবা কলম (Column) অমা লৈ। বুক কার্ড অসিদা লাইরিক বায়গদৌরিবা নিপা অদুগী মমিং অদু ইগনি। অদুদগী মানা লাইরিক অদু হল্লকদবা মুমিৎ অদুগী তারিক অদুসু ইগনি। বুক কার্ডতা নিপা অদুনা লৌখিবা মুমিৎ অদুগী তারিকসু ইবা য়াই। অদুবু লাইরিক হল্লকদবা মুমিৎ অদুগী তারিক ইবনা লাইরিক বায়রিবা মী অদুদা য়াম্না থুদেং চাবা হেল্লি।

## (২) লাইরিক বায়রিবা মী অদুগী নম্বর ইশিনবগী নিয়ম:

মসি ইংরেজীদা "চার্জিং বাই নম্বর" ( Charging by No. ) কৌই।

লাইরিক বায়রিবা মী অদুগী মমিং ইশিনবগী হুতা, লাইব্রেরীগী লাইরিক পিনম (counter) দা লাইরিক বায়বা য়াবা মী পুম্নমক্কী মমিংগী আলফাবেটিকেল লিস্ট অমা থম্মী। বুক কার্ড লাইরিক বায়রিবা মী অদুগী নম্বর ( Borrower's No. ) অদু ইশিল্লি। অদুগী মতুংদা বুক কার্ডতা লাইরিক লৌবগী তারিক মক্রপা লাইরিক হল্লকপগী তারিক অদু ইগনি।

মসিগী নিয়ম অসিনা মতম মাংহনদে অমসুং লাইরিক লৌবদা য়াম্না থুহল্লি।

মথক্তা হায়রিবা নিয়ম অনিমক অসিগী মতুংইন্না লাইরিক বায়বা লাকলিবা মী অদুনা মশাগী কার্ড (Borrower's card)

পুরকপগী দরকার লৈত্রে। কাউন্টর (Counter) দা লাইরিক লৌবগীদমক পংভাই ভাইদুনা লৈবগী মথৌ লৈত্রে।

(৩) ব্রাউণ্ডগী নিয়ম (Brown's system) :—

ব্রাউণ্ড হায়বা নিপা অসি লাইব্রেরীগী বিদ্যাগী মরমদা য়াম্না খং-হৈবা পৃথিবীদা মমিং চৎলবা নিপা অমনি। মহাক্কী নিয়ম অসি বিলাটকী মফম অযাম্বদা চৎলৈ।

ব্রাউণ্ড নিয়মগী মতুংইন্ন লাইরিক বায়রিবা নিপা অমনা লৌনিংঙিবা লাইরিক খুদিংগী টিকেৎ অমমম মডোন্দা পিগনি। নিপা অমনা লৌনিংঙিবা লাইরিক খুদিংমক হায়বগী অর্থদি মহাক্না লাইব্রেরী অদুগী রুলগী মতুংইন্না লৌবা য়াবা লাইরিক মশিং হায়বনি।

হায়রিবা টিকেং অসি ফুরিংখাও মাননা চেগী খাওনি। লাইরিক পিরমদাইদা লাইব্রেরীগী লাইরিক পিথোক পিশিন লৌরিবা নিপা অদুনা লাইরিক অদুগী খাও (Book Pocket) দা য়াওরিবা বুক কার্ড (Book card) অদু লৌথোকলগা লাইরিক বায়বা মীগী খাও মাননা টিকেৎ (Borrower's ticket pocket) কী মনুংদা হাপচিমগনি। হায়রিবা টিকেৎ অসি লাইরিক হেক ফংখ্রগা লাইব্রেরীদা পিশিনগদবনি অদুগা লাইরিক হুন্নকপা মতমদা লাইব্রেরীনা টিকেৎ অসি লাইরিক বায়রিবা মী অদুদা হন্দোক-কদবনি। টিকেৎ অসিনা লাইব্রেরীদা লৈরবদি লাইরিক বায়রিবা নিপা অমনা লাইব্রেরীদগী লাইরিক বায়রে হায়গী খুদমনি।

অদুগা টিকেৎ অসিনা লাইরিক বায়গদৌরিবা মিপা অদুগী মথুক্তা হেক লৈরিবা মথে মামা লৌরম্বা লাইরিক পূম্নমক অদু লাইব্রেরীদা হনখ্রে নত্রগা মহাক লাইরিক শুপবায় বাইত্রি হায়বগী থুদমমি। বুক কার্ডকা টিকেৎকা অনি অদু পুন্নপনা বাইথ্রিবা লাইরিক অদুগী মহুৎ ওইদনা থমগনি।

মসিগী নিয়ম অসিগী মতুংইন্না লাইরিক পিথোক্লবগীদমক অতৈ চেদা পংই ইবগী দরকার লৈতে। লাইরিক হল্লকদবগী তারিক অদু ডেট শ্লিপ্তা ইশিমগদবনি।

## (৪) নিউৱার্ককী নিয়ম—

হায়রিবা নিয়ম (Nework's Charging system) অসিগী মতুংইন্না লাইরিক বায়বা মীগী কার্ড (Borrowor's card) অমা দরকার ওই। মথক্তা হায়খ্রিবা ব্রাউণ্ডগী নিয়মগী মতুংইন্না শিজিন্নবা বুক কার্ড অংগা হন্দকী নিয়ম অসিগী বুক কার্ডকা মান্নদে। নিউৱার্ককী কার্ডতা কলম (কা) ৪ লৈ। অহানবা কাদা লাইরিক হল্লকপগী তারিক ইগনি। ২শুবা কাদা লাইরিক বায়রিবা মিপা অদুগী নম্বর (Borrower's No.) ইগনি। ৩ শুবা কাদা অহানবগী কাগুম্না লাইরিক হল্লকপগী তারিক ইগনি অদুগা ৪ শুবা কাদা লাইরিক বায়রিবা মিপা অদুগী নম্বর (Borrower's No.) ইগনি। লাইরিক বায়রিবা মিপা অদুগী মমিং অমসুং ঠিকানাসু লাইরিক বায়বা মীগী কার্ড (Borrower's card) তা থাগনি। লাইরিক বায়বা থুদিংগী হায়রিবা কার্ড অসি

কাউন্টরদা পিশিনগদবনি। লাইরিক পিবা মতমদা কার্ড অদুগী লাইরিক হল্লকপা তারিক ইনবা কা অদুদা হল্লকদবা মুমিৎকী তারিক অদু ইগনি। লাইরিকী কার্ড (Book card) অমসুং ডেট স্লিপতা তারিক থাগনি।

হৌজিক লাইরিক অদু পিথোকখ্রবা মতুংদা কার্ড মখল অনিমক পুল্লপ থমগদবনি। লাইরিক হল্লকপা খুদিংদা লাইরিক বায়বা মীগী কার্ড (Borrower's card) অদু লাইব্রেরীদা পিশিনগদবনি। লাইরিক বায়বা মীগী কার্ডকী লাইরিক হল্লকপগী কা (Column) দা হল্লকলিবা লাইরিক অদু খুদম অমা পিদুনা ইশিনগনি।

লাইব্রেরী খরদা লাইরিক পিথোকখ্রবা থবক্তা লাইরিক বায়বা মীশিংনা য়াম্না মতেং পাংজি। মখোই মশামক্তা বুক কার্ডতা মখোইগী নম্বর ইশিঞ্জে অমসুং ডেট স্লিপ্তা মখোই মশামকনা তারিক থাজে।

নিউবার্কী চার্জ্জিং সিষ্টেমগী কান্নবা য়াম্না লৈ:—

(১) লাইরিক বায়বদা রিকোর্ড অমত্তনা চংবনিনা য়াম্না থুনা লাইরিক পিথোকপা ঙম্মি।

(২) লাইরিক হল্লক্তবগী নোটিশ ইবদা য়াম্না খুদোং চাই।

(৩) লাইরিক বায়বা মীগী টিকেৎ হন্দোকখিবা অদুনা লাইরিক হল্লকলে হায়বগী খুদম ওই। হায়বদি, লাইরিক বায়বগী টিকেৎ অসি রিসিট (Receipt) সু ওই।

(৪) টিকেৎ য়াম্না পিরগা লাইরিক মশিং য়াম্না পিবা য়াই।

নিয়ম অসিগী খুদোং চাদবা কয়াসু লৈ:—

(১) টিকেৎ Borrower's ticket) মশিং য়াম্না পিরকনবি লাইরিক য়াম্না রায়বা য়াদে।

(২) রিকোর্ড অমদ লাইরিক রায়বা মীগী নম্বর থাবা অসি মতম খরা চংঙি। অসিদসু নত্তুনা অতৈ রিকোর্ড অহুমদা তারিক থাবা অসিসু মতম খরা চংঙি।

(৩) লাইরিক রায়বা মীগী নম্বর লাইরিকী কার্ডতা শিন-জিনবা অসি শোইরবদি লাইরিক মাংবা য়াবগী খুদোংচাদবা অমা লৈ। অসিদসু নৎতনা লাইরিক হল্লক্কগী নোটিশ অদু লাম্না অতোপ্পা লাইরিক রায়বা নিপা অমদা পিরুবা য়াই।

(৪) মপান্দা লৈরিবা লাইরিক অমবু হল্লকপা ওইনা লৌবা য়াবগী রাসু লৈ মরমদি লাইরিক রায়বা মীগী টিকেৎকী অয়ানবা কা লাম্না তারিক থাখিবসু য়াই।

(৫) লাইরিক হল্লক্কবগী নোটিশ থাননবগীদমক লাইরিক রায়খিবা নিপা অদুগী মমিং অমসুং ঠিকানা খংননবা রিকোর্ড য়েংবদা মতম চংঙি।

(৫) শিট এণ্ড লেজার চার্জিং সিষ্টেম ঃ—

চুমগীময়াই ওটরপ চাওবা লাইব্রেরীশিংগীদমক্তদি শিট এণ্ড লেজার চার্জিং সিষ্টেম (Sheet and ledger charging system) অসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফৈ সুমিৎ খুদিংগী লাইরিক হল্লকপা অমদি পিখিবা অদু চেদিংদা নত্রগা লেজরদা চিঙ্গিনবা সিন্নবা য়াম্না শম্মী। নিয়ম অসিগীদমক চেদিংগী রোই অমা দরকার ওই। রোই অসি কা (Column) কয়ামরুম লৈগনি। কাশিং

অদুদা টিকেৎ নম্বর, প্রোগ্রেসিভ নম্বর, তারিক, লাইরিক হল্লকপগী তারিকনচিংবা ইগনি। লাইরিক বায়রিবা নিপা অদুনা মাগী টিকেৎ অসি মহাক রেজিষ্ট্রেসন তোরে হায়বা খংহন্নবা অমদি মহাকী নম্বর খংহন্নবা উংলি।

(৬) ডিকমেনগী চার্জিং সিষ্টেম ( **Dickman's charging system** ) :—

নিয়ম অসি আমেরিকাদা হৌদোকখিবনি। নিয়ম অসিগী মতুংইন্না বুক কার্ড অমা চংঙি। লাইরিক বায়বা মী অমদা টিকেৎ অমত্তা পি। টিকেৎ অসিদা লাইরিক বায়বা মীগী নম্বর অদু স্তাম্প অমনা ওন্নী। টিকেৎ অসি লাইরিক বায়বা মীনা মতমলৈবখিবিক্তা মশাগা কোন্নগদবনি। হায়বদি, লাইরিক বায়বগী-দমক টিকেৎ অদু লাইব্রেরীদা থমহৌদে।

**থংগদবা** :— টিকেৎ অমদি বুক কার্ড অনি অসি রিবোন (Ribbon) শিজিন্নদুনা ময়েক ওমনবা মেচিন ( Embosser ) অদুনা মুক য়াওদনা মথক্তা হায়খ্রিবা নম্বর অমসুং তারিক নমগনি। মস্থা লোইরগা ময়েকশিং অদু তোংখংনা উই।

নিয়ম অসিগী কান্নবদি অসিনি -- টিকেৎ অমথক্তনা নিপা অমনা লৌনিংবা লাইরিক মশিং ( লাইব্রেরীগী রুলগী মতুংইন্না পিবা য়াবা মশিং ) অদু লৌবা য়াই। লাইব্রেরীগী মীশিংনা, লাইরিক বায়না, লাইরিক য়াম্না শিজিন্নরিবা নিপা অদুগী টিকেৎ অমথক্তা

রিকোর্ড ওইনা য়েংবা তারবনিনা টিকেৎ ময়াম চঙৎনবগী থুমোং চাদবা অদু লৈব্রে।

হৌজিক লাইরিক হল্লকপগী বা অমুক নৈনরসি। লাইরিক রায়বগী অকক্লবা মতম অমা লৈগদবনি। অয়াম্বা লাইব্রেরীদা মুমিৎ ১৫ ( নম্ব্রগা চয়োল ১ ) গী মতম পিনৈ। অদুবু লাইরিক রায়বগী মতম অসি লাইরিক রায়রিবা মীতা অদুগী মথং ইরম্ন লেপ্পা।

কোলেজ, ইউনিভার্সিটিনচিংবগী লাইব্রেরীশিংদদি ওঝাশিংবা মুমিৎ ১০/ ২ নিগীদমক লাইরিক লৌবা অসি থুমোং কয়া চাদে। মরম অদুনা ওঝাশিংগীদমক্তা লাইরিক হল্লকপগী মতম অসি থম্বা শাংনা লেপকদবনি। থা ১ নম্ব্রগা ২ ফাওবা পিবা য়াই।

লাইব্রেরীদা লৈরিবা লাইরিকশিং অদুগী মমুংদা কনাগুম্বা অমনা লৌনিংবা অমা হেক্তা লৌবা য়াদে। লাইব্রেরীগী লাইরিকশিং অসি মখল য়াম্মী অদুগা লাইরিক রায়বা মশিংম্ন মখল য়াম্মী। রিফরেন্সকী লাইরিকনচিংবা অকুবা লাইরিকশিং অদু চুম্নগী লাইরিক রায়বা লাকলিবা মী অমদা হেক্তা পিগদবা নত্তে। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি য়ুমদা পুথনবগীদমক রায়বা য়াদে। মখোয় অদু লাইব্রেরীগী মমুংদা য়েংবদি য়াই। রিশার্চ তৌরিবা মীশিংদি লাইব্রেরীদা থুমোংচবা য়াম্না ফংডি অসিগুম্বা মীওই-শিংদা রিফরেন্সকী লাইরিকনচিংবা মকুওইনা লাইরিকশিং অদু ময়ুমদা পুনমবা পিনৈ।

বায়খিবা লাইব্রিকশিং অদু মতম শুরুগা লাইব্রেরীদা হল্লক-কদবনি। হল্লকলিবা লাইব্রিক অদু লাইব্রিক হল্লকলিবা মিপা অদুনা পাল্লবদি অমুক পিগদবনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। হল্লক-লিবা লাইব্রিক অদু লাইব্রিক হল্লকলিবা নিপা অদুদা অমুক পিবা অমদি পিদবগী বা অসি লাইব্রেরীয়ানগী মোতকী বানি। নিপা অমনা মতম কুইনা ভাইডুনা লৈরবা লাইব্রিক অদু হাল্লা বাইক্ল-রিবা নিপা অদুদা পিদনা মডেন্দা (ডাইব্রিবা নিপা অদুদা) পিকম খোকই। লাইব্রিক অদু পাম্বা মী লৈত্রবদি হাল্লা বায়কব্রিবা মিপা অদুদা পিবা য়াই। অমুকহল্লা বায়খ্রিবা লাইব্রিক অদু লাইব্রিক পিথোক-পিশিনগী ইনবা রিকোর্ডশিংদা নিংথনা ইশিন-গদবনি। তারিক স্টাম্পনচিংবা কয়া ডেট লেবেলদা অমদি অভৈ মম্বা য়াবা চেদা নমগদবনি। অমুক নৌবা পিবনি হায়বা খংমনবা অভোম্লা মশক নাইবা মুক শিজিন্নডুনা ডেট স্লিপনচিংবদা স্টাম্প মম্বস্নু কৈ।

কনাগুম্বা মী অমনা প ম্বা লাইব্রিক (হৌজিকমক্তি লাইব্রেরীগী মপান্দা লৈখ্রবা) অদু মকাকীদমক্তা থম্বিয়ু (Reserve তৌবিয়ু) হায়বা য়াই। রিজার্ভ তৌগদৌরিশ লাইব্রিক অদুগী অকুপ্পা মরোল (Particulars) অদু তোভান তোভানবা মওংদা ইশিনবা য়াই। ভাওচার কার্ড (Voucher card) তা হায়রিবা মরোলশিং অদু ইশিনবমা থাক্তমগী হেন্না কৈ। ইশিনগদৌরিব মরোলশিংদি — লাইব্রিক অদুগী মমিং, অইবা মী, ভোলুম, ঠিকানা অসিমচিংবা অসিনি। হৌজিক রিজার্ভ তৌবিয়ু হায়রিবা লাইব্রিক অদু হেক

লাইব্রেরীদা হল্লকপগা, মিপা অদুদা মানা পামজিবা লাইরিক অদু লৈরে অমসুং অককনবা মুমিৎ থরগী মমুংদা লৌমন্ত্রবদি মিপা অমদা পিথ্রগনি হায়দুনা পাও পিগদবনি। মহাক্না অককনবা মুমিৎ অদুগী মমুংদা লাইরিক অদু লৌমন্ত্রবদি অতোপ্পা মিতার্ত্ত তৌবিয়ু হায়না নিপা অমদা পিখিগনি। হায়রিবা লাইরিক অদু থাক্কুনা থমলবা ফাওবদা কনা অমত্তনা লৌমন্ত্রবদি লাইব্রেরীগী উপুদা থমজিনখ্রগনি।

লাইব্রেরীগী লাইরিক মতমচানা লাইব্রেরীদা হল্লক্কবগীদমক ফাইন ' fine লৌবা হায়বা অসি লাইব্রেরী থুদিংদা চৎনবা নিয়মনি। মরম অদুনা লাইরিক অদু লাইব্রেরীদা হল্লকদবনি।

কার্ড কী চার্জিং সিস্টেম চৎনবা লাইব্রেরী অমদা করম করম্বা লাইরিক হল্লক্লিবা হায়বা অদু ডেট গার্ড ( তারিক তাকপা কার্ড ) য়েংলগা হেক্কা ইরাই লাইনা থংবা ওমি।

লাইরিক হল্লকউ হায়বগী নোটিশ অদুদা পিকম থোকপা ফাইন অদু উৎকদবনি। লাইরিক অদু অসুম হল্লক্তুনা লৈরবদি ফাইন অসুপ তাগনি হায়নসু নোটিশ অদুদা উৎকদবনি নোটিশ পিরনা ফাওবদ লাইরিক অদু হল্লকত্রবদি অকনবা নোটিশ অমা মমৈথংদা পিগনি। নোটিশ অসিদা লাইরিক হল্লক্কবগী মাকম অমি লাইব্রেরী কোমিটীদা নত্রগা গেরেন্টর ( Guarantor ) দা থংহন-থগনি হায়গদবনি। স্কুল, কোলেজ অমসুং ইউনিভারসিটিনচিংবদা লাইরিক বায়খিবা হল্লক্কনা অদু চনহল্লক্কা উপাই মাপ্পা লৈ। লাইরিক হল্লক্লিবা নিপা অদুগী মমিং অদু এটেন্ডেন্স রেজিস্টারদগী

ককথৎপা য়াই। মিপ অদুগী পরিক্ষাগী ফল হায়দোক্লবা থম্বা মাই মত্রগা ছাত্র অদুনা দরকার ওইবা মখল মখলগী সার্টিফিকেট পিজবা য়াই।

কয়িগুম্বা লাইরিক অমা শুপহল-তল্লকত্রবদি লাইরিক অদু এক্সেসন রেজিষ্ট অমদি মতে অতে রেজিষ্টারদগী মাংখ্রে হায়না লৌতুনা ককথৎকদবনি।

লাইব্রেরীগী লাইরিক পেংনা তল্লকপগীদমক ফাইন লৌরিবা অসিগী অর্থ য়াম্না নৈ। ফাইন লৌবা অসি লাইরিক বায়খ্রিবা মিপা অদুবু মাগী মপৌ খংহনবনি। অদুগা ফাইন অসি লাইব্রেরীদা নত্রগা লাইরিক অদু পানা ফংহনদ্রবা নিপা অদুদা পিবা ক্ষতিপূরণ ( Compensation ) মখল অমনি। লাইরিক বায়বা ফংদ্রিবা নিপা অসিনা ফাইন অদু ফংদ্রগনু ফাইন তৌরে হায়না বাখল অসিমক্না মতৌন্দা অপেনবা অমা পোকহল্লি হায়বদি মশামক্না ক্ষতিপূরণ ফংবগুম্বা খল্লি। কনাগুম্বনা ফাইন হায়বা অসি জাতি অমদা মতম চৌম্থন লাইরিক পাবগীদমক পিবা ক্ষতিপূরণনি হায়না লৌই। থাঙ্গেৎপেংনমক ফাইন লৌবা অসি লাইরিক মতম চাদনা তল্লকপা থিংনমবগীদমক্তনি। মরম অদুনা লাইরিক বায়রিবা মিশা অমনা মশাগী মপৌ নিংশিনা থংগদবনি লাইব্রেরীদা মহাক্না কনানা চৎকদগে হায়না খংগদবনি। শম্না হায়রবদা লাইব্রেরীগী লাইরিক বায়রিবা মী থুদিংমক্না সিটিজেন অমা ওইবগী মপৌ অমদি রেস্পন্সিবিলিটি অদু নিংশিনা খংগদবনি।

স্কুল লাইব্রেরী মত্তুবা অতৈ অচৌবা লাইব্রেরীশিংদা রিফরেন্স ডিপার্টমেন্ট হায়দনা অতোপ্পা মফম অমা লৈ। রিফরেন্স ডিপার্টমেন্টকী মকোক অদু রিফরেন্স লাইব্রেরীয়ান কৌই। করি করিগুম্বা লাইব্রেরীদদি চুম্লগী লাইব্রেরীয়ান্না রিফরেন্স লাইব্রেরীয়ানগী থবকসু তৌই। রিফরেন্স কোইসন করিনো অমসুং রিফরেন্স লাইব্রেরী কদাইবু কৌবগে হায়বা অদু মথক্তা হায়খ্রে।

রিফরেন্স ডিপার্টমেন্ট অমদা লৈগদবা পোৎশিং মথাদা ইরি :—

১। মান-চাং (Furniture)

২। রিফরেন্স ষ্টাফ (Reference staff)

৩। রিফরেন্সকী লাইরিক (Reference book)

অসিগুম্বা রিফরেন্সকী লাইরিকশিং অসিগী মখল মথাদা পিরি :–

১। থুনা হেক য়েংবা য়াবা রিফরেন্স বুকস (Quick reference book), ২। বিব্লিওগ্রাফি, ৩। মখল মখলগী কেটেলোগ, ৪। লোন খুন্দিংমক্কী খ্বাইদগী ফবা ইন্ডিসমগী লাইরিক, ৫। বিষয় পূর্নমক গুনা য়াওবা লাইরিক, ৬। মীনা য়ামনা পাম্বা খবরশিংগী মরি লৈনবা ফাইল (Files of important newspaper in demand), (৭) ঐখোয়গী লমগী মরমদা ইদ্রিবা লাইরিক পামফ্লেটনচিংবা, ৮। মখল মথা অয়াম্বা মেগাজিন, ৯। অচৌ অচৌবা সোসাইটিনা কোংবা লাইরিকশিং হায়বদি রোয়েল সোসাইটি, রোয়েল জিওগ্রাফিকেল সোসাইটি ওফ

ইংলেণ্ডনচিংবনা কোংবা লাইরিকশিং, ১০। সরকারনা কোংবা লাইরিক, রিপোর্ট অসিনচিংবা।

মথক্তা পিরিবা লাইরিকশিং অসি রিফরেন্স লাইব্রেরী অমদা য়াম্না দরকার ওই মরমদি মরুওইবা খংদবা য়াত্রবা ঈ-পাও অমসুং জ্ঞান অয়াম্বা মখোয়শিং অসি য়েংলগা খংবা ঙম্মী।

## লাইব্রেরীগী লাইরিক মাঙত্রা হায়রুনা য়েংশিনবা
## ( Library Stock taking )

চহি খুদিংগী নত্রগা অকক্নবা মতম খুদিংগী লাইব্রেরীগী লাই-রিকশিং অদুগী মশিং চুমত্রা অমদি করম্বা ফিভমদা লৈরিবগে হায়বা খংননবা য়েংনগী দরকার ওই। অসুম্না থিজিনবা অমসুং য়েংশিনবগী থবক অসিবু ষ্টোক টেকিং (Stock taking) কৌই।

ষ্টোক টেকিং তৌবগী মরম য়াম্না লৈ। লাইব্রেরীগী লাইরিক মশিং চুমত্রা য়েংবা লাইরিকী, মওং মতৌ শোকপ্রা য়েংবা লাইরিক কয়া মাংখ্রে খংদোকপা, করম করম্বা লাইরিক শেমজিনবগী দরকার ওই হায়বা খংদোকপা, কেটেলোগ অমদি ক্লাসিফিকেসন (Cataloguing and classification) তৌবা চুমত্রা খংদোকপা, করম করম্বা লাইরিক মফম চাদনা লাম্না থমলম্বা হায়বা খংদোকপা, এক্সেসন রেজিষ্টার, সেলফ-লিষ্ট অমসুং কেটেলোগতা ইরিবা লাইরিকশিং অদু চানদবা য়াওত্রা খংদোকপা অসিনচিংবা থবক ময়াম অসিগীদমক ষ্টোক টেকিং অসি দরকার ওই। ষ্টোক টেকিং তৌত্রবদি লাইব্রেরীগী অমাঙবা য়াম্না লৈগনি। লাইব্রেরীগী

লাইরিকশিং অসি মাংঙবা য়াবগী মওং য়াম্না লৈ। লাইরিক বায়বা মীশিংনা লাইরিক হুবা য়াবগী খুদোংচাবস্তু য়াম্না লৈ। লাইব্রেরীগী লাইরিক পানরিবা মীশিংনস্তু খুদোংচাবা য়েংদুনা লাইরিক হুবা য়াই। লাইরিক বায়খিবা মীশিংনা লাইরিক মাং-হনখিবস্তু য়াই। মরম অদুনা লাইব্রেরীগী ষ্টোক অসি য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিনগদবনি। ওপন্ এক্সেস লাইব্রেরী (Open access library) হায়বদি লাইব্রেরীগী লাইরিক থম্ফমদা চংদুনা লাইরিক বায়বা মীশিংনা অপাম্বা লাইরিক মশামক্না খন্দোকপা য়াবা লাইব্রেরীদদি লাইরিক হুবা য়াবগী খুদোংচাবা কয়া লৈ। মরম অদুনা লাইব্রেরীগী চংফম অমস্তুং থোকফম (Inlet and exit) দা থোঙ ঙাকপা মী (Darwan থমগদবনি। অসিদস্তু নত্তনা লাইরিক থম্ফম মনাক্তা লাইরিক শেন্নবা মী থমস্তু থমগদবনি। অচৌবা অচৌবা লাইব্রেরীদদি মথক্তা হায়খিবা মীশিং অসি য়াম্না দরকার ওই।

ক্লোজ এক্সেস লাইব্রেরী (Closed access library) দনা লাইরিক বায়বা লাকপা মীশিংনা লাইরিক হুবগী খুদোংচাবা কয়া লৈদে অসিগুম্বা লাইব্রেরীদদি লাইরিক বায়বা লাকলিবা মীশিং অদু লাইরিক থম্ফমদা চংহন্দে।

লাইব্রেরীগী ষ্টোক অসি কনানা চেক (Check) তৌগনি? কনাগুম্বা মী থম্মনা ষ্টোক টেকিং অসি লাইব্রেরীয়ান অমস্তুং মাগী ষ্টাফ (Librarian and his staff) না তৌগদবনি হায়। অতৈ মী থম্মনা ষ্টোক টেকিংগী থবক অসি লাইব্রেরীগী

মসুংদা লৈতবা অতোপ্পা মপানগী মীনা তৌগদবনি হায়। অদুবু অয়াম্বা মফমদা লাইব্রেরীগী ষ্টোক অসি লাইব্রেরীগী ষ্টাফনা চেক তৌই অমসুং মপানগী হৈ শিংলবা মীস্তু য়াওহল্লি। মপানগী মীগা লাইব্রেরীগী ষ্টাফকা পুল্লগা লাইব্রিক চেক তৌবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা নিয়মনি।

ষ্টোক টেকিং তৌনগী মওং খরা লৈ। ইতান হানবদা লাইব্রেরীদা লৈরিবা লাইব্রিকশিং অদুগা সেলফ-লিষ্টকা চানত্রা হায়দুনা য়েংগনি অদুগী মতুংদা সেলফ-লিষ্টকা এক্সেসন রেজিষ্টারগা চানত্রা হায়দুনা য়েংগদবনি

অতোপ্পা নিযম অমনা লাইব্রেরী লাইব্রিকশিং অদু এক্সেসন নম্বরগী মতুংইন্না চেক তৌবা অসিনি।

খ্বাইদগী ফবা নিযমদি সেলফ-লিস্ট অসু লাইব্রেরীগী লাইব্রিক্কা লৈরিবা অদুগী মওং মনাওগী মতুংইন্না শেমদুনা অম্ব অদুগী মতুংদা সেলফ-লিষ্ট অমসুং এক্সেসন রেজিষ্টার চেক তৌবা অসিনি।

ষ্টোক টেকিং হায়বা অসি য়াম্না কাম্লবা থবক অমনি। লাইব্রেরীগী লাইব্রিকশিং অদু চেক তৌবা লেইরগা য়াম্না কাম্লবা কল কংভি। অমাঙবা মখুন তংলবা অমসুং শিজিন্নবা য়াত্রবা লাইব্রিক্কচিংবা মফক থংবা ঙম্মি। চেক তৌবা অসিদ কেটেলোগ অমসুং ক্লাসিফিকেসন তৌবদা লানখিবা কয়া ফায়। মফম চাদনা থমলম্বা লাইব্রিক কয়া মফম চানা থম্ব ঙম্মী। শম্না হায়রবদা চেক তৌবা অসিনা লাইব্রেরীগী ষ্টোক অদুগী অশোয়বা পুম্নমক

অদু পুথোকপা ঙম্মী। মরম অসিনা চাং নাইনা হককনবা মতম খুদিংগী লাইব্রেরীগী ষ্টোক চেক তৌবা হায়বা অসি থাদোকপা য়াম্লবা অমসুং য়াম্না কান্নবা থবক অমনি।

## অঙাংগী লাইব্রেরী
## ( Children Library )

স্কুল, কোলেজ অমসুং ইউনিভরসিটীনচিংবগী লাইব্রেরীদদি অঙাংশিংগী তোপ্পা ডিপার্টমেণ্ট Department for Children) থম্বগী থোইনা কান্নবা লৈতে পব্লিক লাইব্রেরীশিংদদি অঙাংগী তোপ্প ডিপার্টমেন্ট অমা থম্বগী দরকার ওই। অসিগুম্বা লাই-ব্রেরীশিং অসিদা চহি ৬ হৌনা ১৪ কাওনগী মসুংদা লৈবা অঙাংশিংনা চংভ তৌথক কালগী পব্লিক লাইব্রেরীশিংদা অঙাংগী ডিপার্টমেণ্ট ( নত্রগ অঙাংগী লাইব্রেরী ) লৈনরে। অহনগী লাইব্রেরী ( Library for adults ) গা অঙাংগী লাইব্রেরী অয়াম্বা শকক্তা মান্নে অঙাংগী লাইব্রেরীগীশু রিফরেন্স ডিপার্ট-মেন্ট লৈ, মতিক চানা লাইরিক লৈ অমসুং মেগাজিন্নচিংনগী সেক্সনসু লৈ। থাঙ্গেশোংনমক অঙাংগী লাইব্রেরী হায়বা অসি নিংথিনা থংগনি। লাইব্রেরী অদুদা মতিকচানা চাওবা কা লৈগদবনি। কা অদু নিংথিনা লৈতেংগদবনি। অঙাংশিংনা হেক য়েংবদা কা অদু থুক লাওনা পোকচনবা কা ওইগদবনি।

লাইব্রেরী অদুগী লাইব্রিক বায়থোক-বায়শিন তৌবগী থবক অদু ইচম চম্বা নিয়মগী মতুংইন্না তৌগদবনি। হায়বদি লাইব্রেরীগী লাইব্রিক পাবা অমসুং বাইবনচিংবগী নিয়ম অদু অকুপা নিয়ম ওইহল্লোইদবনি। মথাদা পিরিবা নিয়ম অসি অভাংগী লাইব্রেরীশী-দমক্তদি য়াম্না ফৈ

( ১ ) স্কুলগী ওঝা অমনা মাগী স্কুলদা তমলিবা কনাগুম্বা ছাত্র অমবু লাইব্রিক বাইহনবিয়ু হায়বা মতুংদা হায়বদি রিকো-মেনডেসন ( Recommendation ) তৌরবা মতুংদা ছাত্র অদু লাইব্রিক বাইহনব য়াগে। ছাত্র অদুগী গারডিয়ান (Guardian) অদুবু ছাত্র অদুনা লাইব্রিক মাংহল্লবদি শিংগনি হায়দুনা য়াহনবসু য়াম্না কৈ মরমদি ভসাই হায়াথুবা স্কুল ওঝা অদুনা ছাত্র অদুদা লাইব্রিক মাংহনবগীদমক দায়িত্ব পু হায়রব য়ানিংদবা য়াই।

( ২ ) কনাগুম্বা ছাত্র অমগী য়ুমগী অহল অমনা দায়ীত্ব পুগনি হায়দুনা দরখাস্ত থারবদি ছাত্র অদু লাইব্রিক বাইহন-গদবনি।

( ৩ ) চহি ১২ গী মথাদা লৈবা অভাং অমদা লাইব্রেরীগী লাইব্রিক অমদগী হেন্না পিরোইদবনি।

( ৪ ) লাইব্রিক শিজিন্নবগী মতম, লাইব্রিক তক তকুনা শিংথিনা শিজিন্নবগী মওংমচিংবা পূম্নমক অসিগী মরমদা কুপ্পা শেমগদবনি। অভাং হায়বা অসিমক্তবু মতৌশানা চেকশিনবা বাংলি। মরম অদুনা লাইব্রিক শোক্তনবা অমদি মোৎহন্দনবা

থংদি। সাহিত্যগী অরাংবা থাক্তা লৈরিবা লাইরিক অদু অঙাংবা পাম্মোই। মরম অদুনা অঙাংগী পাম্নাই অদুবু ফাবা ঙমগদবা ইরায় লাইবা, ইচম চম্বা লাইরিক লৈবনা য়াম্না ফবা ওইন্নি। অঙাংগীদমক্তা লৈগদৌরিবা লাইরিকশিং অদু ফজবা লোন্দা ইগদবনি। লাইরিকশিং অদু অচুম্বা (হায়বদি অচুম্বা বাগী মরমদা ইবা) লাইরিক ওইগদবনি। লাইরিকশিং অদুনা অঙাংশিংবু হরাওহনবা অমদি নোকহনবা ঙমগদবনি। য়েক-শোৎতুনা তাকপা য়াওবা অমসুং ফোটোনচিংবা য়াওবা লাইরিকশিং অদু অঙাংগীদমক য়াম্না ফৈ। অমিবা, অফাওবা লাইরিকী কোপী মশিং য়াম্না থমগদবনি। অকবা চেদা ইবা, পাবদা সুংঙাইবা লাইরিক লৈগদবনি। লাইরিক-শিং অদু কম্না ফাবা অকনবা লাইরিক ওইগদবনি।

অঙাংগী লাইব্রেরীদা অঙাংশিংবু মনিং মথা তম্না চংথোক চংশিন তৌহনগদবনি। লাইব্রেরীদা অকাইবা থবক তৌহন্দনবা মিংথিমা য়েংশিনগদবনি। অঙাংগী লাইব্রেরীগী ষ্টাফ অদু মতিকচাবা অমসুং লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান থংবা মী ঙাক্তা ওইগদবনি। অঙাংগী লাইব্রেরীগী লাইব্রেরীয়ান অমনা লাইব্রেরী করম্না শাসন তৌগদগে হায়বগী জ্ঞান লৈগদবনি। মহাক্না অঙাংশিংগী মপূকচেল করম তৌবগে হায়বা খংগদবনি। অঙাংগী লাইরিকী বিব্লিওগ্রাফী ( Bibliography of children's books ) মিংথিনা খংগদবনি। মহাক বারি শিবা ( story telling ) হৈগদবনি। মহাক মতম মতম অঙুগী অঙাংগা চানবা ঈ-পাও খোমজিনবা হৈবা অমসুং ফোংদোকপা হৈবা মী অমা ওইগদবনি।

অঙাংগী লাইব্রেরীদা বাবি লিবগী মতম লৈগদবনি। মরম অদুগী মখুংদা অঙাংশিংদা মখল মখলগী বারী লীবিগদবনি। অঙাংনা তাবদা নুঙাইগদবা, হয়াওবা পোকদবা অমসুং মখোয়গী হেনগৎকদবা অদুগুম্বা বারী অদু খন্দুনা লীগদবনি। অমসুং মংতম্বা মরক মরক্তা অঙাংশিং অদু ফিলম শো (Film show) য়েংহনগদবনি। অঙাংশিংদা লেকচর (Lecture) সু পিগদবনি।

অয়েকপা মুর্তি, অয়েকপা লাই, মেপশিংবা পুম্নমক অঙাংশিংদা উৎকদবনি অমসুং পোৎশিং অসিগী মরমদসু মিংশিং শন্দোকনা তাকদবনি।

লাইব্রেরীগী লাইরিক বাইপোক বাইশিন তৌবগী নিয়ম, কেটলোগ অমসুং মখল খাইদোকপা (Classification) গী খরকনচিংবসু অঙাংশিংদা তম্বীগদবনি। অঙাং ওইরিবৈদো লাইব্রেরীগী রুল বচিংবা খংদোকপা অসি য়াম্না কান্নে। হয়েং মখোয়না চাওরকপগা অচৌ অচৌবা লাইব্রেরীদা চংবা মতমদা খুদোংচাবা য়াম্না কংই।

অঙাংশিংনা পাবা য়াবা লাইরিকশিং অদুগী লিষ্ট (List) অমা লাইব্রেরী খমগদবনি। লিষ্ট অদু পংশা শাহেন্নো ঙাবনি অমসুং অঙাংশিংনা য়েংশিংনবা শেমগদবনি।

ইউরোপ, আমেরিকা অমসুং রুশিয়ানচিংবা লমগী অঙাংশিংদি লাইব্রেরী শিজিন্নবগী ৱাংক অসিদা য়াম্না চাওখৎখ্রে, মুলনা অদু ছাত্র মচা অমনা অচৌ অচৌবা লাইব্রেরীদা চংদুনা লাইব্রেরীগী মখল মখা অয়াম্বা মচাকশিং (Resources) অদু ইমাং লাইনা

শিজিন্নবা ঙম্মী হায়বদি মহাক্না অপাম্বা লাইরিক অদু কদাইদা লৈরমগনি অমসুং করম ভোৗরগা ফংবা য়াগনি হায়বা অদু উরাগ্না থংগা ঙম্মী।

## লাইরিক কাবা অমসুং লাইরিক চেকশিন্না থৌবা
## ( Book-binding and care of books )

কুইনা শিজিন্নরবা নত্রগা লাইব্রেরীদা মতম কুইনা লৈরবা লাইরিকশিং অদু মশা শোকথরকনি অমসুং মঙ্‌ চারকই। লাইরিক মিংশিনা শিজিন্নদনদগী অমসুং মুংশিং-মুংশা কত্তবদগী লাইরিকী মশা অসি শোক্লকই। মরম অদুনা লাইরিক কাবা মীশিংদা লাইরিক মিংশিনা শিজিন্নবা পাওতাক পিগদবনি। লাইরিক থম্ফম উপুশচিংবা অদু লু-চন্না থমগদবনি অদুগা লাইরিক মাংহনবা তিন-কাং চাংবনবা হিদাক চ'ইগদবনি।

লাইরিক মথুম পানবা মতমদা য়াম্না ভোইনা শিজিন্নগদবা লাইরিক য়াম্না পিকপা অদুগা য়াম্না থাবা লাইরিক অমসুং য়াম্না চাওবা লাইরিক অদুগী মথুম অদু শউন্না পানগদবনি। শউনগী মথুম অসি য়াম্না কন্নি। লাইরিক কাবা মীশিং ( Binders ) না লাইরিক অমগী পুক্সি অদুমা চংবনবা মথুম পানগদবনি। আমেরিকান লাইব্রেরী এসোশিয়েসননা লাইরিক কাবগী মরমদা মথাদা নিয়মশিং অসি ভ'কদবনি হায়রি।

( ১ ) মিংথিনুমাইনা শিজিন্নবোইদবা লাইরিকশিং অদুদি শউন্না মথুম পানগদবনি।

(২) মীশা কয়া তোইনা শিজিন্নরোইদবা লাইরিক অহুদি শউমা মথুম পানবগী দরকার লৈতে।

(৩) হাইকেং তোইনসু শিনজিন্নগদবা মাদবা অচুপা লিংথিনা শিজিন্নগনি শিজিন্নরোইসু থংদবা লাইরিকশিং অহুদি কিপী মথুম পানগদনি। লাইরিক হাংদোকপা মতমদা য়ায়া লাইরা হাংদোকপা য়াবা (হাংদোকলিবা মথুম অহু অহুম হাংদোকতুনা লৈবা) লাইরিক অহুগী মথুম অহুম হেক হাংদোকপদা উম-শিনথিবনা হানবা লাইরিকী মথুমদগী হেন্না কুইনা চৎকনি।

লাইরিক মথুম পানবদা শিজিন্নবা শউনগী মখল মখাদা পিরি :—

(১) ওক্তী মউন (Pig skin):—মসি লাইরিকী মরম (spine) গীদমক্তদি খাইদগী ফবা শউনি।

(২) মোরোক্কো শউন (Morocco leather):—মসিনা ওক্তী মউন্দগী হেন্না তাংভি অমসুং লাইরিক মথুম পানবদা খাইদগী হেন্না ফবা শউনি।

(৩) শনগী মউন (Cow-skin):—মসি তোইনা অমদি খীনা শিজিন্নগদবা লাইরিকী মথুম পানবদা য়ায়া কৈ। চহি ৪/৫ শিজিন্নরগা শোকচিল্লকদবা লাইরিকশিং অহুদি শনগী মউনা মথুম পানবা কৈ।

লাইব্রেরীদা লৈবা মথুম-মরাং তংলবা লাইরিকশিং অহু অনুক কাবা অমদি মথুম পানবগী দরকার ওই।

লাইরিক মথুম পানবা অমদি লাইরিক কাবা হৈবা মীতনা লাইরিক মথুম পানগদবনি অমসুং কাগদবনি। লাইরিক মথুম

পানবা অমত্থং কাবগী থবক অদি ইথোপ তোম্না বিত্তা অমনি। মসি ভমজ্রবদি ইরায় লাইমা হৈবা য়াদে।

অচৌ-অচৌবা লাইব্রেরীশিংদা মথুম-মরাং তৎপা লাইরিক শেম্নবা সেক্সন (section) অমা লৈবা কৈ। অয়াম্বা অচৌবা লাইব্রেরীশিংদা অসিগুম্বা সেক্সন লৈ। শেমগদৌরিবা লাইরিকশিং অদুগী রেজিষ্টার (Register অমা লৈগদবনি রেজিষ্টার অসিদা শেমগদৌরিবা লাইরিকশিং অদুগী মমিং, লাইরিকশিং অদু ইবা মীশিংগী মমিং, মথুম পানবা অমদি কোৎপদা চংথিবা শেলম- চিংবা ইশিনগদবনি। অসিদগী নৎতনা লাইরিকশিং অদু শেমগে হায়রভুনা উপুদগী লৌথোকপগী তারিক, শেম্বা লোইবগী তারিক- মচিংথস্ন রেজিষ্টার অসিদা ইশিনগদবনি। লাইরিকশিং অদু শেম্বা লোইরগা হায়গী মকমদা থমজিনগদবনি।

শেগাই-ভুকাইবা লাইরিক শেমমনবগীদমক ছাপা নম্ফম (Press) দগী কোটেসন (Quotation) কৌবা য়াই। কোটেসন কৌবা অসি শেমগদবা লাইরিক মশিং অদুনা য়ামলবা মতমদদা কৌজনবনি।

লাইরিকী চেমা অদু মচেৎ মচেৎ তৎলক্লবা মতমদা মথুম্বা শেম্নবা মথাদা পিরিবা হিদাকশিং অসি শিজিন্নবা কৈ।

(১) কার্বোন টেত্রা ক্লোরাইড (Carbon tetra Clo- ride) নত্রগা বেঞ্জিন (Benzene)।

(২) গ্লু (Glue)।

( ৩ ) লেকর ( Laquer )।

( ৪ ) এসিটোন্ ( Acetone )।

হায়ড্রোবলিক্ প্রেসর মেচিন ( Hydroalic pressure machine ) শিজিন্নদুনা অতংপা চেনাশিং অদু নপশিনবা য়াই। অসুম তৌদুনা চেনা শেগাইবা নপশিনবা অসিবু লামিনেসন্ ( Lamination ) তৌবা কৌই। "বেরোজ লামিনেসন মেচিন" ( Barrow's lamination machine ) কৌবা খুৎলাই অদু শিজিন্নদুনা "লামিনেসন্" তৌবা য়াই। মসিদা চংবা মচাক্তি— সেলুলোস্ এসিটেদ্ ফোইল ( Cellulouse acitate foil ), টিশু পেপর (Tissue paper, অমসুং এসিটোন্ ( Acetone ) নি।

খুৎনা লামিনেসন তৌবা য়াই। ইহান হানবদা এসিটেদ্ ফোইল অদু শেগাইরিবা চেনা অদুগী মথক্তা থমগদবনি। অদুগী মতুংদা টিশু পেপর হাপকদবনি। টিশু পেপরগী মথক্তা এসিটোন্ হৈজিনগদবনি। এসিটোন্ হৈজিনবা মতুংদা এসিটেদ্ ফোইল অদু শোদোকনি। অদুগী মতুংদা শেগাইবা চে অদু মওং চপ চানা নপ্পুনা লৈগনি।

ডেক্সট্রিন্ পেষ্ট ( Dextrine paste ) শিজিন্নদুনা অতংপা চে নপশিনবা য়াই। হায়রিবা পেষ্ট অসি মথাদা পিরিবা পোৎশকশিং অসিনা পুল্লগা শেমগদবনি।

ডেক্সট্রিন্ আউন্স ৫ + ঈশিং আউন্স ১০ + ওইল্ ওফ গ্লোভস্ ( Oil of gloves ) আউন্স ১½ + সেফ্রোন্ ( Saffron ) আউন্স ১½ + অঙৌবা আরসেনিক্ ( White arsenic ) নক্রগা লেক্ কারবোনেৎ ( Lac carbonate ) আউন্স ২½।

লাইব্রেরীগী লাইব্রিকশিং অদু নিংথিনা মপাঙ্গল কন্না থমগে হায়রবদি লাইব্রিক থক্ষম উপু অদু মুংশিং-মুংশা নিংথিনা চংহন-গদবনি। মুংশিং-মুংশা শেংদবা অসিনা লাইব্রিক্কী মশা শোকহল্লি। মরম অদুনা লাইব্রেরীগী লাইব্রিক থক্ষম (Stack) অদুগী অকোইবদা মুংশিং-মুংশা চংথোক-চংশিন তৌননবা মিহুংথোং অমসুং থোংজাও য়াম্না পামবগী দরকার ওই। উনা শাবা উপুবুদি ইস্পাৎ (steel) উপুনা লাইব্রিক থম্মনবগীদমক ফবা হেল্লি। লাইব্রিক থমগদৌরিবা উপু অদুদি মৈ চাকওইদবা অমদি তিঙ্গ লৈবা ওম্মোইদবা পোৎমা শাবা কৈ। মরম অসিন ইস্পাৎকী উপু শিজিন্নবা অসি য়াম্না কৈ। অচৌ অচৌবা লাইব্রেরীদদি লাইব্রিক্কীদমক্তা মশক নাইবা মমাই পান্দবা ইস্পাৎকী উপু শিজিন্নরে

অশাবা, মনিল য়াওবা মুংশিং-মুংশা (Hot humid climate) না তিল মচা পোকহল্লি অমসুং পোৎ চৈ কোকক্সাই কাহল্লি। মরম অদুনা লাইব্রেরীগী লাইব্রিক থক্ষম (stack) অদু এয়ার কণ্ডিসনিং (Air conditioning) তৌবা কৈ। নুমিৎ অদুগী অশাবগী শরুক্তা ৭০°F অমসুং ৮০°F গী মরক্তা থমগদবনি অদুগা অচোৎপগী শরুক্তা ৫০% দা থমগদবনি।

ওলকালিনগী ঈশিং (Alkaline water) H. P ৮.৬ মক্রগা মদুগী মথক্তা লৈবা হায়ড্রোজেনগী কনসেন্ট্রেসন (Hydrogenous concentration of H. P 8.6 or above) য়াওনা এয়ার কণ্ডিসনিং তৌরবদি কা অদুদা লৈবা মুংশিং অদু সলফর-ডায়োক্সাইড (Sulpherdioxide) না শোকহনবা ঙমদে। অসুম্না

অদু 60°F গী মথাদ্দা লৈরবদি সুমিৎ ১০ নি কাওবা লাইরিকশিং অদু উপুদা থমতুনা হিদাক অসিগী মনিল চংহনগদবনি।

কারবোক্সাইড গ্যাস (Carboxide gas)গী মনিল অসিবু লাইরিকী তিল হাৎপা ঙম্মি। মনিল অসিনা লাইরিক্তা কোক-ফাই কাবস্থ ফহনবা ঙম্মি। হায়রিবা কারবোক্সাইড গ্যাস অসি এথিলিন ওক্সাইড অমসুং কারবোনডায়োক্সাইড (Ethylene oxide carbondioxide) অসিনা পুনশিল্লগা শেম্বনি মখোইশিং অসি য়াম্নবগী চাং (অরুম্বগী চাং) ১:৯ নি।

## লাইব্রেরী চাওথৎনবগী থবক
## (Library Extension Works)

পব্লিক লাইব্রেরী অমগী মথৌদি লাইরিক থোমজিনবা, নিংথিনা মশা শোকহন্দনা থম্বা অমসুং মীশিংগী লৌশিং অমসুং পুকচেল চাওথৎহনবনি। পব্লিক লাইব্রেরীনা অঙাং, অহল ওইরবা মুপা মুপীনচিংবা মীশিংবু ঋতৎ অথম মাইদনা জ্ঞানগী লম্বেলদা চৎহল্লি। কান্তি অমদা চাংনাইনা পব্লিক লাইব্রেরীনা ঈ-প্লাও পি। শম্ন হায়রবদা পব্লিক লাইব্রেরী হায়বা অসি য়াম্না কান্নবা স্কুল মখল অমনি। মসি লৌশিংগী টেলিফোন এক্সচেঞ্জ (Telephone exchange of knowledge) নি।

পব্লিক লাইব্রেরী অমনা মরু ওইনা পুথৎকদবা থবকশিং অদু মথাদা শম্নলপ্না পিরি।

(১) ময়ামগী ওইবা থবক (Public affairs) :—
জাতী অদুগী মীশিং অদু ভাব তাহনগদবনি। চাওখৎপা পান্না পুকচেল চেলহনবা অমত্তা ওইবা পুকচেল চেলহনবা, ডিমোক্রেটিক ওইবা পুকচেল চেলহনবা অসিনচিংবা থবকশিং অসিগীদমক পব্লিক লাইব্রেরী অমনা অৱেবা মচাক অদু লিক্তনা পিজিন্নগদরিব্রি।

(৩) শিনফম (Vocation) :— মী খুদিংমক মানা পান্বা শিনফম অদু মপুন্সিদা নিংথিনা পাইখ পা য়ানবা খুদোংচাবা পিগদবনি।

(৩) পোথাবা (Recrealoin) :- লাইব্রিক পাকমদা মী ময়াম পুলহন্দুনা মখোই মখোইনা পানিংবা লাইব্রিক পাহনবা অমসুং মখোইগী পামজবা অদু পাংথোকচহন্নবা মতেংপাংবা অসি পব্লিক লাইব্রেরীনা পাংথেকদবা থবক অমনি। অসিগুম্বা থবক অসিনা সমাজগী চাওখৎপা অমসুং য়াইফবা পুরকপা ঙমগনি।

ঈ-পাও (Information) :- মীশিংবু মতম মতম অদুগী বিজ্ঞানগী অমসুং অতৈ অতৈ জ্ঞানগী চাওখৎনগী ঈ পাও অদু খংহন্নবা মতেং পাংবা হায়বা অসিসু পব্লিক লাইব্রেরীগী মরু ওইবা থবক অমনি।

থিজিনবগী থবক (Research) :—রিসার্চ তৌবা মী কায়ু অংবু মতেং হায়বদি মখোইনা দরকার ওইবা মচাকশিং অদু খাৎতনা পীনবা হোংনবা অমদি পিবা য়াবা পাওতাক পিনবা লয়জিংখিবা হায়বা অসি লাইব্রেরীগী মরুওইবা থবকনি।

তোকখ্রবা লাইব্রিক অসিনচিংবা পুন্নমক অসি উংকদবনি। অসিদসু মত্তম লাইব্রেরী সাইন্স (Library science) অমসুং লাইব্রেরীগী নিয়মনচিংবা অসি কদাইবু কৌবগে অমসুং করাম চাওখৎলবগে হায়বা অদু প্রজাদা তাকদবনি। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা লাইব্রিকী মেলা অসি য়াম্না তোইনা তৌই। ভারতকী মফম অতে অতোপসু লাইব্রিকী মেলা অসি তৌবা হৌখ্রে। ভারতকী নোংপোকথংবা লম হায়বদি আসাম ত্রিপুরা, চিংগীলম অমসুং মণিপুরদদি অসি-গুম্বা লাইব্রিকী মেলা অসিদি লাইব্রডুনা লাইব্রেরী হায়বা অসি করিনো অমসুং লাইব্রেরীগী থবক অসি করম্না চাওখৎহনগদগে হায়বা অসি অয়াম্বা মীশিংনা মুন্না খংদ্রি। সরকারমসু হায়রিবা লমশিং অসিদা লাইব্রেরী চাওখৎনবা থোইদোকপা অকনবা থবকসু পাইখৎপা উদে।

৩) সিনেমা (Film display) :—

মথল মথা অয়াম্বা সিনেমা উৎপা অসি য়াম্না কান্নে। লাই-ব্রিক লাইশু তম্বগী চাওখৎপা, পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা লাইব্রিক তম্মশং হায়বদি স্কুল, কোলেজ, ইউনিভার্সিটীনচিংবগী মরমদা ফিলম উৎপা য়াম্না কৈ। অফাওবা লাইব্রিক লেংবা মীশিংগী মশক উৎপা, অফাওবা লাইব্রেরীশিং উৎপা, অভাং অমসুং অহল-শিংনা লাইব্রেরীবু করম্না শিজিন্নবা হায়বনচিংবগী মরমদা মথল মথা অয়াম্বা ফিলম লাইব্রিকী মেলাদা উৎনৈ। ফিলম শো হায়বা অসি য়াম্না কান্নবা লাইব্রিক তম্বীবা মথল অমনি। মরক মরক্তা

-ঙাংগী লাইব্রেরীদা অমদি অতৈ পব্লিক লাইব্রেরীদা কিলম থৈংবা অসিসু য়াম্না দরকার ওই।

(৪) ড্রামা অমসুং ঈশৈ শকপগী থবক ( Dramatic and musical activities ) :— পব্লিক লাইব্রেরীশিংদা ড্রামা শাম্নবা হৌদে। সাহিত্য, বিজ্ঞান অমসুং কালা বিজ্ঞানচিংবগী মরমদা ফরন ফমা অমাম্বা ড্রামা শান্নবা অসি সমাজগী য়াম্না কান্নবা পোৎলমনি। ড্রামানা মীগী পুক্নিং, লিচৎ-শাজৎ অমসুং লৌশিং য়াম্না হনগদবনি। ড্রামাকমা পাওতাক য়াম্না পি। অসিগুম্বা ড্রামানা লাইব্রেরীগী মরুপ হেনগৎহল্লি। অসিদসু নত্তনা মথল মথা অয়াম্বা ঈশৈগী থৌরম ( Musical programme ) পাংথোকপা য়াই।

লাইব্রেরীগী থবক চাওথোকলকপা ( Library extension work ) হায়বা অসি হৌজিকসী মতমগী চাওখৎলবা ইনায়সী পব্লিক লাইব্রেরী খুদিংমকী থাদোকপা য়াত্রবা মওং অমনি। পব্লিক লাইব্রেরী অমা চাওথোকহনগে হায়রবদি লাইব্রেরী অতূদা মতিক-চাবা লাইব্রেরিয়ান থমগদবনি। অনৌ অনৌবা মীনা পাম্নবা লাইব্রেরিয়ান থমগদবনি। লাইব্রেরী অতূনা ঈ-পাও শম্নোকপগী থবক য়াম্না চেকশিন্না পাইখৎকদবনি। সমাজদা লৈরিবা তোঙান তোঙানবা পাঠকশিং অতূগী তোঙান তোঙানবা অপাম্বা খিবিক অতূ থম্বা মঙগদবনি। রেফরেন্সগী থবক (Reference work) য়াম্না নিংথিনা তৌগদবনি। মতিক চাবা লাইব্রেরীগী ষ্টাক লৈগদবনি। লাইব্রেরীয়ান অতূ নুংত্তৌশাগী লাইব্রেরীগী থবক ( Routinework of the library) শুবিংথিনা তৌবতা নত্তনা অনৌ অনৌবা স্কিম (New schemes)

শেম্বা হৈগদবনি। পব্লিক লাইব্রেরী অমগী চাওথোকপগী থবক অমি লাইব্রেরীয়ান অদুগী মতিক চাবদা লৈরে। মহাক লাইব্রিক য়াম্না হৈবা, তোঙান তোঙানবা মথলগী বিষয় খংবা মী ওইগদবনি। লাইব্রেরী চাওথোকপদা খ্বাইদগী মরুওইবা চংবা পোত্তি শেলনি। মরম অদুনা পব্লিক লাইব্রেরীগীদমক চহি থুদিংগী মতিক চাবা-খেল কাটথোকদবনি।

## কেটেলোগ তৌবা ( Cataloguing )

কেটেলোগ হায়বা অসি মীওইবগী বাখল অমসুং লৌশিংবু ইশিন্নবা চে অদুবুনি। মীওইবগী বাখল অমসুং লৌশিং অসি লাইব্রিকী মওংদা নত্রগা গভর্ণমেন্টকী রিকোর্ডকী মওংদা নত্রগা মেনসক্রুপ্ট ( থুংই ) গী মওংদা নত্রগা চার্ট ( Chart ) কী মওংদা নত্রগা ফোটোগী মওংদা ফোংদোকই। অসিদসু মতম মীওইবগী বাখল অমসুং লৌশিং অসি মথল মখা অয়াম্বা মওংদা উৎলি। অসিগুম্বা মওং পুম্নমক ইশিন্নবা চে অদুবু কেটেলোগ কৌই। কেটেলোগ কদাইবু কৌবগে হায়বা অদু লাইব্রেরীগী মরমদা খংলবা ঋষিপা অমনা মথাদা ইংরেজীদা অস্নম্না ইরি :—

"Catalogue means record of human thoughts and knowledge in the forms of graphic books, periodicals, Government records, manuscripts, charts, slates, illustrations, photos etc."

## Structure of Libraries in

| Region and Bureu | Date of foundation |
|---|---|
| LONDON UNION CATALOGUE ( N. C. I. ) | 1929 ( Taken overby M. B. Standing Jt. Com., 1934) |
| (1) | (2) |
| NORTHERN ( Newcastle Lit and Phil. Society ) | 1931 |
| West MINDLANDS ( Birminghamd P. L. ) | 1931 |
| Wales and Monmounthshire (a) Aberywyth (Nat. Lib. of Wales) (b) Cardiff P. L. | 1931 |
| South-Eastern ( NCI ) | 1933 |
| East Midlands ( Leicester P. L. ) | 1935 |
| North-Western (Manchester P. L.) | 1935 |
| Yorkshire ( Sheffield P. L. ) | 1935 |
| South-Western ( Bristol P. L. ) | 1937 |
| Scotland ( Edinburgh Scotish Central Library ). | 1921 |

## Geart Britain and Northern Ireland.

| Libraries | | | Area and Population served |
|---|---|---|---|
| Town | Country | Special | |
| | 28 Met Boroughs and city of London | | Metropolitan London 3, 348, 217 |
| (3) | (4) | (5) | (6) |
| 22 | 3 | 18 | Cumberland, Durham, Northumberland, Westmorland, Yorkshire (Cleveland District) 2797, 220. |
| 40 | 5 | 17 | Herefordshire, Shropshire, Staffordshire, Warwi kshire, Worcestershire, 4490003. |
| 16 | 11 | 5 | North Wales, 1,307,912 |
| 16 | 2 | 10 (+8) | Glamorgan & Monmouthshire 1,190,863 |
| 75 | 10 | — | Bedfordshire, Berkshire, Buckinghamshire, Essex, Hertfordshire, Kent, Middlesex, Surrey, Susex, 10,239,000. |
| 37 | 11 | 13 | Cambridgeshire, Derbyshire, Huntingdonshire, Leicestershire, Lincolnshire, Norfolk, Rutlandshire, Suffolk, Isle of Ely, Northamptonshire, Nothinghamshire 8,058,778 |
| 77 | 2 | 28 | Cheshire Lancashire, Isle of Man 6,406,000 (approx). |
| 46 | 3 | 2 | Yorkshire, 4,396,813. |
| 36 | 9 | 10 | Cornwall, Devon, Dorset, Gloucestershire, Hampshire, Isle of Wight, Oxfedshire, Somerset, Wiltshire 4,980,000. |
| 50 | 30 | 44 | Scotland, 5,000,000 (approx) |

method ) শিজিন্নবগী মেথড লৈরবা অদুক্কা লোয়না লাইব্রিক অমা ইথিল লাইনা পুথোকপা তম্বিবনি।

কেটেলোগ তৌবগী তোঙান তোঙানবা রুল কয়া লৈ। অদোমগী অতুগী মচুংদা মরুওইবা রুল খরা মখাদা পিরি।

1. Vetican code.
2. Prussian Instructions.
3. Dictionary catalogue code. ( Ranganathan's rules ).
4. Classified catalogue code of Sheare.
5. A. A. Code ( Anglo American code').
6. A.L.A. Rules for Author and Title Entries.
7. British Musium Rules.
8. Cutter's Rules for Dictionary Catalogue.

## কেটেলোগ শেম্বা
### ( Arrangement of Catalogue ).

কেটেলোগ অদু লাইব্রিক মরেক মথংমথাও মাইকী মতুংইন্না ( Alphabetically ) মতুংগা মথল থাইদোকপগী মতুংইন্না (According to classification) শেম্বা ঙাই। Alphabetical catalogue অসিগী মখল অহুম লৈ:—

1. Dictionary Catalogue.
2. Alphabetical subject Catalogue.
3. Name Catalogue.

Dictionary Catalogue হায়বা অসি লাইরিক ইরিবা মিপা, লাইরিকী মমিং, বিষয়, Translator অসিনচিংবগী অমিংগী Alphabet কী মতুংইন্না শেম্মী।

Alphabetical Catalogue তি subject কী Alphabet কী মতুংইন্না শেম্মী।

Name Catalogue হায়বা অসি লাইরিক ইরিবা মী অদুগী মমিংগী Alphabet কী মতুংইন্না শেম্লিবা Catalogue অদুনুনি।

কেটেলোগকী অতোপ অতোপ্পা মওং ( Form ) অমসুং মখল (kinds ) লৈ।

কেটেলোগ অমগী মপানগী মওং ( Outer physical form ) তোঙান তোঙানবা থরা লৈ। মরুওইবা থাইনা থংনবা লৈরিবি মখল অহুমদনি মখোয়শিং অদুদি :—

( 1 ) Card form ( 2 ) Book form অমসুং ( 3 ) Sheaf form অসিনি।

হায়বদি কেটেলোগ অমা কার্ড ( Card ) দা শেম্বা য়াই নত্রগা লাইরিকী মওংদা শেম্বা য়াই নত্রগা Sheaf কী মওংদা শেম্বা য়াই।

কার্ডকী কেটেলোগ ইবা অসি নিয়ম থরগী মতুংইন্না ইগদবনি। কার্ডশিং অদু চাওবা চপ মাম্নগদবনি। Card অমগী Standard size দি 12·5 cm. × 7·5 cm. নি। কার্ড কেটেলোগ অসি চিংথোক-চিংশিন তৌবা য়াবা Drawer পানবা উপু ( Card cabinate ) অমদা হাপকদবনি।

কার্ড শিজিন্নবা অসিগী কান্নবা য়াম্না লৈ। মাসি শিজিন্নবদা য়াম্না নুংভাই। কেটেলোগ অদু তক্ল তক্লনা থম্বা য়াই। চেক তৌবদা য়াম্না খুদোং চাই। কার্ডশিং অদু মরক মরক্তা শিনবা য়াই। অনৌ অনৌবা লাইরিক্কী ( New particulars about a book ) কার্ডতা হাপচিনবা য়াই। অরানবা কেটেলোগ অদু নিংথিনা মওং কাইহন্দনা চুমথোকপা য়াই।

কার্ড কেটেলোগ শিজিন্নবগী খুদোংচাদবসু লৈ। Card Cabinet অদু মকম অমত্তদা লৈবা মরম্না মকম অতৈ অতৈগা কোক্ইপাং থাংদুনা শিজিন্নবদা খুদোংচাদে। মী অয়াম্বা মতম অমত্তদা কার্ড কেটেলোগ অদু য়েংবা য়াদে। কেটেলোগ য়েংলিবা মী অমনা মানা য়েংলিবা শরুক অদু কনাগুম্বা অমনা য়েংবা য়াদে। কেটেলোগ মনাক্তা মীসু য়াম্না কুণ্ডই। মরম অদুনা কার্ড কেটেলোগ মশিং খরা য়াম্না থম্বগী ৱাকম অমা লাকই। তমলবদি লাইব্রেরী অমদা কার্ড কেটেলোগ খরগা অদুগা অতৈ মখল খরগী কেটেলোগ খরগা থম্মসু কৈ।

লাইরিক্কী মওং মায় ছাপা নমদুনা কেটেলোগ শেম্বা য়াই। লাইরিক্কী মওংদা শেম্বা কেটেলোক অসি শিজিন্নবদা নুংভাই অমসুং পুথোক পুশিন তৌবা য়াই। কার্ডকী কেটলোগতগীদি লাইরিক্কী মওংদা শেম্বা কেটেলোগ অসিনা চেচংদবা হেল্লি। কেটেলোগ তৌরিবা লাইরিকশিং অদু কার্ডতা ইবা তাম্রবদি কার্ড মশিং য়াম্না চংগনি।

অদুম ওইনমক লাইরিক্কী মওংদা শেমলিবা কেটেলোগ অসিগী ফত্তবসু য়াম্না লৈ। মসি মতম খয়া শিজিন্নবগা চংনবা য়ায়ক্তে

(Out of date ওইরকই) মরমদি অনৌ অনৌবা লাইব্রেরীশা লৈশিল্লকপা লাইরিকশিং অদু মসিগী কেটেলোগ অসিদা হাপচিনবা য়াদে। অসিগুম্বা কেটেলোগ অসি ছাপা মম্বদসু শেল য়াম্বা থিংজি। অসিগুম্বা কেটেলোগ অসিমা লাইব্রেরীগী Stock অদুগসু চামন্নক্কে মরমদি লাইব্রেরীদা লাইরিক মাংবা অসি মমক মমক্তা থোকই অদুগা শিজিন্নবা য়াদবা লাইরিক কয়াস্থ লাইব্রেরীদগী লৌথোকই। কার্ডকী কেটেলোগতি লাইব্রেরীগী Stock অদুগা চাননবা থম্বা ওস্মি মরমদি মাংখিবা অমদি Stock তগী লৌথোকখিবা লাইরিকশিং অদুগা চানবা কার্ড অদু কেটেলোগতগী লৌথোকপা য়াই।

শিফ কেটেলোগ (sheaf catalogue) অসি তোঙান তোঙানবা কেটেলোগ তৌবা চেনা ময়াম পুনশিন্দুনা শেম্বা কেটেলোগনি। মসি লাইরিকী মওংদা ফাজিন্দুনা শেম্বনি অদুগা চেনাশিং অদু লৌথোক লৌশিন তৌবসু য়াই। মাসি তোঙান তোঙানবা মওংদা শেম্বা য়াই। ইরায় লাইনা চেনাশিং অদুগী ওইথংবা মতাইদা মথুল মচা মচা পরেংশানা হুৎলগা লংতুং মরি অমনা মথুম অদুগা পাননা পুল্লপ ফাজিনবা য়াই।

অসিগুম্বা কেটেলোগ অসি পাহবদা অমসুং শিজিন্নবদা লাইরিককুম্না য়াম্না সুংঙাই। মাসি পুথোক পুশিন তৌবা য়াই। চেনাশিং অদু শিন্দোক শিঙ্গিন তৌবা য়াই।

অসিগুম্বা কেটেলোগ অসিগী কান্নদবসু য়াম্না লৈ। চেনা অমদা লাইরিক অমত্তনা কেটেলোগ তৌবা মরমদা চে অয়েম্বদা

য়াম্না মাংহি। মরম অদুনা চেনা অমদা লাইরিক খরা য়াম্না কেটেলোগ তৌবা কৈ। অদু ওইরবস্তু চহি খরগী মতুংদা লামাইদিং অদুদা অনৌবা লাইরিক কেটেলোগ তৌকম লৈরকলোই। চেনা য়াম্না হাপচিন্নবগী মথৌ ওইরকই। লামাই অদু শিনবা তারবদি হাম্না তৌখিবা কেটেলোগশু অমুক হন্না নৌনা অনৌবা লাইরিক অদুস্তু য়াওনা কেটেলোগ তৌবা তারকই। অস্তুম্না মতম য়াংবা পাক্তল বাবা অমস্তুং চে মাংবগী ফত্তবা লৈ।

কেটেলোগকী মপুংগী মওং (Inner form) চাওখাক্না অখল মঙা লৈ। মপুংগী মওং হায়বদি মখল হায়বনি। মখলশিং অদু মথাদা পিরি।

1. Author Catalogue
2. Alphabetical subject Catalogue
3. Classified Catalogue
4. Title Catalogue
5. Dictionary Catalogue

Author Catalogue ( লাইরিক লেংলিবা মী অমুগী মমিংনা হাম্না ইদুনা শেম্বা কেটেলোগ ) হায়বা অসিগী কান্নবা য়াম্না লৈ। লাইরিক থিবা মতমদা লাইরিক ইরিবা মী অমুগী মমিং অদু Author Catalogue তা য়েংলগা ইমায় লাইবা লাইরিক অদু মপক থংবা ওমী অমস্তুং থিরোকপা যুদে। Author catalogue লৈরবদি অতোম্না কেটেলোগ অমস্তু য়েঙবা লোনা

কাল্লে। হায়রিবা অতোপ্পা কেটেলোগ অসিদা কনাগুম্বা লাইরিক ইবা নিপা অমগী লাইরিক মখোই অদু হায়বদি মানা ইবা লাইরিক মখোই অদু পুল্লপ্পা কেটেলোগ তোগনি।

Alphabetical subject Catalogue তা ইশাম হানবদা লাইরিক অমগী বিষয় অদু ইগনি। বিষয় অদু চপচাবা বিষয় ( Specific subject ) ওইগদবনি। হায়বদি অচৌবা বিষয় অমগী মনুংদা লৈবা বিষয় মচা অদুগী কেটেলোগ তৌবা মতমদা বিষয় মচা অদুগী মমিং ইগনি। অচৌবা বিষয় অদুগী মমিং ইরোই। খুদমদি— Price ( মমল ) হায়বা বিষয় অসিগী মরমদা ইরিবা লাইরিক অমা কেটেলোগ তৌবদা Economics হায়বা বিষয় অসি কেটেলোগতা ইরোই; Price হায়দুনা কেটেলোগ তৌগনি। Economic হায়বা অসি অচৌব বিষয় অমনি অদুগা Price না মসিগী মনুংচনবা ( Economics কী মনুংচনবা ) বিষয় মচানি।

Classified Catalogue হায়বা অসি লাইব্রেরীগী লাইরিক মথল থাইদোকপগী নিয়ম অদুগী মতুংইন্না শেমলিবা কেটেলোগ অদুনি। Classified Catalogue কী মথং-মরাও ( order ) অদুগা উপূদা থমলিবা লাইরিকশিং অদুগী মথং-মনাওগা মান্নগনি। অসিগুম্বা কেটেলোগ অসিগী কবা অমসুং কত্তবা অসি লাইব্রেরীগী লাইরিক মথল থাইদোকপগী Scheme গী মতুং ইন্নে, হায়বদি অকবা classification scheme অমা শিজিন্নরিবা লাইব্রেরী অদুগী Classified catalogue অদু কগনি।

Classified Catalogue কী শরুক ( parts ) অনি লৈবা য়াই। ইচম চম্বা কেটেলোগতদি শরুক অমতমক লৈ। হায়বদি Classified catalogue ত' বিষয় অ৯ ইবগী মকম অমা লৈগনি অদুগা লাইরিক অদুগী অইব' মী, লাইরিক মমিং অসিনচিংবগী Alphabetical Index স্ত ইগনি। ইচম চম্বা কেটেলোগতদি মমৈথংদা হায়রিবা লাইরিক ইবা মী. লাইরিক মমিংনচিংবগী Alphabetical Index ইদে।

Classified catalogue কী কান্নবা য়াম্না লৈ। মান্ন-মান্নবা বিষয়শিংগী লাইরিকশিং অদু পুল্লপ্না কেটেলোগ তৌবা মরম্না লাইরিক অপাম্বা থিবদা খুদোং চাই। মরি লৈনবা বিষয়গী লাইরিকশিং অদু মথং-মনাও নাইনা কেটেলোগ তৌই। লাইব্রেরীগী উপু ( shelf ) দা লৈরিবা লাইরিকী মথং মনাও অদুগা চানন৷ কেটেলোগ তৌবা মরম্না লাইব্রেরীগী Stock কী কীতম অদু নিংথিনা থংবা ঙম্মি। কেটেলোগ অসিনা লাইরিক রাইনিংবা মীশিংনা মখোয়না অপাম্বা লাইরিক থনবদা য়াম্না খুদোং চাহল্লি।

Classified catalogue অসি চুম্নগী ইচম চম্বা মীশিংনা ভাব তাক্ন খন্না রাই। Classification গী চাওরাকপা জ্ঞান খন্না লৈত্রবদি Classified catalogue অসি য়েংবা লুই।

Title catalogue হায়বসি লাইরিকী মমিংনা হাপ্পা ইবা কেটেলোগ অদুবুনি। অসিগুম্বা কেটেলোগ অসিস্তু লাইরিক রাইনিংবা মীশিংগীদমক্তদি য়াম্না খুদোং চাই।

Dictionary catalogue কদাইবু কৌমগে হায়বা অদু মথক্তা হায়ুখ্রে। মসি লাইব্রিক ইবিবা মীগী মমিং, Translation তৌরিবা মী অদুগী মমিং, লাইব্রিকী মমিং, ইডিটারগী মমিং, বিষয়নচিংবা মন্নাম অসিনা হান্না ইদুনা শেম্বা অমস্তুং Dictionary গী Alphabetical order (ময়েকী মতুংইন্না মথং মনাও টবা) দা ইবা কেটেলোগ অমনি। মসি লাইব্রিক থিবা য়াম্না নুংঙাই। লাইব্রিক ইবা মীগী মমিং য়েংদুনা লাইব্রিক থিবা য়ারে মক্রগা বিষয় য়েংদুনা অপাম্বা লাইব্রিক থিবা য়ারে মক্রগা ইডিটার, ট্রান্সলেটারনচিংবগী মমিং যেংদুনা লাইব্রিক থিবা য়ারে অসিগুম্বা কেটেলোগ য়েংবা অসি মতম পংচং চংদে হমস্তুং লুদে।

কেটেলোগ হায়বা অসি লাইব্রেরীদা লাকলিবা মীশিং অদুগী-দমক্তনি। মরম অদুনা লাইব্রেরী অমগী কেটেলোগ অদু য়াম্না থংবদা বাব: কেটেলোগ ওইহল্লোইদবনি। কেটেলোগতা মরুবা বাহৈ টয়োইদবনি। ইচম চম্বা বাহৈনা অরুবা বাহৈগী মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নগদবনি। খুদমদি Birds হায়বা বাহৈ অসি শিজিন্নদুনা Ornithology হায়ব বাহৈ অসি শিজিন্নয়োইদবনি। কেটেলোগ হায়বা অসি চাংযান্নবা টগদবনি হায়বদি মককপা নিয়ম অমগী মতুংইন্না ইগদবনি। মসি শেমদোক-শেমজিন, হোংদোক হোংজিন য়াগদবনি পাবদা বাবা কেটেলোগ অদু লাইব্রেরী শিজিন্নবিবা মীশিংগীদমক্তদি থোইনা কারে লায়বা য়াদে। কেটেলোগ অদু নোংদুনা থমগদবনি।

## য়াটৈ খরগী অর্থ (Meaning of some terms)

1. Main entry : A. L. A, গী রুলগী মতুংইন্না লাইরিক অমা কেটেলোগ তৌবদা খ্বাইদগী মরুওইবা য়াইমা হায়, ইবা শরুক অদুবু Main entry কৌই। Main entry অসি লাইরিক ইরিবা মী অমা নত্রগা মীয়াম, নত্রগা লাইরিক কোংলিবা অদুগী মকম, নত্রগা Institutions অসিনচিংবগী মমিংনা হাম্না হৌড়না ইগদবনি। Main entry ইবগী Rule খরা লৈ। Rule শিং অদুগী মতুংইন্না Main entry ইগদবনি। Rule শিং অদু মথং মথং তাকলক্কদৌরি।

2. Added entry : Main entry দা ইবতা মতম লাইরিক অমা কেটেলোগ তৌবদা মরম অতৈ খরসু ইরি। হায়বদি লাইব্রিক অদু লেংবদা য়াওবা কয়াদি মরু ওইদবা মী, লাইরিক অদুগী বিষয়, মমিং অমদি লাইরিক লেংলিবা নিপা অদুগী চপচাবা অশেংবা মমিং নৎতবা মিং অসিনচিংবনা হৌড়না ইবা শরুক কেটেলোগতা য়াওই। মসিবু Added entry কৌই। Main entry য়েংলবা কাওবদা লাইরিক অমা থিবা মমত্রবদি Added entry য়েংবগী মথৌ ওই। Dictionary Catalogue অমদা Added entry হাম্না অসি য়াম্না কৈ। লাইরিক থিবা মীশিংদা মসিনা য়াম্না খুদোংচাবা পী। মী অমনা লাইরিক অমা থিবা মতমদা লাইরিক অদুগী অইবা মী অদুগী মিং য়েংড়না থিবা য়াবে নত্রগা Translator গী মমিং য়েংলগা

থিবা য়ারে নত্রগা লাইরিক অদুগী বিষয় য়েংদুনা থিবা য়ারে, নত্রগা Editor গী মমিং য়েংলগা থিবা য়ারে। অসিনচিংবা Dictionary card catalogue তা Added entry ইবা তোঙান তোঙানবা card কয়া য়াওগনি।

3. Title Added entry হাপ্পগী মরম :—

(i) লাইরিক অমগী মমিং অদু খংলগা লাইরিক অদুমক ইরায় লাইনা থিবা ফংগনি।

(ii) Novel, drama, poems নচিংবগী লাইরিক্কীদমক Title added entry হাপ্পা কৈ।

(iii মশক খংদবা মীনা ইবা লাইরিক্কীদমক Title added entry হাপকদবনি।

(iv) লাইরিক অমগী মমিং হেক তাবদা থুক লাওবা পোকপা অদুগুম্বা লাইরিক অদুগীদমক Title added entry হাপ্পা কৈ।

4, Form entry :— লাইরিক অমবু মখল খাইদোকপগী অসি মওং অনিগী মতুংইন্না খাইদোকপা য়াই। হায়বদি লাইরিকী মওং (Form) অনি লৈ। মপানগী মওং outer form) অমসুং মনুংগী মওং (Inner form)। করিগুম্বা লাইরিক অমগী মনুংদা য়াওরিবা বিষয়শিং অদু মখল মথা য়াম্লবদি লাইরিক অদু বিষয়গী মতুংইন্না কেটেলোগ তৌরোই, মপানগী মওং অদুগী মতুংইন্না কেটেলোগ তৌবা তারে। থুদমদি—General enclyclopaedia, English poetry, Quotations অসিনচিংবা।

মন্নুংগী মওং ( Inner form ) হায়বদি লাইরিক অমা বিষয়গী মতুংইন্না ইরিবা অদুগী মওং হায়বনি। খুদমদি — Encyclopaedia of music, History of music অসিশচিংবা। অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি কেটেলোগ তৌবদা বিষয়গী মতুংইন্না Entry তৌগনি।

Reference :— কেটেলোগকী Reference হায়বদি কেটেলোগকী মফম অমদগীনা মফম অমদা পামানবা লাইরিক অদু লৈবনি হায়দুনা তাকপা হায়বনি। "See" হায়বা ৱাহৈ অসি Reference খংদনবা কেটেলোগতা থাই। "See also" হায়দুনসু কেটেলোগতা থাই। "See also" হায়বা Reference অসিদি করিগুম্বা বিষয় অমা থিরকপদা অহেনবা মচাক খন্না ফংবা য়ানবা হায়দুনা অতোপ্পা লাইরিক অতৈসু য়েংননবগীদমক্তনি।

## কেটেলোগ তৌবগী নিয়ম

লাইব্রেরী অমগী লাইরিকশিং অসি মথক্তা হায়খ্রিবা নিয়মশিং অসিগী মন্নুংদা নিয়ম অমথক খল্লগা মদুগী মতুংইন্না কেটেলোগ তৌগদবনি হায়রসু হায়ব্রে। ছাপা নম্বা কেটেলোগ থম্ববুদি কার্ডকী কেটেলোগ থম্বনা য়াম্না খুদোংচাবা হেল্লি। বিলাটতা, ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী লাইব্রেরী অয়াম্বদা কার্ডকী কেটেলোগ অসিদনা অয়াম্বা শিজিন্নরে। মরুম অদুনা ঐখোইনা ঐখোয়গী লমদ. লৈরিবা লাইব্রেরী পুন্নমক্তা কার্ডকী কেটেলোগ শিজিন্নবনা কৈ

ডেক্সনারী কেটেলোগকী মওংদা কার্ডশিং অদু করম হায়না ইগদগে হায়বা অদু মথাদা শন্নপা তাকলকদৌরি।

ডেক্সনারী কেটেলোগ অমগী মনুংদা মথাদা পিরিবা মচাকশিং (Parts) অসি দরকার ওই :—

(1) Main entry (মরু ওইবা লাইরিকী মরোল ইরিবা শরুক)।

(2) Added entries (অহেনবা, লাইরিকী মরোল ইরিবা শরুক)।

Main entry card অমদা (1) Heading (হান্না ইবা, অহৌবা বাকৈ নত্রগা বাকৈশিং); (2) Title (লাইরিকী মমিং); (3) Imprint (লাইরিক কোংফম, কোংলিবা মী-শিংগী মমিং অমসুং কোংবগী তারিক); (4) Collation (volume মশিং নত্রগা লামায়গী মশিং, লাইরিকী size, series গী লাইরিক ওইরবদি series গী মমিং); (5) Notes (লাইরিক অদুগী চাওরাকপা মরম ইরিবা) অমসুং Contents (লাইরিক অদুগী মনুংদা য়াওরিবা বিষয় তোঙানবা খরগী বা তাকপা) চংডি।

Heading (অহৌবদা ইরিবা বাকৈশিং) :— লাইরিক ইরিবা মী অদুগী মমিং অদু অহানবদ ইগদবনি। ইবদি শাগেগী মিং (Surname) না হান্না ইগদবনি অদুগী মতুংদা মহাকী অশেংবা মশাগী মমিং (Forename) ইগদবনি থুদমদি Fig. No 1. লাইরিক ইরিবা মী অদুগী শাগেগী মিংগী মতুংদা মশাগী অশেংবা

মিং অদু মপুংফামা ইদদুনা লাইরিক ময়েক্কা শন্না ইবা য়াই হায়রদি Initial ওইনা ইবা য়াওই ; খুদমদি :—

(1) Shah, K. T.
(2) Mukherjee, S. K.

Heading দা Initial য়াওরবদি Initial অদুগী মথাদা Full stop থম্মোইদবনি। Initial অমগা অমগা Centemetre ২ লাপ্পগদবনি। খুদমদি Fig. No. 21

Editor, Translator, Illustrator নচিংবনা Main entry গী অহানবদা ইবা ভারবা অদুগা মখোইগী অশেংবা মমিং ( Forenames সু মপুংফানা য়াওদ্রবদি Initial শিং অদুগী অরোইবদা Comma অমা থমগানি অদুগা "ed." ( ইডিটার ওইরবদি ), "Comp." ( Compiler ওইরবদি অমসুং "tr" ( Translator ওইরবদি ) ইগদবনি। মমৈদা Full stop অমা থমগদবনি।

খুদমদি— (1) Das, B C, *ed.*
(2) Abdullah, S M, *comp.*
(3 Bannerjee, S K, *ed.*

Heading অসি কার্ডকী মথক ইশং থংবা Line দা ইগদি অদুগা হৌবনা Author indention কার্ডকী ওইথংবা মাকন্দা য়ুংবা চিংলিবা চৈথৈ মনাক্তা মক্তম। দা হৌগনি। Heading অহানবা অদু পরেং অমত্তদা ইবা লোইদ্রবদি Title indention ( ২শুবা য়ুংবা চিংলিবা চৈথৈগী মনাক ) দগী অদুম ইথগনি।

Heading দা লাইরিক ইরিবা মীগী উপাধিনচিংবা হাপ্পকে ।

## Title ( লাইরিক মমিং )

লাইরিক্কী মমিংনা Heading গী মথাদা Title indention দগী ইবা হোগনি। য়ারিবমখৈ লাইরিক্কা পিরিবা লাইরিক মমিং অদুমক কেটেলোগ কার্ডতা ইগদবনি ; শমজিন্না ইয়োইদবনি। অপিকপা লাইরিক মমিং ( Sub-title ) সু অদুম ইগদবনি। খুদমদি Fig. No. 2 । মসিদা "Memoirs of a diplomat" হায়বা অসি লাইরিক অসিগী ২শুবা অপিকপা মমিং (Sub-title) নি।

Title ইকমদা লাইরিক ইরিবা মী অদুগী Initial (কয়িগুম্বা Initial য়াওরবদি) অদু মপুংফানা ইথোক্কদবনি হায়বদি মী অদুগী মমিং অদু চপ চানা খংলবদি অশম্বা লাইরিক ময়েকনা ইয়োইদবনি ( Initial ওইনা ইয়োইদবনি )।

Title গী মথাদা Comma অমা থমলগা লাইরিক ইরিবা মী অদুগী মমিং ইগনি। Editors, Compilers, Translators নচিংবসু মসিগী ভুংদা ইবা য়াই। অদুগী মতুংদা Edition গী নম্বর পিগনি ( 1st Edition দি থাক্কদুনা পোইনা কায়দে ; 2nd Edition দগী হৌনা থাবা য়ারে )।

Title page দা Punctuation গী মথৌ য়াম্না লৈ। Punctuation গী rule অদু ঐখোযনা চপ চানা শিজিন্নগদবনি। Comma না লাইরিক্কী মমিংগা অমসুং লাইরিক ইরিবা মীগী মমিংগা অনিগী মরক্তা লৈগনি। Semi-colon না লাইরিক্কী মমিংগা Editor, Translator, Illustrator নচিংবগী মমিংশিংগা

তোঙান তোঙান্না খাইদোকই। লাইরিক্কী মমিং, অইবগী মিং, Translator, Editor নচিংবা ইবা লোইরগা Full stop থমগনি। লাইরিক্কী মমিং ( Title ) গা লাইরিক অদুগী মমিং মচা ( Sub-title ) গা অনিগী মরক্তা Colon থমগনি।

লাইরিক অমগী মমিং অমসুং অনিশুবা অতোপ্পা মমিং ( Alternative title , গী মরক্তা Comma নত্রগা Semi-colon থমগনি।

খুদমদি :— Candid ; or, The optimist.

লাইরিক্কী মমিং অদু কার্ড কী ২শুবা অয়ুংবা চৈখৈ ( 2nd vertical line or title indention ) গী মপাদগী হৌড়ুনা ইগনি। লাইরিক মমিং ইবগী অহানবা পরেং অদুদা ইথবা চত্রবদি মপানথংব Indention ( outer indention নত্রগা author indention ) দগী অমুক হৌড়ুনা চৎথগনি। খুদমদি Fig. No. 1.

## IMPRINT

Imprint হায়বদি লাইরিক কোংফমগী মমিং, লাইরিক কোংলিবা মীগী মমিং অমসুং লাইরিক কোংবগী তারিক ইশিল্লিবা মফম অদুবুনি। মথক্তা হায়খিবা Title page অদু ইবা লোইরগা Imprint ইগদবনি। Imprint ইবগী নিয়ম :—

অহানবদা লাইরিক কোংফমগী মমিং ইগনি— অদুগী মতুংদা Comma অমা পিগনি। মথংদা লাইরিক কোংলিবা মী নত্রগা

কোম্পানী অদুগী মমিং ইগনি অমসুং মদুগী মতুংদা Comma অমা থমগনি। ইরোয় লোইবদা লাইরিক কোংবগী চহি ইগনি। থুদমদি Fig. No. 2.

## Collation

Collation হায়বদি লাইরিক্কী চাওবা size লামায় মশিং, রেক-খোৎলিবনচিংবা ভাকলিবা কেটেলোগকী শরুক অদুবুনি। Collation না কেটেলোগকী ২শুবা পারাগ্রাফ ওই থুদমদি Fig. No 3. 'মথা ইথং থংবা পরেং অনি অদু Collation নি)।

Series গী লাইরিক অমা কেটেলোগ তৌবা লোইরগা Collation গী মৈমদা ব্রেকেট কোইশিল্লগা Series কী মমিং ইউটারগী মমিং অমসুং Series No, হাপকদবনি। থুদমদি Figs Nos. 3 অমসুং নম্বর 4.

লাইরিক্কী Size ওনবদি Centimetre দা ওনগদবনি অদুগা লাইরিক্কী অশাংবা অদুতমক লৌগদবনি।

## NOTES

কেটেলোগ তৌবা পুমলোই লোইরগা মমৈথংদা Note হাপ্পা য়াই। Notes অসি লাইরিক ইরিবা মী অমসুং লাইরিক অদুগী অতৈ মরোন (কেটেলোগতা ইখিদবশিং) অদু তাক্লনবগী [illegible]।

Note ইবদি Collation গী মথাদা পরেং অমা থাদোক-কমলগা Title indention দগী ইবা হৌগদবনি। চন্নবা outer indention দগী হৌনা ইগদবনি।

N. B. কার্ডতা কেটেলোগ তৌবগী তোঙান তোঙানবা মওং পুম্নমক Figures ১ দগী ১১ ফাওবগী মনুংদা তাকলি।

## Added Entery.

মরুওইবা Entry দা নৎতবা অতৈ অতোপ্পা Entry কয়াম্ন হাপ্প য়াই। অসিগুম্বা অহেনবা Entry বু Added entry কৌই। Added entry হায়বা অসি কেটেলোগকী অহেনবা শরুক অমনি। অসিগুম্বা অহেনবা শরুক অসিনা লাইব্রিক থিবদা য়াম্না খুদোংচাহল্লি। Added entry গী Card তা য়াম্না কুপথবা মরোল ইদে। Main entry গী অয়াম্বা শরুক অদু ককথৎলগা Added entry শেম্বনি। Added entry দা Main entry গী করম করম্বা শরুক ককথৎকদগে হায়বগী চপ চাবা Rule লৈতে। চৎনবীগী মতুং ইন্না Added entry দা লাইব্রিকী অশম্বা মমিং, অমদগী হেনবা ইভিসনগী নম্বর অমসুং লাইব্রিক ফোংবগী তারিক ইনৈ। খুদমদি Fig. No. 12। Added entry খুদিংমক card তা ইগদবনি। Editor, Compiler, Title, Translator, Joint author, Reference, Series অমসুং Subject নচিংবগী মিংনা হান্না ইডুনা Added entry Card শেম্মী। খুদমদি--Figure No. 13 দগীনা Figure No. 24 ফাওবা।

কেটেলোগ তৌবা মতমদা মথাগী নিয়মশিং অসি শিজিন্নবা কৈ :—

1. Translation গী লাইরিক অমা কেটেলোগ তৌবদা হান্না লাইরিক ইখিবা (Original writer) নিপা অদুগী মমিংনা হান্না Heading ওইনা ইগনি। Translation তৌরিবা মী অদুগী মমিংদি Added entry অমা শেমলগা হাপকনি। হায়বদি Added entry গী Card কী অহানবদা Translator কী মমিংনা Heading ওইদুনা Added entry Card শেমগনি অমসুং "tr" হায়বা অশন্বা বাহৈ অসি Translator গী মিংগী মথংদা হাপকনি।

2. Compound Surname (শাগৈ খরগী মিং পুল্লগা শাগৈ অমা ওইবা) :—

অসিগুম্বা মমিংগী মতাংদা কেটেলোগ তৌবা মতমদা ইহাৎ হানবদা শাগৈগী মিং মচেৎ (Ist part of the Compound Surname) অদুনা Heading ওইনা ইগদবনি। মমৈথংবা শাগৈগী মিং মচেৎ অদুদগী Reference তৌরকপা য়াই হায়বদি মমৈথংলিবা মিংমচেৎ অদুনা হান্না ইদুনা Reference card অমা শেম্বা য়াই।

3. Pseudonyms :—লাইরিক লেংলিবা মী অদুগী অতোপ্পা শেংদবা মিং (Pseudonym) অদু থাবা লাইরিক অদু কেটেলোগ তৌবা মতমদা মহাকী অশেংবা মমিং অদুনা

হান্না ইগদবনি (করিগুম্বা মমিং অশেংবা অদু খংলবদি)। অশেংবা মমিং অদু খংত্রবদি শেংদবা মিং (Pseudonym) অদুনা হান্না Entry তৌদুনা Catalogue তৌগনি।

মসিগী মরমদা তৌডান তৌডানবা Catalogue codes না তৌডান তৌডানবা Rules পিরি। Rules অদু মকম অসিদা কুপনা নৈনবা থুদোং চাদবনিনা নৈনদ্রে।

**Married women** (লুহোংলবা নুপীশিং) :— লুহোংলবা নুপীশিংনা ইবা লাইব্রিক Catalogue তৌবগী মতাংদা **A. A. Code** (Anglo-American Code) না বৃটিশ অমসুং আমেরিকাগী নিয়ম অনিমক তোংননা শিংজিন্নবগী নিয়ম তাকই।

লুহোংলবা নুপীনা ইবা লাইব্রিক অমা কেটেলোগ তৌবা তাররবদি —মহাক্কী হান্নগী (লুহোংদ্রিঙেগী) মিংনা হান্না ইদুনা কেটেলোগ তৌগনি অদুগা লুহোংবা মতুংগী মিং অনৌবা অদুদগী হান্নগী মিং অদুদা Reference তৌগনি হায়বদি কোন্নগী মমিংনা হান্না ইবা Reference কী Added Card অমা শেমগনি। মসি বৃটেনগী নিয়মনি।

অদুবু মৈতৈগী মিং মইগা ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী মীশিংগী মিং মইগা খেংনবা মরম্না ঐখোইনা থুদোং চাবা য়েংদুনা নিয়ম অমা ঙমবা কৈ।

লুহোংলবী মৈতৈ নুপী অমগী লাইব্রিক অদুদি মাগী মিংনা হান্না ইবা কৈ। থুদমদি :—

Ibemhal, Laisram (or Ibemhal Devi, Laisram)

অদুগা মাগী লুহোংবা মতুংদা ওইবা মিং অদুদগী হান্নগী মিং অদুদা Reference তৌবা Added card অমা শেম্বা কৈ। খুদমদি :—

Ibemhal, Thokchom ongbi
see
Ibembal, Laisram

[N. B. নুপীগী মিংগী মতুংদা "দেবী" ইবা অসি লৌথোকপদা অকায়বা লৈতে। পামজব কাংবুনা "দেবী" হাপ্পদসু কবিসু কাইদে]

মথক্তা হায়রিবা মৈতৈনা ইবা লাইরিক কেটেলোগ তৌবগী Rule অসি লাইরিক ইরবা ঐহাককী মোতকী মতুংইন্না শেমজবনি।

**Government Publications** (সরকারনা কোংবা লাইরিকশিং) :—

সরকারনা কোংবা লাইরিকশিং অদু করম্না কেটেলোগ তৌগদগে হায়বা অসিগী মরমদা তোঙান তোঙানবা নিয়ম কয়া লৈ।

A. A. Code (Anglo-American Code) কী মতুংইন্না সরকারনা কোংবা লাইরিকশিং অদুদি দেশকা মিং, ষ্টেটকী মমিং, সহরগী মমিংনচিংবনা হান্না হডুনা (Heading ওইডুনা) কেটেলোগ তৌগনি। খুদমদি Fig. No. 9.

**Publications of Societies** ( অপুনবা কাংলুপশিংনা কোংবা লাইরিকশিং ) :—

অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিদি কাংলুপ (Society) অদুগী মিংগী অহানবা বাহৈনা হায়না হৌদুনা কেটেলোগতা Entry তৌগনি।

অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি কেটেলোগ তৌবগী মরমদা তোঙান তোঙানবা নিয়ম থম্না লৈ।

**Publications of Institutions** ( কাংলুপশিংনা কোংবা লাইরিকশিং ) :—

অসিগুম্বা লাইরিকশিং অসিদি কাংলুপ অদুনা লৈরিবা মফম অদুগী মিংনা হায়না হৌদুনা Entry তৌনি। খুদমদি :—

London. Science Museum.
Bombay. Public Library.
Delhi. Observatory.

অরেপ্পা খংনবা মিং ( Proper noun ) ওনবা শিংলুপ অদুগী লাইরিক অদুদি মমিং অদুমক হায়না হৌদুনা Entry তৌগদনি। খুদমদি :—

Bose Institute. Calcutta.
Tate Gallery, London.

অদুবু মথক্তা হায়খিবা নিয়ম অসিগা মান্নদবা নিয়ম থম্নু লৈ। মখোইশিং অড লাইরিক মচা অসিদা কুপথনা নৈনদ্রে।

**Anonymous books** ( মশক খংদবা মীনা ইবা লাইরিকশিং ) :—

লাইরিক ইবা মীশক অদু খংত্রবদি লাইরিক অদুগী মমিংগী অহানবা বাহৈ (Article নংতবা) অদুমা হান্না ইদুনা কেটেলোগ তৌগনি। খুদমদি :—

CREED—A new creed, by (D. A. John).

অদুবু লাইরিক ইরিবা মী অদু পুথোকপা ভমলবদি মাগী মমিংনা হান্না হৌদুনা Entry তৌগনি।

তোঙান তোঙানবা Cataloguing Codes তা তোঙান তোঙানবা Rule পিরি। মথক্কী Rule অসি ইনবদা করিস্থু কাইদে

Periodicals (মেগাজিন অমস্থুং অতৈ মরক মরক্তা কোংবা চেনচিংবা) :—

অসিগুম্বা পোৎশিং অসিদি মখোইগী মমিংগী অহানবা বাহৈ অদুনা হান্না ইদুনা Entry তৌনৈ; অদুবু মখোই অসি Entry তৌবগী তোঙান তোঙানবা নিয়মস্থু লৈ। নিয়মশিং অদু লাইরিক অসিদা কুপনা নৈনদ্রে; খুদমদি Fig. No. 11

Almanacs (খুৎপাই, নুমিৎ-থা পাবগী অকুপ্পা মরোল ইরিবা লাইরিক) অমস্থুং Yearbooks (চহি চহি খুদিংগী কোংজিবা থৌদোক অমস্থুং ঈ পাওগী মরমদা ইরিবা লাইরিক) স্থু Periodicals গা মান্ননা Entry তৌনৈ। অদুম ওইনমক মসিগীস্থু তোঙান তোঙানবা নিয়ম থন্না লৈরি। Directories (লম্মিৎ ভূমিৎ অমস্থুং অতৈ মরম তাকপা লাইরিক) স্থু Yearbooks কা মান্নবা Entry তৌনৈ।

Encyclopaedias দি অইবা মীগী মিংনা হাম্না Entry তৌগনি অদুগা লাইরিক অদুগী মমিং (Title) অদু মী অয়াম্বনা লাইরিক ইরিবা মী অদুগী মমিংদগী হেন্না খংনরবদি, লাইরিক মমিং অদুমক হাম্না ইদুনা কেটেলোগ তৌরনা কৈ। Series Publications (পরেং ওইনা ফোংবা লাইরিকশিং) দি পরেংগী মমিং (Name of the series) হাম্না ইগনি অদুবু Editor মত্রগা Publisher অদু মী অয়াম্বনা খংনবা ওইরবদি মখোইগী মমিংমা হাম্না ইদুনা কেটেলোগ তৌবা কৈ।

[কার্ডতা কেটেলোগ তৌবগী মওং অয়াম্বা লাইরিক অসিদা য়েক-খোজনুনা তাকলি। মখোইশিং অসি নিংথিনা য়েংলবদি কেটেলোগ তৌবদা য়াম্না খুদোং চাগনি। কেটেলোগ তৌরিবা মীশিংনা Card Catalogue তা ইরিবা বাহৈশিং অদুগী মকম, অছৌবা, অরোইবনচিংবা মওং অদু মুন্না য়েংগদবনিংই মওংশিং অসি কায়বা য়াদে।]

**Joint authors (পুন্না লাইরিক ইবা মীশিং) :—.**

মী অনিনা পুন্না ইবা লাইরিক অদু মখোই অনিমক্কী মমিং ইদুনা Entry তৌগনি। খুদমদি :—

Das, S. K., *and* Majumdar, B.C.

অনিশুবা মিং অদুগী অমুক Added entry তৌবা য়াই। খুদমদি Fig. No. 13 অমসুং 33.

অমিদগী হেনবা মীশিংনা ইবা লাইরিকশিং অদুদি Fig. No. 8 দা তাকলিবা অদুগী মতুংইন্না Entry তৌগনি।

Coomaraswamy, Ananda.

The dance of Shiva: Fourteen Indian essays, by Ananda Coomarswamy ; with an introduction by Romain Ralland.



Fig. 1. Setting out title.

Panikkar, K M

In two Chinas: Memoirs of a diplomat, by K. M. Panikkar. London, Allen & Unwin, 1955.



Fig. 2, Setting out imprint.

Taylor, Margaret S

Fundamentals of practical cataloguing, by Margaret S. Taylor......London, Allen & Unwin, 1954.

141p. illus. 18½ cm. ( Practical library handbook . ed. by Duncan Gray—No. 8 )



Fig. 3- Setting out size & series.

Heading

Title ........................

........................ includes edition. Imprint.

Collation ........................

........................ followed by series note ........

( Leaving a line )

*Note :*

*Contents :*



*Fig. 4. Layout of a main entry.*

With all the details the layout of a main entry stands as follows :—

Surname, Forenames.

Title.........................................................................

Includes edition. (space 1cm) Place, publisher, ......date.

Page. ( space 1 cm , illus. ( space 1cm ) size. ( space 2 cm ) Series.

Leaving a line.

*Note* :

*Contents* :



*Fig. 5. Layout of a main entry with full details.*

Sitaramayya, BPattabhi.

The history of the Indian National Congress. by B. Pattabhi Sitaramayya ; with an introduction by Rajendra Prasad. Bombay, Padma publications. 1946-47.

2 vols.

Vol. I— ( 1885–1935 ), 1946.

" II— ( 1935–1947 ), 1947.



*Fig. 6. Main entry under author.*



Ranganathan, Shiyali Ramamrita, *ed.*

Depth classification and reference service, and reference materials ; ed. by S.R. Ranganathan. Delhi, Indian Library Association, 1953.

144 p. 17½ cm.



*Fig. 7. Main entry under editor.*

Vakil, C N , *and others.*

Growth of trade and industry in modern India : an introductory survey, by C. N. Vakil......, S. C. Bose......, and P. V. Deolalkar............ Calcutta, Longamans, 1931.

xii, 398p. illus. 18cm. ( Studies in Indian economics–ed. by C.N. Vakil–No. 6 ).



***Fig. 8. Main entry under joint authors.***

India. Ministry of Railways.

A complete story of the Assam rail link project with technical papers on important works, by Karnail Singh...... Kurscong, Engineer in-Chief ( Assam rail link project ), 1951.

iii [I], 578 [1], iip. front, illus., plates, photos., maps., 27cm.



*Fig. 9. Main entry under corporate author.*

Maha-Bharata.

The epic of ancient India, condensed into English verse by Romesh Dutt...... ; with an introduction by F. Max Muller ; illustrations designed from Indian sources by E. Stuart Hardy.



*Fig. 10. Main entry under anonymous classics.*

The European. Vol. I. No. 1: Winter
1950. London, Dunston.
24p. illus. 24cm.
Quarterly.
Edited by Keith
No more published.

*Fig. 11. Main entry under periodicals (close entry). D : LC-3.*

*The layout for an added entry is as follows :—*

A. E. Heading.

M. E. Heading.

Title.....................................................................

including edition and date.



*Fig. 12.*

*This is illustrated by several examples :*

Srivastava, B N , *jt. author.*

Saha, M N , *and* Srivastava, B N
A text book of heat. 8th ed. 1954



*Fig. 13. Aaded entry under joint author.*

Rama Rao, T V , *ed.*

Binani, G D , *and* Rama Rao, T V

India at a glance. rev. ed. 1954.

*Fig. 14. Added entry under editor.*

Tilney, F G , tr.

La Fontaine, Jean de.
The original fables of La Fontaine......1938.



*Fig. 15. Added entry under translator.*

Heading

Author or title

———————— Imprint.



*Fig. 16.*

Title including

author's name, edition, and date.

*Fig. 17. Layout of title added entry.*

(An) Acre of green grass, by Buddhadev Bose.
1948.



*Fig. 18. Added entry under title.*

Printing theory and practice ; ed. by
John G. Taar.
v. 25. Dawe, E. A. Paper for printers.
1947.

*Fig. 19. Added entry under series.*

Subject heading

**Author**

Title.......................................................................

..............................................................Edition. Date.

Class number

O

*Fig. 20. Layout of subject entry.*

Printing

Tarr, John C

Printing theory and practice. 2nd ed.
1947.



*Fig. 21. Added entry under subject.*

Twain, Mark, psued.

See

Clemens, S L



*Fig. 22. "See" reference under author.*

Ornithology

See

Birds



*Fig. 23. "See" reference under synonyms.*

Chemistry, Applied

See

Applied Chemistry



*Fig. 24. "See" reference under inverted form.*

Banking

See

Banks and Banking



*Fig. 25. "See" reference under subject.*

Physics

See also

Geophysics



*Fig. 26. "See also" reference under related subject.*

Birds

See also

Names of individual species, e g. Cuckoo,
Owl, Pigeon, etc.



*Fig. 27. General reference.*

Singh, Karnail.

See

India. Ministry of Railways.

A complete story of the Assam rail link project.......



*Fig. 28. Reference entry with few words of little.*

Class Nnmber. Feature heading.

**Author**

Title.........................................................................

..................................................Edition. Imprint.

Collation.

O

*Fig. 29. Layout of a main entry.*

536    Heat

Jones, D E

Elementary lessons in heat, light and sound, by D. E. Jones..... London, Macmillan,

1912. x, 282p. Illus.

*Fig. 30. Main entry under subject.*

535 : Light

Jones, D E

Elementary lessons in heat, light and sound. 1912.

( Shelved at 536 )



*Fig. 31. Added entry under subject.*

Jathar, G B , and Beri, S G

Indian economics. 9th ed. 1952.

330



*Fig. 32. Entry under author.*

Beri, S G , jt. author.

Jathar, G B , and Beri, S G

Indian economics. 9th ed. 1952.

330



*Fig. 33. Entry under joint author.*

Majumdar, R C , ed.

The Vedic age. 1951.

954



*Fig. 34. Entry under editor.*

(The) History and culture of the Indian People ;
ed. by R. C. Majumdar............V. I. Majumdar
R. C. The Vedic age. 1951.
954



*Fig. 35. Entry under series.*

(The) Laud ragamala miniatures, by Herbert
J. Stooke......, and Karl Khandanvala. 1953.



*Fig. 36 Entry under title.*

## লেনিন লাইব্রেরী (Linin Library)।

মসি পৃথিবীগী অচৌবা লাইব্রেরীশিংগী মনুংদা অমনি। লেনিন লাইব্রেরী লৈবা অসি রুসিয়াগী মমাইনি। লাইব্রেরী অসি একর ৭½ গী লমগী মনুংদা লৈ। লাইব্রেরী অসি শং অমত্তদা ওইবা নৎতে। লম একর ৭½ অসিগী মনুংদা তোঙান তোঙানবা লাইব্রেরীগী য়ুম কয়ামরুম লৈ। লাইব্রেরী অসিগী লাইরিক হাপ্নবা উপু পুম্নমক অদুগী অশাংবা মাইল ২০০ নি। লাইব্রেরী অসিদা মী ২,০০০ রোম থবক তৌই হায়বদি লাইব্রেরী ষ্টাফ অসি চাউরাক্ল মী ২০০০ নি। লাইব্রেরী অসিগী লাইরিক পাকমশিং অদুদা মুমিৎ থুদিংগী চাওরাক্লা মী ৮০০০ লাইরিক পাবা লাকই। লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক পাবা অমসুং রায়বা লাকপা মীশিংবু লমজিংবিনবা মী (Guide) য়াম্না লৈ। গাইডশিং অসি য়াওত্রবদি লাইব্রেরী অসিদা চংদুনা লাইরিক পাবা, রায়বনচিংবগী থবক ইরায় লাইনা তৌবা ঙমদে। লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক পাকম কা ৯ লি। কাশিং অসি অতাং চহি ১৯শুবা শাওবগীদমক্তনি। অহলশিংগীদমক্তদি অতোপ্পা চাওইবা কা ১২ থক লৈ। Specialists Technical physico-mathematical sciences, humanities নচিংবা subject কী specialists) শিংগী অতোপ অতোপ্পা কা কয়ামরুমমসু লৈ। অসিদসু লাইরিক (Rare manuscripts) পানবা কা, মেগাজিন পানবা কা মাইক্রোফিলম (Microfilm) য়েংনবা কা, মেপ য়েংনবা কা অসিনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা কা কয়ামরুম লৈ।

লাইব্রেরীগী লাইরিক থম্ফম (stack) দগী লাইরিক লৌথোকপা অমসুং থমজিনবগী থবক অদু য়েংবদা কুপ্পগী মশকনি। লাইব্রেরীগী মমশিং অদু Electric railway না শমবৈ। অসিগুম নংত্তমা Cablecars moving belts Electric lifts, Control panels নচিংবা শিজিন্নদুনা লাইরিক লাইশু হোনদোক-হোনজিন তৌই।

মোংমদ' চাউরাকনা থবক অমসুং মেগাজিন পুন্নপনা ৬০০০ লোম লাইব্রেরী অসিদা থুংই। দেশ অমগা অমগা লাইরিক পিনবা (International book exchange) অসি লেনিন লাইব্রেরীনা কন্না পুথ'লি। ফ্রান্স, সুইজরলেণ্ড, আমেরিকা বৃটেন অসিনচিংবা দেশশিং অসিদা লাইব্রেরী অসিনা মরক মরক্তা লাইরিক য়াম্না থাই অদুগা লমশিং অসিগীসু লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক য়াম্না ফংই। পৃথিবীগী মফম অয়াম্বনসু লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক পিবিয়ু হায়দুনা চিঠি য়াম্না ইনৈ।

লাইব্রেরী অসিদা ছাপা তৌফম মফম অচৌবা অম লৈ। মসিদা মথল মথা অয়াম্বা বিব্লিওগ্রাফীগী লাইরিক অমসুং অতৈ অতৈ লাইরিক ছাপা তৌই

লাইব্রেরী অসিদা য়াম্না চাওরবা ঈশৈ শকখং কা অমসু লৈ। মসিদা মথল মথলগী রিকোর্ডগী ঈশৈ তাক্ল কংই।

সুমিদাংগী পুং ১০॥ তাবা মতমদা লাইব্রেরী অসি হৌবা মতম অসিদা য়াম্না হৌরবা কাংশি অমা রৈয়কনি। কাংশি রৈবা অসিনা লাইব্রেরী অদুগী মতম লোইয়ে হায়বা থংনি।

## নিউয়োর্ক পব্লিক লাইব্রেরী
### ( New York Public Library )

শোক ১৯১১ দা লাইব্রেরী অসি প্রেসিডেন্ট উইলিয়াম হোৱার্ড টাফ ( President william Howart Taft ) না কংপা অচৌবা য়ুম অমদা হৌদোকখি। মসিগী য়ুম অসি য়াম্না ফজে। মসিবু Marble Renaissance palace হায়না খংই। মসি আমেরিকাদা য়াম্না মমিং চংপা লাইব্রেরী অমনি। লাইব্রেরী অসিমা লাইরিক পাবা মীশিংদা অমদি রিশার্চ তৌবা মীশিংদা অঙকপা কংনা মতেং পাংই। নোংমদা মী ৮,৩০০ দগী তাদনা লাইব্রেরী অসিদা লাকই। টেলিফোন পাইদুনা লৈরিবা লাইব্রেরীয়ান ৩ অদুদা নোংমদা চাওরাকনা য়াংই ৭০০ লোম টেলিফোন্দা হংলকপা অদু খুম্মি। হংলকলিবা য়াহংশিং অসি— লাইব্রেরীগী লাইরিকী অমদি পৃথিবীগী ঈ-পাওগী মরমদনি। Information Divisi n দা লাইব্রেরীয়ান ২১ লৈ। Staff অসিগী মকোক অদু Archibald de Weese হায়না কৌই। চহি অমদা চাওরাক্না মতোন্দা চিঠি ৬০০০ লাকই। চিঠিশিং অসি লাইরিকী অমসুং পৃথিবীগী ঈ-পাওগী মরমদা ইবা তাক্কনি।

লাইব্রেরী অসিগী লাইরিক হাপ্পবাউপুশিং অদু অমগা অমগা শমজিন্নরগা ওন্নবদি মাইল ৮০ শাংগনি। লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক ৪,১০০,০০০ দগী হেল্লা লৈ। লাইরিকশিং অসি পৃথিবীগী লোন ৩০০০ দা ইবা তাক্কনি। ইতান হানব বিলাটকগী পুথোকলপা Gutenb:rg Bible সু লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা

য়াওরি। লাইব্রেরী অসিগী মনুংদা চিঠী অমসুং অতৈ অতৈ চে ৯,০০০,০০০ লৈ। মখোইশিং অসিগী মনুংদা উইলিয়ম শেক্সপিয়র (William Shakespeare) গী অয়েকপা পোৎ (paintings) জর্জ ওয়াশিংটন (George Washinton) গী Farewell Addrees কী মথুংগী ইরম্বা লাইরিক, খ্রাইষ্টোফর কলম্বস (Christopher Columbus না অমেরিকা (New world) থেংনরে হায়দুনা মহারাণী ইশাবেলাদা ইখিবা চিঠি, থোমাস জেফার্সন (Thomas Jefferson) না Declaration of Independence কী ইখিবা ইহান হানবা Draft নচিংবা য়াওরি। অসিদসু মংতনা লাইব্রেরী অসিদা মথাদা ইরিবা পোৎশিং অসিসু লৈ।

অয়েকপা লাইশিং (Pictures) 4000000 : অতৈ ফোটো-গ্রাফমচিংবা ( Broudslides, photographs, slides, etc. )— 300000 : রিসার্চ ফিলম ( Research films )—5000000 ; মশিং লাকচমদ্রবা মেপ, চার্ট, মাইক্রো ফিলম, রিল,—গ্রেড, মেগা-জিনমচিংবসু লৈ।

লাইব্রেরী অসিগী মচাকশিং অসি ২৪৮০০০০০০০নি। মসিগী শাখা (Branch) ৮১ দা লৈবা লাইরিক ৩০০০০০০লোম অদু য়াওদে। লাইব্রেরী অসিগী শাখা (Branch ৮১ থক মানহাত্তান (Manhatton) ব্রোংস (Bronx) অমসুং ষ্টাটিন দ্বিপ (Staten Island) দা লৈ। য়ামদ্রবদা চহি থুদিংগী লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক ১০০,০০০ হাপচিল্লি।

ডিভিজনগী মকোকশিং (Chiefs of the Divisions) অচুম্বা লাইব্রিক খনবগী কমিটি (Book selection Committee) শাই অমসুং মখোইনা মখল মখা অয়াম্বা লৌশিং শিজিন্নদুনা লাইব্রেরীগী লৈগদবা লাইব্রিকশিং অচু খল্লি। লাইব্রিক খনবগী থবক অসি অরায়বা থবক মনে। মখল মখা অয়াম্বা কেটেলোগ বিব্লোগ্রাফী, বুক রিভিউনচিংবা য়েংবগী মথৌনি। অসিদসু নৎতদ্রা প্রজাগী পুক্নিং অমসুং অপাম্বনচিংবা খংগদবনি। অহৈবা মী (Expert) নৎত্রবদি লাইব্রিক খনবা ল্লই। নিউয়োর্ক পব্লিক লাইব্রেরী অসি মরুম্নাইগী শেল শিজিন্নদুনা চালাইজবা লাইব্রেরী অমনি। সরকারনা মতেংসু পাংভি।

লাইব্রেরী অসি আমেরিকাগী খ্বাইদগী ভকলবা অমসুং চাওরবা লাইব্রেরী অমনি। মাসিদা মখল মখা অয়াম্বা মী তিল্লি। অফাও অফাওবা লাইব্রিক লেংবা মী, তোঙান তোঙানবা দেশকী রাজদূত কয়ানচিংবা মফম অসিদা য়াম্না তোইনা লাকই। রিশার্চ তৌবা মী (Researchers) কয়া রিশার্চকী ডিপার্টমেণ্টতা অতৈ অথম মাইদনা থবক তৌদুনা লৈ। আমেরিকাগী অফাওবা লাইব্রিক লেংবা মীশিংগী মমক্তদি লাইব্রেরী অসি থাদোকপা য়াদ্রবা য়াম্না কান্নবা লম্নি মফম অসিদা আমেরীকাগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী লাকপা মীশিংনা অমগা অমগা উনদুনা রাখল-লৌশিং পিথোক পিশিন তৌনৈ।

## দিল্লী পব্লিক লাইব্রেরী
## [ Delhi Public Library ]

লাইব্রেরী অসি শোক ১৯৪৯ দা লিংখৎখি। চহি অসিদা UNESCO গী General Conference অমা তৌখি। Conference অসিদা Demonstration Public Library অমা এসিয়াদা লিংখৎপা হায়দুনা লেপখি। ভারতকী সরকারনা হায়রিবা লাইব্রেরী অসি দিল্লীদা থম্বীয়ু হায়রনা হায়জখিবা মরমদগী UNESCO না লাইব্রেরী অসি দিল্লীদা লিংবা অদু য়াবিখি। এডবার্ড সিড্নি কৌবা বিলাটকী মী অমবু লাইব্রেরী অসিগী ইহান হানবা এডভাইজরী ডাইরেক্টর ( Advisory Director ) থনখি। মহাক্না শোক ১৯৫০ দগীনা শোক ১৯৫১ ফাওবা অসিগী মনুংদা লাইব্রেরী অসি করম্বা মওংদা চাওখৎহনবা৷ য়াগদগে হায়বগী মরমদা মথল মথা অয়াম্বা পোথি sebeme) তৌখি।

মরক অসিদা পারমেনেন্ট ডাইরেক্টর অদুবু থা তরুক ইউরোপকী তোঙান তোঙানবা মফমদা থাদুনা লাইব্রেরী কয়ানা করম হায়না থবক পাংথোকপগে হায়বা অদু য়েংহনখি। মহাক শোক ১৯৫১ গী ফেব্রুয়ারী থাদা ভারতা হল্লকখি। মহাকনা দিল্লীদা লৈরিবৈদা এগ্রিমেন্ট অমা তৌনখি। মদুগী মফুংইরা—

( ১ ) পব্লিক লাইব্রেরী অসি দিল্লী পব্লিক লাইব্রেরী হায়না কৌবা তাখি। লাইব্রেরী অসিগা UNESCO গা পুন্না থবক চথবা হায়নমু য়ানখি।

( ২ ) লাইব্রেরী অসিনা দিল্লীদা লৈবা মীশিংগীদমকতা পব্লিক লাইব্রেরী অমগী থবক তৌবা অমদি দেশ অতৈ অতৈনা

মতৌ তমজকম ওইবা পব্লিক লাইব্রেরী অমগী মথৌ তৌবা হায়রবা অসি এগ্রিমেন্ট অদুগী মরুওইবা ৱাফম অমনি।

লাইব্রেরী অসি খাজনা লৌদুনা হিংবা লাইব্রেরীনি সরকারনস্তু মতেং পাংঙি। মী খুদিংমক লাইব্রেরী অসিগী মেম্বর অমা ওইবা য়াই। মেম্বর ওইগে হায়রবদা থিংবা লৈতে। মী খুদিংমক্না মানা মানা পাম্বা লাইরিক লৌবদা থিংবা লৈরোই। লাইব্রেরী অসিগী লাইব্রিকশিং অসি চুম্না থমজিন্নবা নত্তে, লাইরিক পাবা মীশিংগীদমক্নি।

মথক্তা হায়রিবশিং অসি লাইব্রেরী অসিগী মরুওইবা নিয়ম (Basic Principles) তাক্নি নিয়মশিং অসি লাইব্রেরী অসিনা তাকনা চৎকদবনি।

লাইব্রেরী অসিগী মেম্বর ওইবগী নিয়ম :-লাইব্রেরী অসিদা খাজনা পিবা মী (Tax payers for the library) পুম্নমক ইরায় লাইনা মেম্বর ওইবা য়াই। খাজনা পিবা মী নত্তবশিং অদু খাজনা পিবা মীশিংনা জামিন য়াররদি লাইব্রেরী অসিগী মেম্বর ওইবা য়াই। জামিন য়াবিনিডাই লৈতবা মীশিং অদুদি লুপা তরা ডিপোজিট থমলগা মেম্বর ওইবা য়াই।

মথক্তা হায়রিবা নিয়মশিং অসি মী খরগীদমক্তদি য়ামনা কায়রবা খরা লৈ। মরম অদুনা মমৈথংদা লাইব্রেরী অসিগী মিংচলবগী নিয়ম অদু খরা হোংদোকখি। অনৌবা নিয়ম অদুগী মতুংইন্না লাইরিক লাইশু তম্ফম স্কুল, কোলেজ, ইউনিভার্সিটীনচিংবগী মকোকশিং অদুনা কমাণ্ডবা মী অমবু লাইব্রেরীদা মিং চলহনবিয়ু

হায়রবদি [Recommendation তৌরবদি, মী অদু ডিপোজিট থমদনা মিং চনবা য়াই। অসিদগী এন্তনা ড'ইরেক্তরনা কনাগুম্বা মী অমবু অচৌবা মী অমনা রিকোমেণ্ড তৌরবদি মিং চলহনবা য়াই।

**লাইব্রেরী অসিদগী লাইরিক লৌবা:-**

লাইরিক পাবা মী অয়াম্বনা লাইব্রেরী অসিদা পামনবা লাইরিক্তি হিন্দীগী লাইরিক্তি। লাইরিক বায়বা লাকপা মী ১০০গী মনুংদা ৬৭ তি হিন্দীগী লাইরিক তাল্লি। ১০০%৬৭ হায়রিবা মশিং অসি শোক ১৯৫১-৫২ গী মশিংনি। হিন্দীগী লাইরিক অদুকী মতিক হেনগৎলগা অপাবা মী মশিংসু হেনগৎকনি। হৌজিক্তি হিন্দীগী লাইরিকশিং অসি অভকপা কংনা হেনগৎলে। হিন্দী লাইরিক পাবা অমসুং অতৈ অতৈ লাইরিক পাবা মীশিংগী মশিংসু য়াম্না অভকপা কংনা হেনগৎলে। য়ুমদা পানবা লৌবা লাইরিক মশিংদগীদি লাইব্রেরীগী মনুংদা পানবা লৌবা লাইরিককী মশিংনা য়াম্না হেল্লি। মসিগী মরমদি অসিনি— লাইব্রেরী অসিদা কনাগুম্বা মী অমনা মানা থম্নিংবা লাইরিক অদু থন্দুনা লাইব্রেরীদা পাবদা অথিংবা লৈতে।

**লাইব্রেরী অসিগী লাইরিক মশিং :—**

লাইব্রেরী অসি ইহান হান্না লিংখৎলকপগী মতম অদুবাইদা লাইরিক ৮০০০ লোম লৈরম্মি। শোক ১৯১৩ দা লাইরিক

মশিং ৩৪,৪০৪ য়েৌখি। হৌজিক লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক মশিং লাখ অমদগী হেন্না লৈরে

লাইব্রেরী অসিগী মেনেজিং বোর্ড:—লাইব্রেরী অসি ভারত সরকারগা ইউনিস্কো [ UNESCO ] গা অনিনা তৌনখিবা এগ্রিমেন্ট অদুগী মতুংইন্না লিংখৎখিবনিনা লাইব্রেরী অসি চালাই-নবগীদমক ভারত সরকারনা নক্রগা লোকেল ওথোরিটীনা থোই-দোকপা আইন শেম্না লৈতে।

লাইব্রেরী অসি পুননবা বোর্ড অমা লৈ। বোর্ড অসি মী ১২ না শাই। চেয়ারমেন ( Chairman ) অদু এডুকেশন মিনিষ্টরনা থারকপা মীনি। ভাইস চেয়ারমেন অদুনা ইউনিস্কোনা থারকপা মীনি। অতৈ মেম্বরশিং অদুগী মনুংদা মেম্বর অমনা মিনিষ্ট্রী ওফ এডুকেশনগী মহুৎশিনবনি; মেম্বর অমনা মিনিষ্ট্রী ওফ ফাইনেন্সকী মহুৎনি; অতোপ্পা মেম্বর অমনা দিল্লী ডিষ্টিক বোর্ডকী মহুৎশিনবনি; মেম্বর অমনা চিফ কমিশনারনা থারকপা মীনি অমসুং মেম্বর অতোপ্পা অমনা ইউনিস্কোনা থারকই। লেমহৌরিবা মেম্বর অহুম অদু টেক্নিকেল কালিফিকেশন লৈবা মী হাক্কুনি।

ভারত সরকারগা ইউনিস্কোগা শেলগী মরমদা য়ানখিবা এগ্রিমেন্ট অদুগী মতুংইন্না ইউনিস্কোনা লাইব্রেরী অসিদা য়ামদ্রবদা ডোলার ৬০,০০০ ( লুপা ২,৮৫,০০০ ) অদুগা ভারত সরকারনা য়ামদ্রবদা ডোলার ১,২০,০০০ ( লুপা লাখ ৫ ) শোক ১৯৫১-৫৪ গীদমক পিবা তাখি।

শোক ১৯৫১ গী ওক্তোবর থাগী তাং ২৭তা লৈখিদ্রবা ভারতকী প্রধান মন্ত্রি ওইরম্বা পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা ডালমীয়া মেইন হাউস হায়না কৌবা কুইন্স রোডকী মনাক্তা লৈবা অচৌবা দলান অদুদা লাইব্রেরী অসি হোংজিন্দুনা শঙ্গাখি। মৌলানা অব্দুল কালাম আজাদনা থোদোক ; অদুগী সভাপতি ওইখি। লাইব্রেরী অসিগী তোভাম তোঙানবা ডিভিজন লৈ। মখোয়শিং অদুগী মতুংদা মথাদা পিরিবশিং অসি মরুওইবনি।

( ১ ) অঙাংগী ডিপার্টমেন্ট ( Children's Department ) মফম অসিদা হিন্দী, উর্দ্দু অমসুং ইংরেজীদা ইবা অঙাংগী লাই-রিক মশিং লাকভমদনা লৈ। মফম অসিদা মথল মথা অয়াম্বা ফিলম শো উৎলি। ফিলম শো অসিনা অঙাংশিংদা য়াম্না কান্নবা পি অমসুং মখোয়গী হৈনিংবা অমসুং খংনিংবা হেনগংহল্লি। অঙাংগী লাইব্রেরীয়ান অদুনসু মথল মথা অয়াম্বা রারি অঙাং-শিং অদুদা লি অমসুং মখোয়গী লৌশিং হেনগংহল্লি।

( ২ ) সোসিয়েল এডুকেশন ডিপার্টমেন্ট :—মফম অসিদা মথল মথলগী ড্রামা, ডিবেট, ময়াম পুন্না জ্ঞান নৈনবা অসিন-চিংবা থবক ময়াম অসি পাংথোকই। বুক ক্লব (Book club) সু শেম্মী।

( ৩ ) কেটেলোগ অমসুং ক্লাসিফিকেশন তৌনবা মফম অমসু য়াম্না চাওনা লৈ। মসিদা লাইব্রিক পুম্নমক টেক্নিকেল এক্সপার্টশিংনা মিৎয়েং চংহনা মথল থাইদোকপা, কেটেলোগ তৌবা অসিনচিংবা থবক কয়া পাংথোকই।

( ৪ ) এক্সটেনসন সার্ভিস ডিপার্টমেন্ট :— শোক ১৯৫১গী ডিসেম্বর থা লোইরকপগী অদুবাইদা ইউনিস্কোনা ভারতকী ফিভম য়েংদুনা হায়বদি দরকার ওইগদবা অদুগী মতুংইনা মোবাইল লাইব্রেরী ভান ( Mobile Library Van ) অমা লাইব্রেরী অসিদা পিগনি হায়খি। মদুগী মতুংইন্না অচৌবা মোবাইল লাইব্রেরী ভান অমা লাইব্রেরী অসিদা পীখি। হায়রিবা মোবাইল ভান অসিনা হোস্পিটাল, জেলখানা, স্কুল, রিফোরমেটারী (Reformatary) অসিনচিংবা মফমদা চৎতুনা লাইরিক লাইশু পাহনবা অমসুং লাইরিক উৎপগী থবকনচিংবা তৌবা হৌখি।

মোবাইল লাইব্রেরী হায়বা অসি করিনো হায়বা অদু অয়াম্বা মীনা খংনদে। মসি লাইরিক, মেগাজিন, খবর, মেপ, চার্ট, গ্লোব, ফিলম ( ওডিয়ো ভিজুয়েলগী মচাক ) মচিংবা পুদুনা কোইচৎ চৎপা হরাগাড়ীনি। হরাগাড়ী অসি লাইরিক লাইশু অমদি মথক্তা হায়রিবা মচাকশিং অসি হাপ্লদা থুদাংচাগদবা য়েংদুনা শাবা হরাগাড়ী মখল অমনি।

দিল্লী পব্লিক লাইব্রেরীনা হৌজিক মোবাইল ভান কয়া শিজিন্নদুনা লবাই থোৱাইনচিংবা মফম অয়াম্বদা কোয়চৎ চৎলি অমসুং মীশিংদা লাইরিক পানিংবা অমসুং লোশিং তাম্নিংবগী রাখল পোকহল্লি।

( ৫ ) মথক্তা হায়খ্রিবা ডিপার্টমেন্টশিং অসিদ নত্তনা লাইব্রেরী অসিদা (ক) রিফরেন্স অমসুং ইনফোরমেসনগী ডিপার্টমেন্ট, (খ) ইণ্ডষ্ট্রীজ অমসুং বিজিনেসকী ডিপার্টমেন্ট, (গ) ম্যুনিসি-

পাল বুড়ো, (ঘ) লোকেল হিষ্টরী অমসুং ত্রেভেল বুড়ো, (ঙ) খোংভেক-মিস্তাংশিংগী ডিভিজন, (চ) ঈশৈ নোংমাইগী ডিভিজন-নচিংবা লৈ।

## বৃটিশ মিউজিয়ম লাইব্রেরী

## (British Musium Library)

লাইব্রেরী অসিদা লৈরিবা লাইরিকশিং অসু নিংথিনা মথল থাইদোক্কে। হায়বদি ভোঙাম ভোঙানবা মকমদা লৈরিবা লাইরিকশিং অসু অমগা মরি লৈনদনা মথল থাইদোকই। খুদমদি:— কা অমগা ইতিহাস, আর্কিওলোজী, জিওলোজীনচিংবগী লাইরিক থম্না লৈরে। অতোপ্পা কা অমদা মথক্তা হায়রিবা লাইরিক অসিগুম্বা থমসু লৈরে। কা-কাদা লৈরিবা লাইরিকশিং অসু তোপ্পা তোপনা কাগী মতুংইন্না মথল থাইদোকনি।

লাইব্রেরী অসিগী লাইরিকশিং অসি নিংথিনা থম্নবা অমসুং মথল থাংদোকনবগী থবক অসু ইহান হানবদা ১৮ শুবা শকাব্দদা রেভ, এস, হার্পার রেভ, এস, এইসকভ অমসুং থোমাস বার্টলেনা পাইখৎখি।

থোমাস বার্টসনা লাইব্রেরীগী লাইরিক থাইদোকপগী নিয়ম অমা হোৎদোকখি। হায়রিবা নিয়ম অসি বৃটিশ মিউজিয়মগী জেনেরেল লাইব্রেরীদা শিজিন্নে। মসিগী নিয়ম অসি মথাদা তাকলি:—

1. Theology.
2. Jurisprudence.
3. Natural history.
4. Archeology and Arts.
5. Philosophy.
6. History.
7. Geography.
8. Biography.
9. Belles letters.
10. Philology.

মথক্কী নিয়ম অসিগী ফংতবা খরা লৈ। মসিগী মথল থাইদোকপগী নিয়ম (Classification System অসিদা অনৌবা অতোপ্পা বিষয় হাপচিনবা য়াদে। অদুবু মিউজিয়ম অসিগী কেটেলোগ অমসুং সবজেক্ট ইন্দেক্সতি য়াম্না ফজে। য়াম্না নিংথিবা কেটেলোগ লৈবা মরম্না মিউজিয়ম অসিগী মচাক'শিং অদু থিবদা য়াম্না নুংভাই।

লাইব্রেরী অসি চংনিংবা মী পুম্নমক্না হেক্না পংচং চংবা য়াদে। মরু ওইনা লাইরিক লাইশু য়াম্না হৈবা মীতনা লাইব্রেরী অসিদা চংভি। মরম অদুনা লাইব্রেরী অসিগী লাইরিক-লাইশু অমদি অতৈ পোৎচৈ পাক মাংদে।

## ব্রিটিশ নেসেনেল বুক সেণ্টর

### (British National Book Centre)

লাইব্রেরী অয়াম্বদা অহেনবা কোপী, ছাপা তৌবা লেপথুবা লাইরিক, কনাগুম্বা মী লেম্না পিরকপা অরেম্বদা লৈরবা লাইরিক

অসিনচিংবা কম্না লৈ। অসিগুম্বা লাইব্রিকশিং অসি লাইব্রবা অতৈ লাইব্রেরীশিংদা পিথোকই।

অসুম হায়না লাইব্রেরী কয়াদগী অহেনবা লাইব্রিক লৌ-খোকলগা অতৈ অতোপ্পা লাইব্রেরীশিংদা য়েম্থোকপগী থবক অসি নেসেনেল সেন্ত্রেল লাইব্রেরীনা তৌই। শোক ১৯৩৭ তগী হৌনা নেসেনেল সেন্ত্রেল লাইব্রেরীনা অসিগুম্বা থবক অসি তৌবা হৌখি।

শোক ১৯৪৪-৪৭ কী মনুংদা লণ্ডন্দা Inter Allied Book Centre কৌবা organisation অমা National Central library গা UNESCO গা তান্নদুনা শেমখি। Organisation অসিগী মথৌদি লান্দা থুগাইখিবা British Commonwealth গী দেশশিং অদুগী লাইব্রেরীশিংদা মেগাজিন, লাইব্রিকনচিংবা খোমজিন্নগা য়েনবনি। National central Library অসি বিলাটকী সরকারনা অসিগুম্বা থবক তৌমবগী-দমক্তা লুপা য়াম্না পিখি। লাইব্রেরী অসিগী শেলথুমগী কিভম কগংলকপা মরম্না British National Book centre কৌবা Department অমা শেমখি।

শোক ১৯৪৯ দগীদি British National Book Centre অসি থবক য়াম্না পাইখৎপা হৌখি। মসিগী মরুওইবা থবক্তি Commonwealth গী মখল মখা অয়াম্বা লাইব্রেরীশিংগা মরি লৈনদুনা লাইব্রেরীশিং অসিগী দরকার ওইবা লাইব্রিকী মরমদা

পাও খোমজিনবা অমসুং লাইব্রেরীশিং অসিদা মথল মথা অয়াম্বা মেগাজিন লাইরিকনচিংবা য়েনবা ঙমিনি। মসিথা শোক ১৯৪৯ দা Inter Allied Book Centre দগী কংহোবা লাইরিকশিং অদু Commonwealth কী লাইব্রেরীশিংদা য়েনখোকনি। শোক ১৯৫৫ গী লোইবদাইদা British National Book Centre না লাইরিক ১৩৯,০ ০ দগী হেন্না য়েম্খোকখি।

## ইন্টরনেসেনেল ফেডরেসন্ ওফ লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (International Federation of Library Associations)

শোক ১৯২৬ কী জুন-জুলাই থাদা পৃথিবীগী অপুনবা মিটিং (International Conference) অমা তৌখি। মিটিং অসিদা দেশ কয়াগী লাইব্রেরীয়ান অমসুং লাইরিক হৈবা মী ময়াম তিনখি। মিটিং অসি প্রেগ (Prague) তা কখি। ফ্রান্সকী লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (French Library Association) গী মহুৎশিনবা, মিটিং অসিদা য়াওখিবা এমঃ হেনরিয়োট কোবা মিপা অমনা মিটিং অসিদা বাকম অমা থাজৎখি। মহাকনা পুথৎলিবা বাকমদি পৃথিবীগী ভাইবা দেশ অতোপ অতোপ্পদা লৈরিবা লাইব্রেরী এসোসিয়েসনশিং অসিগী মীহুৎনা শাবা কমিটি অমনা শেম্বা হায়বা অসিনি। মহাক্না পুথৎলমজিবা বাকম অদু ময়াম্না য়াখি।

শোক ১৯২৬ কী ওক্টোবরগী থাদা আমেরিকান লাইব্রেরী এসোসিয়েসন (American Library Association) গী ৫০

গুনা চহিগী কনফরেন্স অমা তৌখি। কনফরেন্স অসিদা মথক্কা হায়খিবা পৃথিবীগী কমিটি ( International Committee ) অসিনা আমেরিকান লাইব্রেরী এসোসিয়েসনবু খুনা পৃথিবীগী ওইবা লাইব্রেরী কমিটি ( An International Library Committee) অমা শেম্নবা থাক পাইখংনু হায়না পিন্নখি। অদুগী মতুংইন্না শোক ১৯২৭ গী সেপ্তেম্বর থাদা এডিনবর্গ (Edinburgh) তা কনফরেন্স অমা তৌখি। মসিদা পৃথিবীগী দেশ কয়াগী লাইব্রেরী এসোসিয়েসনগী মীহুৎ তিনখি অমসুং মথল মথা অয়াম্বা বাফম কয়া নৈনরবা মতুংদা ইন্টরনেসেনেল লাইব্রেরী এণ্ড বিব্লিওগ্রাফিকেল কমিটি ( International Library and Bibliographical Committee ) শেমখি।

কমিটি অসিগী ইহান হানবা মিটিং অদু শোক ১৯২৪ গী মার্চ থাদা আইঃ কোল্লিজন্না রোমদা কৌদুনা ফমখি। কোল্লিজন অসি হায়রিবা কমিটি অসিগী প্রেসিডেন্টনি। মহাক্কা মিটিং অদুদা লাওথোকখি মদুদি পৃথিবীগী দেশ ১৪ গী লাইব্রেরী এসোসিয়েসন্না মথক্কা হায়খিবা লাইব্রেরী কমিটি অসি য়াওরে। হায়রিবা পৃথিবীগী ওইবা লাইব্রেরী কমিটি অসিগী অনিশুবা মিটিং রোম, ফ্লোরেন্স অমসুং ভেনিসতা শোক ১৯২৯ গী জুনগী থাদা তৌখি। এম: সেভেন্সমা হায়বা লিগ ওফ নেসন্সগী লাইব্রেরীয়ান (Librarian of the League of Nations) অদুনা হায়রিবা কমিটি ( International Library and

Bibliographical Committee) অসিগী পার্মেনেন্ট সেক্রেটারী ওইখি। ভেনিসতা জেনরেল এসেমব্লী অম কমখি অমসু এসেমব্লী অসিনা ড্রাফট ষ্টেটুস (Draft statutes) শিং অদু য়াখি। মমৈথংদা জেনেরেল এসেমব্লী অসি মথংশিংনা ষ্টোকহোম অমসুং কোপেনহেগেন্দা শোক ১৯৩০ অমসুং ১৯৫২ দা কমখি, অদুগা ষ্টেটুস অদু থরা শেমদোক-শেমজিন তৌখি। শোক ১৯৫৫ দা দেশ ৩৭ কী লাইব্রেরী এসোসিয়েসন ২৭ না ফেডেরেসন (International Federation of Library Association or I. F. L. A) অসিদা য়াওখি।

মথক্তা হায়খিবা কমিটি অসি মরক মরক্তা কখি অমসুং মিটিংগী প্রোসিডিংস (Proceeding of the meetings) অদু ভোলুম ১৯ থোক্না কোংখি।

ফেডেরেসন (I. F. L. A.) অসিগী মখল মথা অয়ামবা থবক পুনবা কমিটি মচা মচা য়াম্না লৈ। মখোইশিং অদু মথাদা পিরি।

1. Committee for parliamentary and administrative libraries.

2. Committee on Union Catalogues.

3. Committee on Uniform Cataloguing rules.

4. Committee on international loans.

5. Committee on periodicals and serial publications.

6. Committee on study abroad and exchange of Librarians.

7. Committee on exchange of publications.
8. Committee for hospital libraries.

9. Committee on conservation, cataloguing reproduction and exhibition of rare precious books and documents.

10. Committee on statistics ;

ফেডেরেসন অসিনা ফোংলিবা লাইব্রিকশিং অদু মেম্বর এসোসিয়েসনশিংদা থাই। ফেডেরেসন অসিগী লাইব্রী (Libry) কৌবা মেগাজিন অমা ফোংই। চহি অনি অনি লৈরগা ফেডেরেসন অসিনা বিষয় অমা খল্লগা প্রাইজ কম্পিটিসন তৌহল্লি। প্রাইজ অসিবু সেভেন্সমা প্রাইজ (Sevensma Prize) কৌই। প্রাইজ অসি ক্ষংবা মী অদুদা স্নুইস ফ্রাঙ্ক ( Swiss Franc হায়বদি স্নুইজারলেণ্ডগী শেল ) ১,০০০ পি।

## স্কুল লাইব্রেরী এসোসিয়েসন

## ( School Library Association )

বিলাটকী স্কুল লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অসি শোক ১৯৩৭ কী জানুওয়ারী থাদা লিংখৎখি। লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অসিনা মরুওইবা পাংথোকপা পাম্বা থবকশিং অদু মখাদা শমলপ্না পিরি :—

( ১ ) মখল মখা অয়াম্বা স্কুলগী লাইব্রেরীশিং অসি লাইরিক লাইশু তম্বগী মরু ওইবা থুংলাই ওইনা লৌবা অমসুং চাওখৎনবা হোৎনবা।

( ২ ) মখল মখা অয়াম্বা লাইব্রেরীশিং অসিগী শাসন অদু অনৌবা বিজ্ঞানিক ওইবা উপাই শিজিন্নদুনা ফগংনবা হোৎনবা।

( ৩ ) তোঙান তোঙানবা স্কুলগী লাইব্রেরীয়ানশিংগী মরুপ মখোয় মখোয়গী লৌশিং, বাখলনচিংবা অদু লৌথোক-লৌশিন ( Exchange ) তৌহন্ননবা থবক পাইখৎপা

( ৫ ) লাইব্রেরী চাওখৎনবা থবক তৌরিবা ওরগেনাইজেশনশিং অদুগা মরি লৈনদুনা লাইব্রেরী চাওখৎনবা থবক পুখৎমিন্নবা।

বিলাটকী মফম অতৈ অতৈদা এসোসিয়েসন অসিগী শাখা কয়ামরুম লৈ। দেশ অতৈ অতৈদা লৈবা লাইব্রেরীগী থবক্তা থবাই য়াম্না য়াওবা মীশিংসু হায়রিবা স্কুল লাইব্রেরী এসোসিয়েসন অসিদা য়াওই।

এসোসিয়েসন অসিনা ফোংবা লাইরিক অমসুং রিপোর্টনচিংবা খরা মখাদা উৎলি :—

(1) School Librarian and School Library review ( মখোয়শিং অসি মেগাজিন হাপ্কনি )।

(2) (a) School Libraries to-day, 1950. b) Planning, 1955. (c) Primary Schools, 1956. (d) Book lists. (c) School Libraries : a short manual.

1955, ( 2nd edition ) অসিনচিংবা। মথোইশিং অসি রিপোর্ট তাক্তনি।

এসোসিয়েসন অসিগী ওফিসকী লৈফম মখাদা পিরি :—

Gordon House, Gordon Square, London. W. C. I. ( Tel. Euston 6716.)

## ইউনিস্কো

## ( UNESCO )

ডি ইউনাইটেড নেসন্স এডুকেশনেল, সাইন্টিফিক এণ্ড কলচরেল ওরগেনাইজেসন ( The United Nations Educational, scientific and Cultural organisation ) অসি শোক ১৯৪৬ তা, ইউনাইটেড নেসন্সগী স্পেসিয়েলাইজ এজেন্সি ( Specialised Agency of the United Nations ) অমা ওইনা শেমখিবনি। হৌখিবা পৃথিবীগী অনিশুবা লান্থাওগী মতুংদা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা জাৎশিং অমদি মীশিং অসি অমগা অমগা মুংশিননা অমসুং ভাব তাননা লৈবগী দরকার য়াম্না ওইখি। অমুক্তা দেশ অমগা অমগা মুংশিননা অমসুং ভাব তানা লৈমিন্নবা তাররবদি দেশশিং অসিগী মনুংদা ঈ-পাও থাদোক-থাজিন তৌনবা অমসুং বাখল লৌশিং পিথোক-পিশিন তৌবগী দরকার ওই। অদিগুম্বা থবকশিং অসি :তৌনবগীদমক ইউনিস্কো অসি শিংথংখিবনি।

ইউনিস্কোগী থবকশিং অদুগী মমুংদ পৃথিবীদা লাইব্রেরীগী থবক অসি চাওনা পুখৎপা হায়বা অসি অমনি। ইউনিস্কোনা লাইব্রেরী চাওখৎননবা পুখৎপা থবক অসি শরুক অহুমথোক্লা খাইদোকই :—

(১) বিব্লিওগ্রাফী ( Bibliography )।

(২) লাইব্রেরী ফগৎহনবা ( Development of Libraries )।

(৩) দেশ অমগা দেশ অমগা লাইরিক লৌথোক-লৌশিন তৌনবা ( International exchange of books ) অমসুং ঈ-পাও লৌথোক-লৌশিন তৌনবা।

শোক ১৯৫০ দা বিব্লিওগ্রাফীগী থবক অসি চাওখৎননবা পৃথিবীগী ওইবা অচৌবা কনফরেন্স অমা ইউনিস্কোনা কৌখ্রবা ফমখি। কনফরেন্স অসিদা পৃথিবীগী দেশশিং অসিদা বিব্লিও-গ্রাফীগী থবক চৎশিন্নবা অদু কুপ্পা খল্লখি। কনফরেন্স অসিনা ইন্টরনেসেনেল এডভাইজারী কমিটী ওন বিব্লিওগ্রাফী ( International Advisory Committee on Bibliography ) শেমখি। মসিদা পৃথিবীগী অয়াম্বা দেশ মেম্বর ওইখি। দেশ ৬০ দা লৈবা বিব্লিওগ্রাফীকেল গ্রুপ নত্রগা কোরেস্পোণ্ডেন্টশিং অদুনা মথক্তা হায়খিবা এডভাইজরী কমিটী অসিগা অমসুং ইউ-নিস্কোগা তানদুনা মখল মখা অয়াম্বা থবক তৌই।

কমিটী অসিনা, সেক্রেটারী জেনেরেলদা ইউনিস্কোনা তৌরিবা অমদি তৌগদৌরিবা ( বিব্লিওগ্রাফীগী থবক ) শবককী মরমদা

পাওতাক পি। কমিটী অসিনা মথাদা ইরিবা ওরগেনাইজেসনশিং অসিগা ভানদুনা থবক য়াম্না তৌই।

(1) I. F. L. A.

(2) F. I. D.

(3) The International Council on Archives.

(4 International Association of Music Libraries,

থা অহুম হুম থুদিংগী ইউনিস্কো'গী লাইব্রের জ ডিভিজন ( Libraries Division of the U N E S C O ) না "বিব্লিওগ্রাফীকেল নিউজলেটর" ( Bibliographical Newsletter ) কৌবা মেগাজিন অমা ফংই। মসিনা ইউনিস্কোগা, কমিটীগা অমসুং অতৈ "নেসনেল গ্রুপ"শিংগা য়াম্না নকশিন্নবা মরি লৈনহল্লি।

ব্রুশেল্স (Brussels) তা শোক ১৯৫৫ গী সেপ্তেম্বর থাদা লেইসন কমিটী ওফ ইন্টরনেসেনেল ওরগেনাইজেসন্স ফোর লাইব্রেরিয়ানসিপ এণ্ড ডোকুমেণ্টেসন (Liaison Commitee of International organisation for Librarianship and D cumentation) কৌবা কমিটী অসিনা ইন্টরনেসেনেল কংগ্রেস হায়বদি পৃথিবীগী দেশময়াম্গী অপুনবা মীতিন অমা তৌহনখি

শোক ১৯৪৯ দগী ইউনিসকোন ইণ্ডেক্স ট্রান্সলেসনম্ (Index Transtationum) কৌবা লাইরিক অমা চহি থুদিংগী ফোংবা হৌখি। মাসিগী লাইরিক অসিদা পৃথিবীগী দেশ কয়াগী লাইরিকশিং

অদুবু কোংনিবা লাইরিকশিং অদুগী মমিং য়াওই। শোক ১৯২৫ দা কোংবা ভোলুম অদুদা দেশ ৫১ দা কোংবা লাইরিক লাইরিকশিং অদুদগী অনুবাদ তৌবা লাইরিকশিংগী মমিং য়াওই। ইউনিসকোনা কোংবা অতৈ লাইরিক খরগী মমিংসু মথাদা ইরি :—

(1) The Index Bibliographicus

(2) Vocabularium Bibliothetical

(3 A Handbook on National Bibliographical services অসিনচিংবা মীওইবা জাৎকী ফননবগীদমক্তা ইউনিস-কোনা থরক কয়া পাইখৎলি। মসিনা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈবাক্তা লৈবা লাইরিক-লাইশু হৈবা মীশিংগী ওরগেনাইজেসন কয়াবু মতেং পাংচুনা মথল মথা অয়াম্বা লাইরিক কোংহল্লি। অসুম্না কোংবা লাইরিকশিং অদুগী মনুংদা মরুওইবা খরা মথাদা পিরি।

(1) International Bibliography of Historical Sciences.

(2) Bibliographie de I' historie des Religion.

(3) I' Annee philogique.

(4) African Abstracts.

(5) Bibliographei Americanste,

শোক ১৯৫১ দা ইউনিসকোগা ভারতকী সরকারগা তাংখৎনা দিল্লি পব্লিক লাইব্রেরী ( Delhi public Library ) হিংখৎলি।

লাইব্রেরী অসি পাইলোট প্রোজিক্ট (Pilote project) অমনি। মসি লিংখৎলিবা অসি এসিয়াগী খা থংবা মাইংগেদা লৈরিবা মীশিংগী চাওখৎনবগীদমক্তনি। অসিগী মতুংদা ইউনিস্কোনা কোলুম্বীয়া (Columbia) দা মেডিলিন পব্লিক লাইব্রেরী কৌবা অতোপ্পা লাইব্রেরী অমা লিংখৎখি মসি শোক ১৯৫৪ দা লিংখৎলিবনি লাইব্রেরী অসি লেটীন আমেরীকা (Latin America) গী পাইলোট প্রোজেক্ট (Pilct project) অমনি। মতম খরা লৈবদা আফ্রিকাদসু অসিগুম্বা পব্লিক লাইব্রেরী অমা লিংখৎখি।

বর্তমানদা লৈরিবা মেসমেল লাইব্রেরী অসি ইউনিস্কোনা অমাম্বা লোনুং পিদুনা লিংখৎখিবনি। অসিদসু নৎতনা ইউনিস্কোনা পাকিস্তানদা, উরুগেদা অমসুং তর্কীদা নেসেনেল বিব্লিওগ্রাফিকেল সেন্টর কয়া লিংখৎখি। ব্রাজিল, ইজিপ, ভারত, মেক্সিকো উরুগে অমসুং জুগোশ্লোভীয়াদা সাইন্টিফিক ডোকুমেন্টেসন সেন্টার (Scientific documentation centre) কয়া থম্নবা লাইরিক ইথোক ইশিনগী থবক অসি চাওখৎননবা কন্না হোৎনখি। অসিদসু নৎতনা আফগানিস্তান, ইন্দোনেসিয়া, পার্সিয়া, ইরাক, ইকোয়ডার, কোরিয়া অমসুং সিরিয়ানচিংবা মফমদা লৈরিবা পব্লিক লাইব্রেরী অমসুং ইউনিভারসিটি লাইব্রেরীশিং অসি চাওখৎনবগী মতেং মথৌ অয়াম্বা থবক পাইখৎলি।

লেপ তমপা অয়াম্বা লাইরিক-লাইশু পিথোক লিশিন কোনবগী থবক অসি ইউনিস্কোনা থিংখিদা পুখৎলি। ইউনিস্কো বুলেটিন (Unesco Bulletin) কৌবা লাইরিক অমা ইউনিস্কোনা কোংলি।

মথিদা ইউনিস্কোনা দেশ অতৈদা পিথিবা লাইরিকশিং অমদি অতৈ অতৈ পোৎশিংগী মমিং য়াওই। মসৈথংদা হায়রিবা বুলেটিন অসি লাইব্রেরীয়ানশিংকী মরমদা ইবা মেগাজিন অমা ওইখি।

ইউনিস্কো লিংথৎত্রিবৈগী মমাংদা এলাইড এডুকেসন মিনিস-টারশিংগী কনফরেন্স (Conference of Allied Education Minister) অমা তৌখি। মতুংদা দেশ অমদগী অতোপ্পা দেশ অমদা লাইরিক থাবদা লৌবা খাজনা (Tariffs) অদু থিংবা চুম্মী হায়না লেপ্পখি। অদুগী মতুংইন্না শোক ১৯৫২ গী মেগী তাং ২১ দা ইউনিস্কোনা এগ্রিমেন্ট অমা তৌখি। মসিগী মতুং ইন্না লাইরিক সাইন্সকী থুংশু-থুংলাই (Scientific apparatuses) ফিলম স্লাইডস (Slides) রিকোর্ডীংস (Recordings) অসিনচিংবা পোৎশিং অসি দেশ অমনা অতোপ্পা দেশ অমদগী পুশিল্লকপদা খাজনা (Duty) লৌবা অসি থিংবা তাখি। মথক্তা হায়খিবা পোৎশিং অসি রিকোগনাইজ লাইব্রেরী মিউজিয়ম অমসুং অতৈ রিকোগনাইজ ইনষ্টিটুসনশিংনা দেশ অতৈদগী লৌবা মতমদা খাজনা (Duty) কোকনি অদুগা অতৈ মী নৎরগা ইনষ্টিটুসন-শিংগী থাদি এগ্রিমেন্ট অসিদা য়াওদে। মথক্তঃ হায়খ্রিবা এগ্রিমেন্ট অসি মসৈথংদা পৃথিবীগী দেশ কয়ানা সহি তৌখি। ইউনিস-কোগী চাওরবা লাইব্রেরী অমা লৈ। লাইব্রেরী অসিগী থবক্ত মদি অসি থোক্না থাইদোকই— ১। দেশ অতৈগী লাইব্রেরীশিং অমসুং লাইরিকশিং অদুগী মরমদা বিব্লিওগ্রাফী কোংবা; ইউনিস-কোগী সেক্রেটারিয়েট অদুগী মুমিৎ থুদিংগী থবক্তা লাইব্রেরী

লুবা ওইবগী থবক তৌত্নবা মতেং পাংবা, লাইরিক রাইথোক্ রাইশিন তৌহনবা অসিনচিংবা অমসুং ২। সাইটিফিক কো-ওপরেসন ওফিসশিং অমদি টেক্নিকেল এসিস্টেন্স মিশনশিংবু মতেং পাংবা অসিনচিংবা। শোক ১৯৫৮ দা লাইব্রেরী অসিদা লাইরিক ২৯০০ অমসুং মেগাজিন ৩০০০ লৈরম্মী।

## লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান্দা শিজিন্নবা ৱাহৈ খরগী অর্থ

### A

Abbreviated Catalogue Card—অশম্বা কার্ডকী কেটেলোগ খরা মরু ওইদবা অহেনবা কার্ডমা শেম্বা কেটেলোগ (An added entry card giving less information than the main Card).

Abridgement অচৌবা লাইরিক অমদগী শিন্দোক্লুনা হান্নদগী মরুওইবা ৱাফম হোংদোক্লনা ইবা লাইরিক মচা।

Abstract—লাইরিক নত্রগা পামফ্লেট নত্রগা আর্টিকল অমগী মরুওইবা ৱাফমশিং অহুগী শমল্লা ৱাৱী (A brief summary that gives the assential pointes of a book or pamphlet or article).

Abstraction—লাইব্রেরীগী লাইরিক মথল থাইদোকপদা মান্ন মান্নবা লাইরিক পুনশিনবা অমসুং মান্নদবা লাইরিকশিং অহুবুনা তোত্তানা থম্বা-অসিগুম্বা থবক।

**Accession record**—লাইব্রেরীদা লৈরিবা লাইরিক মেগাজিন চার্ট অসিনচিংবা পোংফিং অদু চঙশিল্লিবা লাইরিক ( A register for recording books, pamplets, magazines, charts and other materials of a library).

**Adaptation** হান্নগী লাইরিককী শেমদোক শেমজিন তৌদুনা হৈনৌ নৌনা, অতোপ্পা মরম অমগীদমক্তা ইথোক্লবা লাইরিক (A book which has been re-written or remodelled usually to fit it for some special purpose or for a class of readers different from that for which the author originally wrote it).

**Added** class entry—ক্লাসিফাইড কেটেলোগতা য়াওবা লাইরিক অমগী মরম খরা হেন্না থংহল্লিবা কেটেলোগকী শরুক অমা।

Added copies—লাইব্রেরীদা লৈরিবা কয়েকুবা লাইরিক অমগা চপ মান্নবা, অহেনবা লাইরিক (Duplicate copies of the same book already in the Libray's book stock).

**Added** edition—লাইব্রেরীদা লৈরিবা কয়েকুবা লাইরিক অমগা মান্নবা ( অদুগা ইডিসন নত্তবা মান্নদবা ) অহেনবা লাইরিক ( A copy of a book already in the stock of a library but in a different edition).

**Added** entry—করাদি মরুওইদবা লাইরিক অমগী মরম ইরিবা কেটেলোগকী শরুক অমা।

Added title page—লাইব্রিক অমগী অকোক্তা লাইব্রিকগী মুখিং থাবা লামাই অমদগী হেন্না লৈবা য়াই। কেটেলোগ তৌবা মতমদা শিজিন্নবা মরুওইবা লামাই নৎতবা লামাই অদুবু Added title page কৌই।

Addition list হায়রবা লাইব্রেরীদা লৈরবা লাইব্রিকী মথক্তা অতৈ অনৌবা হাপচিল্লকলিবা লাইব্রিকশিংগী লিষ্ট।

Adjustable shelf—শেমদোক শেমজিন য়াবা (য়াংখৎহনবা অমসুং হেনথহনবা য়াবা লাইব্রিক হাপ্নবা উপুগী খায়া, থাক। লাইব্রিক অমা লাইব্রেরীদা থুংলবা মতমদা Adjustable shelf তা ইন্নায় লাইনা শমজিনবা য়াই।

Advance copy—লাইব্রিক অমা কোংবা হায়বসি মহৌশানা অককনবা তারিক অমদা কোংঙি অদুবু ছাপা তৌবা হেক লোইবগা থাজেশেংমা কোংগদৌরিবা তারিক অদুগী মমাংদা কোপী অমা ছাপা তৌরবা কোপী অমা) রিভিউগীদমক মক্রগা নোটিশ তৌননবগীদমক প্রেশতগী মপান্দা থাদোকই। অসিগুম্বা কোপী অসিবু Advance copy কৌই।

Agate line—এডভরটাইজিং কলমগী মখুং ওনবগী পাদম (A standard of measurement of advertising columns) Agate line ১৪ গা ইঞ্চি অমগী কলমগা মাপৌ

Above—হিব্রেবী লাইব্রিক থক্কম মমাক্তা ককলাং মরাদা লৈবা অহাংবা লাইব্রিক পাকম লম মচেৎ অমা।

**Alphabetical rubject catalogue** - বিষয়গী মমিংশা [illegible] ইবা অমসুং লাইরিক ময়েকী মথং মনাও মতুং ইন্না শেম্বা কেটেলোগ অমা।

**Alpha cellulose content** চে শামবগী মচাক অদু করম্বা চামথোকনি হায়বা নিয়ম তাকপা।

**Alternative title** – লাইরিক অমগী মমিং অমি থোনবা য়াই। অহানবা মমিং অদুবু মরু ওইবা মমিং (Main titl·) কৌই অদুগা অনিশুবা মমিং অদুবুনা মিংমচা (Sub-title) কৌই। লাইরিক অমগী কয়া মরু ওইদবা মমিং মচা অদু মতুংগা or হায়বা বাহৈ অসিনা মমাং থামা ই। খুদমদি Twelve nights or what you will.

**Ambiguous title**—লাইরিক অমগী মমিংগী বাহৈ অদু শেংদবদি হায়বদি অর্থ য়াম্না লৌবা য়াবদি অসিগুম্বা মমিং অসিবু Ambiguous title কৌই। করিগুম্বা লাইরিকী মমিং অদুগী অর্থ অদু শেংদবা য়াওই অমসুং মমিং অদু পাবগা লাইরিক অদু অতোপ্পা, লাইরিক অদুদা য়াওদবা বিষয় অমগী মরমদা ইবগুম্না ঐথোয়না খল্লি। অসিগুম্বা লাইরিক অসিগী মমিং Ambiguous title কৌই।

**Americana**—আমেরিকা অমি (খা অমসুং অবাং আমেরিকা, গী মরমদা ইরিবা অমসুং মকম অসিদা ছাপা তৌরুবা কোংলিবা মতুংগা আমেরিকাগী মীশিংনা ইবা লাইরিক।

মসিগী মিং অসি লম অমি অসিনা চাওখৎপা হৌরকপগী মতম অচুবাইদা ইখিবা লাইরিকশিং অচুদতা থোল্লি।

Anagram বাহৈ মক্রগা বাহৈ পরেং অমগী মরেকশিং অচু মকম ওহোক ওনশিন ভোনা ইরগা অতোপ্পা বাহৈ মক্রগা বাহৈ পরেং অমা শেম্বা; অসিগুম্বা বাহৈ মক্রগা বাহৈ পরেং।

Anglo-American Code—কেটেলোগ ভোবগী নিয়ম মথল অমা।

Ariline process উইলিয়াম উইলিস ( William Willis ) কৌবঃ মিপা অমনা শোক ১৮৬৪ দা হৌদোকখিবা ফোটো নম্বগী নিয়ম মথল অমা।

Anonymous book—লাইরিক লেংশিবা (ইরিবা) মী অচুগী মমিং থাদবা লাইরিক

Anopistographic block book—লাইরিক অমগী চেনাগী লামাই অমত্তদা উনা শাবা ছাপা ময়েক্লা নম্বা লাইরিক।

Anthology—ভোতান ভোতানবা লাইরিকশিংদগী শরুক থরা থরা লৌখোকলগা শেমলিবা (ইরিবা) লাইরিক।

Aristronym—অচৌ অশাংবা মী অমগী উপাধী অচুবু শাগেগী মিং ওইনা শিজিন্নরবদি উপাধী অচুবু Aristronym কৌই।

Art canvas—লাইরিক মথুম পামবদা শিজিন্নবঃ কি মথল অমা।

Art vellum—লাইরিক মথুম পান্নবা কি মথল অমা।

As new—লাইরিক অমম্বা (মোমবগীদমক লাইরিক অদুগী হিচম Physical condition) তাকপা।

Attributed author—লাইরিক অমগী অশেংবা অইবা মী অদু-মখক খংত্রবা মতমদা কনাগুম্বা নিপা অমমা ইবনি হায়ব-রবনি অসিগুম্বা নিপা (ময়াম্না মানা ইবনি হায়মরবা নিপা) অসিবু Attributed author কৌই।

Author catalogue—লাইরিক ইরিবা মী অদুগী মিংগী মরোং মখং মনাও অদুগী মতুং ইন্না হান্না হৌদুনা শেমগা কেটেলোগ। অসিগুম্বা কেটেলোগ অসিগী মনুংদা ইডিটার, ট্রান্সলেটার মচিংবগী মিংনা হান্না হৌদুনা ইবা এডেড এন্ত্রিসু য়াওই।

Author's copy—লাইরিক কোংলিবা মী অদুনা লাইরিক ইরিবা মী অদুদা মানা মরম্মাই য়েংজনবা পিবা লাইরিক অদুগী কোপী।

Author's corrections - প্রুফ রিডিংগী মতাংয়ৌরকপদা লাই-রিক ইরিবা মী অদুনা হাপচিল্লিবা অমোবা মচাক। Author correcties গা printer error's গা মান্নদে।

Author's edition—লাইরিক লেংলিবা মী অমনা তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিং অদু পুল্লপ পুন্সিন্দুনা লাইরিক অম্মখক্তা ওইনা কোংলরা অদুগা অদুগা কোংলিবা লাইরিক অসি অপুনবা মমিং অমা থোন্নবদি লাইরিক অদুবু Author's edition কৌই।

Authority file—কেটেলোগ তৌবদা ইহান হায়না ইগদবা বাহৈশিং অহুগী লিষ্ট।

Autonym—লাইরিক ইবিব মী অহুগী থাহৈশিংবা মিং। Pseudonym হায়বা অসিমা শাশিন্নবা লেংদবা, মী হায়বনি।

Authorised edition—লাইরিক ইবিবা মী অহুনা কনাগুম্বা অত্তোম্না মী অমদা লাইরিক অহু কোং থোংপগী থবক শিন্নখুবদি লাইরিক অহুবু Authorised edition কৌই।

B

Back—লংনা ফাবিবা লাইরিকী নাকল (The shewn edge of a book)।

Back lining—লাইরিকী Back তা থপলিবা কি নক্রগা চে নক্রগা অতৈ মচাক।

Back up—লাইরিক অমগী চেনাগী লামাই অমা ছাপা মখা লোইরগা অত্তোম্না লামাই (অহানবা লামাই অহুগী মজম) অহুদা ছাপা অদুক মখা।

Backing—লাইরিক অমবু লোংথোক্না কাক্কোকপা (Binding over the folds at the back of a book)।

Basil—যাওগী মউন্দগী শেমদোকনবা অউন কবল অমা।

Bed - ছাপা মথবা বেতিন অমগী মকক অমগী [illegible] ।

Bible paper—অতোবা অপাবা মসুং কাওবা। চাবা কর্বা চে মথল অমম।

Bibliothetical classification—লাইব্রেরীগী উপুল নৈবা লাইরিকশিং অদু মকম চাবা য়েংহুনা তোপ্পা তোপ্পা থমহুবা মথল থাইদোকপা।

Bifurcate Classification— মসিবু Dichotomy হায়নসু খংনৈ। মথল থাইদোকদোরিবা বিষয় (subject) অদু অনি অনি থোক্লা থাইদোকপা।

Binder's title—লাইরিকী মথমদা লাইরিক অদুগী শমলপ্পা থারিবা মমিং।

Binding book—লাইরিক কাবা মীদা ফাগদবা লাইরিক পিখিবশিং অদু ইশিন্নবা রেজিষ্টার।

Biobibliography—তোভাব তোভানবা মীশিংবা ইবা লাইরিকশিংগী লিষ্ট (লাইরিকশিং অদুগী শমলপ্পা বারীসু য়াওবা)।

Biogr.phee—Biography গী লাইরিক অমগী সবজেক্ট। ঐগী পুন্সিগী মরমদা কনাগুম্বা অমনা লাইরিক অমা ইরবদি ঐ অসি Biographee ওইরে। লাইরিক ইরিবা মিপা অদুনা Biographer হায়না খংনৈ।

Block book—উমা পাবা ছাপাখা নবা লাইরিক (থাইনা মমাংনৈ নৈনবা [illegible])।

**Block print**—উনা শাখা ছাপা।

**Board**—লাইরিক মখুম পানবদা হাপ্পা উপাক অপারা (মসি লাইরিক অহুগী মখুম অহু লিংহন্নবগীদমক্তনি)।

Board label—লাইরিক মখুমগী মথুংথংবা ময়াইদা লাইরিক অহুগী মপু কনানো হায়বা অহু তাক্লনবা হায়দুনা চে মচেৎ (Label) অমা হাপ্পী। মসিদা লাইরিক অহুগী মপুগী মরমদা বা খর ই। মসিবু Board label কৌই।

Bold face—ছাপাগী ময়েক (Type) মুখল অমা (মসি মমাই থরা থায়)।

**Bone folder**—মায়া শাংবা, ইকি অমরোক পাকদা অপাবা খল্ল মতেক অমা। মসি লাইরিক কাপ মীশিং (Binders) না চে থুপতোক থুপচিন তৌবদা শিজিন্নৈ।

Book bin—লাইব্রেরীগী লাইরিক পিথোক-পিশিন তৌকমদা লৈবা ডেস্ক (Desk) অহুগী শরুক অমা। মকম অসিদা লাইরিক পাইবা মীশিংদা পিথোকদৌরিবা লাইরিক মক্রগা হন্নকপা লাইরিক অহু মতম থরগীদমক চে ইথোক ইশিন তৌবা লোইচিন্নবা কাওনা থম্মী।

Book card—চে অথাবা মককদা শেম্বা, লাইরিক অমগী মরম ইরিবা পোৎ অমা। মসি লাইরিক অমগী মমুংদা হাপ্লুনা থম্মী।

থম্বগী মওংদি—বুক পোকেট হায়দুনা চেনা শাবা খাও মচা অমা লাইরিক মথুমগী মনুংথংবা মনমদা নপুনা য়াওরি। খাও অসিগী মনুংদা বুক কার্ড অসি হাপকদবনি।

Book cloth—লাইরিক মথুম পানবদা শিজিন্নবা থৌওইবা শাববা ফি মখল অমা।

Book end—লাইরিক হাপকমগী উপুগী খারাদা লৈরিবা লাইরিকশিং অচু চুম্না (upright) লৈহন্ননবগীদমক্তা শিজিন্নবা লোখোক লৌশিন য়াবা পোৎ অমা। মসি তাকলৌ অমনি অমসুং ভোঙান ভোঙানবা মওংদা শাবা য়াই।

Book lift—মখোল খরা লৈবা দলান অমদা লৈরিবা লাইব্রেরী অদুগী লাইরিকশিং অদু দলাম মপোল অমদগী মখোল অমদা পুখৎ-পুথ ভোনবা হায়দুনা শিজিন্নবা মেচিন মখল অমা।

Book rest—উনা শাবা, কাকতোকলিবা লাইরিক অমা পাবদা মুংহাইনবগী মওংদা থম্বা য়ানবা শেমলবা পোৎ মখল অমা। মসিগী মথক্তা কাক্তোকলিবা লাইরিক অদু থমগনি।

Book tray—উনা শাবা, লাইরিক য়াম্না হাপুনা পুবা য়ানবা শেমলবা পোৎ মসিদা লাইরিক হাপ্লগা পুনা পুগনবনি।

Book trolley—লাইরিক হাপলগা ইন্দুনা পুবা য়াবা মখোং চাকা মচা পানবা গাড়ী মচা অমা। মসি ফুরিৎ ফুনবা মেচিন (Sewing machine) য়াম্না মান্নি। মসি তৈরিভবা

মাইকৈদা ঈনবা য়াই। অদুগী মতুংইন্না চাকা মচাশিং অদুম্ম মনাই ওল্লি। অচৌবা লাইব্রেরীশিংগীদমক্তদি মসি য়াম্না কায়ে।

**Book trough**—মেজ মথক্ত, লাইরিক হাপ্তুনা থম্মনবা রেক (Reck) মথল অমা।

**Book worm**—লাইরিকা মথুল হুক্তুনা, চে চাবা তিল মথল অমা। চেল অসিনা চেদা লৈতেনা, গম (Gum), গ্লু (Glue) শিংবা লাইরিকা। পকলিবা অদুম্ম চাই।

**Bound-withs**—হায়রা তোঙান তোঙান কোংস্ব. লাইরিকশিং অদু মমেথংদা পুন্নপ ফাজন্দুনা লাইরিক অমত্তা ওইনা কোংলবদি, পুনশিন্দুনা কোংলিবা লাইরিক অদুবু Bound-withs কৌই। মসিগী মাহৈ অসি কেটেলোগ তৌবা মীশিং (Cataloguers) তন শিজিন্নৈ।

**Bowdlerize**—কবিশুবা লাইরিক অমদা য়াওরিবা কেয়া নৈবা য়াখিলবা মাহৈ নত্রগা মাহৈপরেংশিং অদু য়াওহনবা (ককথৎতুনা) লাইরিক অদু অমুক হথোকপা।

**Bracket shelf**—লাইরিক হাপলিবা উপুগী থাম্না অদুমা তোপশিন্নকপা অহেনবা শরুক থম্না অসুম্না হেন্না তোপশিন্নক-লিবা উপু থাবা অসি লাইরিক-লাইশু উৎনবগী...।

**Brayer**—হাপা মথা মীশিং Printers) না শিজিন্নবা রোলার (Roller) মথল অমা।

Brochure—ছাপ। তৌরবা চেনা খরদনা শাবা পম্বল থামবা লাইরিক মখল অমা। মসি চুন্না লাইরিক অমবু ফারিবা অদুগী মওংদা ফাদে। লং অমনা লাইরিক অদুগী চেনাশিং অদু অমুক্তদা পরেং ওইনা হেক্তা লেংশিল্লি। মসি ফ্রান্সগী বাহৈ Brocher (to stitch) হায়বা অদুগী য়োকখৎকপনি।

Broken order—লাইব্রেরী অমদা লৈরিবা লাইরিকশিং অসি কয়িগুম্বা মখল খাইদোকপগী নিয়ম অমগী মতুংইন্না উপূগী থাক্লাশিং অদুদা মথং মনাও নাইনা শিন্দোক্তুনা থম্বা ঙাক্তনি। অদুবু অসুম হায়না মথং মনাও নম্বরগী মতুং ইন্না শিন্দোক্তুনা থম্বা অসি কয়িগুম্বা মতমদা ফাইরকপা য়াওই। য়াম্না চাওখা, লৈরিবা উপূশিং অদুদা হাপ্পা চন্দবা লাইরিক থরা লাইব্রেরীদা লৈরবদি, মখোয়শিং অদু হাল্লগী লাইরিক মচা ময়ামগী মরক্তা থম্বা য়াম্রোই। অদুনা অসিগুম্বা লাইব্রেরীদা থুংলবা কা হেন্না চাওবা (over size) লাইরিকশিং অসি অত্তোপ্পা উপূ অচৌবা অমদা হাপ্পা তাই। অসুম্না লাইরিকা লৈকম ফাইরকপগী (মথং মনাও নাইনা থম্বা কাইরকপা) মওং অসিবু Broken order কৌই।

Bucket—লাইরিক হাপ্তুনা পুনবা পাড়ী মখল অমগী শিরুক। ১৮৯৮ মরক্ত অসিদা পুযোকখিগদবা লাইরিকশিং অদু-হায়রিবা

Bulk—লাইরিকী অথাবা ( thickness of a book ).

Burin -মপা হক-খোংতুনা তৌরিবা মী অমনা শিজিন্নবা ...ুংলাই মখল অমা

C

Cadastral map—স্কেল য়াম্না চাওনা য়েকপা মেপ। মসিনা লমগী মপু অমসুং লমগী মমল তাকই। অসিগুম্বা মেপ অসি খাজনা কয় লৌবা য়াবগে হায়বা বাকম লেপথোকনবগী-দমক য়াম্না কান্নে।

Calendar—থোকখিব থোদোকশিং ইশিল্লিবা চে। থোদোকশিং অসি ইবদা তারিকসু য়াওনা ই, হায়বদি থোদোক থোক-খিবগী তারিকশিং অদু মগং মনাও নাইনা ই।

Calendered paper—অশাব রোল্লর অমনা কন্নবা অমদি নান্নবা হায়দুনা তকংবা চে।

Calf—শনাওমচাগী মউন্দগী শেমলবা শউন মখল অমা (A kind of leather made from calfskin).

Call No.—লাইব্রেরী অমগী লাইরিকী নম্বর। লাইরিক বাল্লবিংবা অমসুং প্যানিংবা মীশিংনা Call No. পন্দুনা লাইরিক তানগনি অদুগা লাইরিক থিরিবা লাইব্রেরীগী মীশিংনসু Call No. য়েংদুনা লাইরিক থিগনি।

Calligraphy—ছাপাগী মহুত্তা খুৎনা য়াম্না ফজনা ইবগী শিল্প।

Cancel—লাইরিক অমা নম্বগী প্রুফ রিডিং তৌরিবা মতুংদা

অন্নানবা য়াওবা চুমথোকলবা ছাপা নমলবা চে মচেৎ অমা লাইরিক অদুগী মমুংদা হাপচিল্লি মসিগী চে মচেৎ অসিবু Cancel কৌই।

**Canon** থাইনা Type পু canon হায়না কৌনরম্মী। (Type হায়বদি লাইরিক ময়েক্কী ছাপা হায়বনি)।

**Capsa**—লাইব্রেরীদা শিংজিন্নবা উপু মথল অমা। মসিদা বোল্লয়ময়াম চুম্না চুম্না থম্বা য়াই।

**Card** Cabinet—কার্ডনা শেম্বা কেটেলোগ হাপ্পবা উপু। উপু অসিগী মমুংনা শৎতোক শৎচিন তৌবা য়াবা থাক্না (Shelf) য়াম্না পাল্লি। Shelp শিং অসিদা Card হাপ্পী। অসিগুম্বা উপু অসি য়োৎনা নক্তগা উনা শানৈ।

**Card** Catalogue—Card না শেম্ব কেটেলোগ।

**Carrel**—লাইব্রেরীগী মী অমত্তনা লাইরিক পাবা য়াবা কা মচা অমা।

**Cartographer entry**—কেটেলোগতা মেপ য়েকপা মী অদুগী মমিংনা হাপ্পা ইরিবা শরুক।

**Cartridge paper**—অরিংবা (কনবা) কয়া নান্নবা চে মথল অমা। মসি মথল অনি লৈ— (1) Industrial Cartridge অমসুং Drawing cartridge. Drawing cartridge হায়বা অসিমা কি লেগাই তুগাইবদগী শাবা চেনি অদুগা Industrial cartridge না বা নক্তগা উগী মশিং অকুপ্প-

দগী শাবনি। মখল মখা অয়াম্বা মচুগী Cartridge paper নৈ।

Case binding—লাইরিক অমগী মথুম অদু তোঙাম্না শেম্বা য়াই। অদুগী মতুংদা লাইরিক অদুগা কাজিনমিন্নবা য়াই। অসিগুম্বা মথুম পানবা অসিবু Case binding কৌই।

Cast off—খুৎইগী লাইরিক (Manuscript) অমা ছাপা তৌবদা লাইরিক কয়া চাঙবা অমা থোকদগে হায়দুনা পাবা।

Cast up—লাইরিক অমা ছাপা তৌনবগীদমক ছাপা মরেক-শিং অদু পুনশিনবদা (Composition তৌবদা) শেল কয়া চংগদগে হায়দুনা পাথোকপা।

Catalogue raisonne—Subject কী মতুংইন্না মথং মথাও নাইনা শেমবা কেটেলোগ মখল অমা।

Catch letters Reference book হায়বদি Dictionary গুম্বা লাইরিক অমগী লামাইশিং অদুগী মথক্কী লামাইশিং ইবা লাইরিক ময়েক খরা। ময়েকশিং অসিনা লামাই অমদা য়াওবা ৱাহৈশিং অদু করম্না ৱাহৈনা হৌরা মরুপগা লোইরো হায়দুনা উৎলিবা।

Catch word—লামাই অমগী অরোইবা ৱাহৈগী মখাদা ইরিবা ৱাহৈ। ৱাহৈ অসি মথংগী লামাইগী ইহান হাঙ্বা ইবা ৱাহৈনি হায়বা খংবে।

Central shelflist—লাইব্রেরী ময়ামগী মথক্কা নৈরিবা লাই-

Charge—(১) লাইব্রেরীদগী রাইরিবা লাইরিক অদুগী মরোল লাইব্রেরীগী রিকোর্ডতা ইশিনবা, (২) অসুম হায়না ইশিন্না-নবা রিকোর্ড।

Chemical wood—চে শানববগীদমক উ চপথাইগা 'লোবা উগী মশিং।

Chinese paper—অপোৎপা, অপাবা, নাপু মানবা চাইনাদা শাবা চে মশল অম। মসি বা মশিংদগী শাবনি।

Chinese style—লাইরিক অমগী য়াৎখাইনবা চেনা অনিগী মপান থংবা লামাই অনিদা ছাপা তৌবা। মখুংগী লামাই অনি অদুদি ছাপা তৌদে।

Chrestomathy—মী অমনা ইবা লাইরিক থরগী মতুংদা ভোভাম তোভানবা মী খরনা ইবা লাইরিকশিং অদুগী শরুক খরা লৌখোকলগা ইবা লাইরিক। অসিগুম্বা লাইরিক অসি লোল তম্নববগীদমক ওইনা তৌবৈ।

Chrysography—সনা মচু মানবা ছিদাক শিজিন্নদুনা ইবা।

Closed shelves—লাইব্রেরীগী লাইরিক হাপ্পা মী মরামনা পাইবা নত্রগা চংদুনা য়েংবা য়াদবা উপু।

Cloth joints—লাইরিক মখুংগী চেনা মরক্তা চেনাশিং অতু করনবা হাপ্তুনা শিজিন্নবা ফি।

Codex—খাইনা মমাংঙৈদা লৈবদা চা (wax) তৈশিনবা উ মকক কোখ্যনত্রগা নুভগী কাঙোয় নত্রগা থাকুনা শাবা কোয়রোক কোইবা

মপাক। অসিগুম্বা পোৎ অসিদা লাইরিক ইরম্বী। মমৈ থংদা Codex হায়রগা খুৎনা ইবা চে ময়াম পুনশিল্লগা লাইরিকী মওং মাম্না শেম্বা লাইরিক অদুবু থংনবা হৌখি।

Cole size card—লাইরিকী পাকপা চাওবা ওননবা চে মকক।

Collation—লাইরিকী পাকপা, বাংবা অমসুং চেনা মশিং উৎলিবা কেটেলোগতা য়াওবা মকম অমা

Collective title—তোঙান তোঙানবা লাইরিক থরা পুনশিল্লগা শেমলিবা লাইরিক অদুগী মমিং।

Colon classification—ডাক্তর এস: আর: রঙ্গনাথন কৌবা ভারতা লৈবা নিপা অমনা হৌদোকখিবা লাইরিক মথল থাইদোকপগী নিয়ম মথল অমা। ডা: রঙ্গনাথন অসি হৌজিক ভারত সরকারগী নেসেনেল রিশার্চ প্রোফেসার (National Research Prof ssor ওইরি। মহাকী মথৌদি লাইব্রেরীগী বিজ্ঞান (Library Sceince) অসি চাওখৎনবা রিশার্চ তৌবদা লমজিংবা পিবনি মহাক অসি পৃথিবীগী অকাওবা লাইব্রেরীগী মরমদা চাওখৎনবা থবক পুখৎলিবা মীশিংগী মনুংদা অমনি।

Colophon—খাইনা মমাংদৈদা ইহান হান্না ছাপা নমদুনা পুথোকখিবা লাইরিকশিং অদুগী মমৈ অয়োইবদা, লাইরিক ইরিবা মী, লাইরিক কোংবগী তারিক অমসুং লাইরিকী মখিদোকচিংবা অদুগী মরম ইদুনা হাপ্পরম্বী। অসিগুম্বা মরম লাইরিকী

অয়োইবদা হাপ্পা অসিসু Colophon কৌই। হৌজিক্তি মসিগী নিয়ম লৈত্রে।

Compendium—অচৌবা লাইরিক অমগী মরুওইবা মচাক লৌথোকলগা শমজিন্না ইরিবা লাইরিক।

Compiler —মথল মথা অয়াম্বা লাইরিক্লগী মচাক লৌথোকলগা ল'ইরিক অমথক ইরিবা মী অদুবু Compiler কৌই। ("One who produces a single work by collecting and arranging written or printed materials from various sources".)

Compose লাইরিক ময়েকী ছাপা ময়াম অদু পুৰশিনবা (লাইরিক নমিত্রিবৈগী মমাংদা)।

Compositor—ছাপা ময়েক লেংশিন্দুনা শেমলিবা মী।

Composite author – লাইরিক অমা লেংবদা য়াওরিবা মী। মী খরা পুন্নগা লাইরিক অমা লেংবা য়াই। অদুম্বা পুন্নিবা মী থুদিংমকপু Composite author কৌই Joint author গা Composite author খেৎনৈ। লাইরিক অমদা য়াওরিবা Composite author গী শরুক (মানা ইজবা শরুক) অদু তোপ তোপ্পা মাগীনি হায়বা খংই। Joint author অমনা লাইরিক অদুগী করম্বা শরুক ই হায়বা অদু খংবা ঙমদে।

Composite work—Composite author না ইবা লাইরিক।

Compound name—১ মক্রগা ২ দগী হেনবা মীগী পুন্নপ পুনবা মমিং। অসিগুম্বা মিং অসি কেটেলোগ তৌবা

মতমদা খুদোং য়াম্না চাদে। অদুবু খুদোং চাগ্রিবা অসি কোক্লবা তোঙান তোঙানবা নিয়ম শেমলে।

Co-operative Cataloguing—তোঙান তোঙানবা মরি লৈনদবা লাইব্রেরী খরনা পুনশিল্লগা শেম্বা কেটেলোগ।

Copy edit—খুৎকগী লাইরিক অমা প্রেসতা পিদ্রিঙৈগী মমাংদা চেক (Check) তৌবা হায়বদি মুন্না অমুক য়েংবা।

Copy fitting—ছাপা নমগদৌরিবা খুৎই লাইরিকী মাহৈ অমসুং মাহৈ পরেং অদু কাইদনা ছাপা তৌবা য়াননবা ছাপা মরেক্কী Size শেমদোক শেমজিন তৌবা।

Copy holder—Proof reader দা নমগদৌরিবা কোপী অদু পাথোক্লুনা তাহল্লিবা মী (Assistant)।

Copy right—লাইরিক লেংলিব মী অমনা মগী লাইরিক অদু মাতিনা ফোংবা য়াবগী Right। মসিগী Right অসিগী মতুংইন্না কনাগুম্বা মী অমনা ইরিবা লাইরিক অদু অতোপ্পা মী চপ মান্ননা কোপী লৌদুনা য়োনবা নত্রগা ফোংবা য়াদে। কনাগুম্বা মী অমনা Copy Right থুগাইরবদি আইনগী মতুংইন্না মহাক্কী মগক্তা কেশ তৌবা য়াই Copy right কা Patent গা খেৎনৈ। Copy right কী পোৎ (লাইরিক নত্রগা আর্টিকল নত্রগা রিপোর্ট) অদুদগী লৌথোকলবা ৱাখল অদু কনাগুম্বা মী অমনা শিজিন্নবদা থিংবা লৈতে অদুবু অসুম হায়না লৌথোকলিবা লৌশিং নত্রগা ৱাখল

অদু শন্দোকপদি য়াদে। (Material form দা শন্দোকপা য়াদে) Patent কী পোৎ (Patented article) শিজিন্নবিবা মী অদুনা অকক্নবা মতম খরগীদমক মহাক্না পোৎ অদু শিজিন্নবদগী ফংলকলিবা জ্ঞান অদু শন্দোকপা য়াদে।

Copyright date লাইরিক অমা Copyright Registration তৌবগী তারিক। Copyright date অসি মহৌশানা লাইরিক্কী মমিং থাদিবা লামাই অদুগী মন্নুংগী মনমগী লামাইদা থাবৈ

Corner—লাইরিক মনমগী চিথেক।

Corner mark Card Catalogue কী য়েৎথংবা মথক্কী চিথেক্তা ইরিবা অদু। চিথেক অসিদা Translation মচিংবগী মমিং ই।

Corporate authorship—মী অমথক্না ইবা নৎতবা। সরকার নত্রগা সোসাইটী—নত্রগা ইনষ্টিটুসন্না লাইরিক অমা থোকহনবা (Produce তৌরবাদ লাইরিক অদুবু Corporate authoship কী লাইরিক হায়না থংনৈ।

Cottage style —Charles II গী লাইরিক লাইশু ফাবা (Binder) Samuel earue কৌবা মিপা অদুনা হৌদোকলম্ব লাইরিক মথুমদা লৈতেংবগী Style মথল অমা মিপা অসিনা মহাক্না ফাবা লাইরিকশিং অদুগী মথুমদা ককলাং অতুম্বা মান্না য়েকলম্মী।

**Counter**—ছাপা তৌরবা লাইরিক ময়েক অমগী মন্নুংদা লৈরিবা চে অতোবগী শরুক।

**Countermark**—শকাক্ ১৮শুবা মতমগী চেদা য়াওরবা water-mark।

**Crash**—লাইরিক মথুম পানবদা লাইরিকী মমম (Spine) কয়নবা হাপ্পা লশিংগী কি মথল অমা।

**Credit line**—Photographer নত্রগা Artist নত্রগা লাইরিক লেংবা মী অমগী মমিংনচিংবা ভাকলিবা মকম। লাইরিক অমগী মনুংদা য়াওরিবা Photograph, Map, Illustration অচু কনাগীনো হায়বা মপু খংহন্নবা ইরিবা অদুবু Credit line কৌই।

**Crown**—ছাপা তৌনবা ইঞ্চি ১৫ পাকপা অমসুং ইঞ্চি ২০ শাংবা চে। Double Cover হায়রগা ইঞ্চি ২০"×৩০" চাওবা চেবু খংনৈ। Crown folio হায়রগা Crown গী চেগী শরুক অমা চাওবা চেবু খংনৈ; Quarto হায়রগা Crown অমগী ¼ চাওবা চেবু খংনৈ অমসুং Octavo হায়রগা Crown গী শরুক ⅛ চাওবা চেবু খংনৈ।

**Cubook**—উগী খায়াদা লাইরিক কয়া হাপ্পা চনগদগে হায়দুনা শেলফকী পানম (Unit for measuring capacity of a book shelf) মথল অমা।

Cumdach—Ireland গী শিংগী বাইবেল অমা। Cumdach হায়রগা য়াম্ন কৈতেংশবা লাইরিক হাপ্নব উপু মথল অমবু খংবৈ।

## D

Dagger থবাক্সচাক মাংনবা খুদংগী মতুংদা শিজিন্নবা খুদম মথল অমা। + ।

Decimal classfication—লাইব্রেরীগী লাইরিকী নম্বর থাবদা (নত্রগা মথল থাদোকপদা) বিন্দু শিজিন্নবগী নিয়ম। মকুবা Melvil Dewey না তৌদোকপা লাইরিক মথল থাডোকপগী নিয়ম অদুবু Decimal Classification হায়না খংবৈ।

Deck—লাইরিক থংফমগী কা অমগী লৈমাই।

Dedication—লাইরিক অমগী মনুংদা লাইরিক অদু কোংবদা কনাগুম্বা মী অমগী মমংদা লমন তোল্লে হায়দনা ইরিবা অদু নত্রগা কনাগুম্বা মী অমগী মফমদা মেংলুকপগী নত্রগা মুংশিবগী বা ইরিবা অদু। Dedication অসি তেম্না ইবৈ অমসুং Preface কী মমাংদা হাপবৈ।

Delayed discharge—হাম্না লৌথিবা লাইরিকী Record কককথংপা ডাইদনা লাইরিক বাইবা মী অমবু অতৈ লাইরিক অমুকা লৌহনবগী নিয়ম মথল অমা।

**Destination slip**—লৈবদা ভাইরিবা অনৌবা লাইরিকী চেখা মরক্তা, মচিল খরা হেন্দোকহল্লগা য়েপশিন্দনা হাপলিবা চে মচেং। মসিনা লাইরিক অদু লৈবদা ভাইরিবনি হায়বা (মল্লগা থুংভবদা ভাইরিবনি হায়বা খংহল্লি)।

**Digest**—লাইরিক অমগী মচাক অদু লৌথোকলগা শমজপ্না ইরিবা অতোপ্পা লাইরিক।

**Directory**—মী নত্রগা organisation অমগী মমিং, লৈকম, থবকমচিংবা তাকপা লাইরিক।

**Discard**—লাইব্রেরীগী লাইরিক পক্ষমদগী শিজিন্নবদা কায়ত্রে হায়দুনা লৌথোকলবা লাইরিক।

**Display case**—উৎনবা লাইরিক হাপ্পনবা মথুম পান্দবা উপু (মল্লগা খারা)।

**Doctor blade**- Engraved plate অমদগী অহেনবা মুক লৌথোক্লনবা ছুরি মখল অমা।

**Documentation** ঈপাও, জ্ঞান-বিজ্ঞানমচিংবা খোমজিনবা, কোনবা অমস্তুং শন্দোক্লবগী থবক। Documentalist অমগী থবক্তি ঈ-পাও খোমজিনবা (মখল মখা অয়াম্বা subject কী) অমস্তুং মেগাজিন, বুলেটীন, পামফ্লেটনচিংবা কোংদুনা মী থুদিংমকপু শিংংনবা অসিনি। Librarian অমগা Documentalist অমগা ভিন্নম কয়াদা আরৈ।

**Dog-eared**—লাইরিকী চেনাগী চিথেক্তা থুপচিনবা মকং।

**Double-book** — চে পাং তংখাই অমদা ছাপা তৌবা লাইরিক।
মাসি য়াম্না চাওবা লাইরিক্নি

**Double crown**—চে পাং ৩০" শাংবা ২০" পাকপা চে পাং।

**Double dagger**— অহুমশুবা খুদম ( A third reference mark ); খুদম অসি (‡) নি।

**Double entry**—তোংচান তোঙানবা Subject Heading অনিগী মখাদা লাইরিক অমবু কেটেলোগ তৌবা।

**Double numeration**— লাইরিকী মমুংদা য়াওবা Figure নচিংবা মশিংথিবগী নিয়ম মখল অমা।

খুদমদি— Fig. 14·2 ।

মসিনা তাকপদি chapter 14 গী ২ শুবা Figure হায়বনি।

**Double spread**— মাইয়োক্নবা লামাই অনি। [ মরু ওইনা Advertisement তৌবদা মাইয়োক্নবা লামাই অনিমক্তা ইরিবা অদুবু Double spread হায়না খংনৈ। ]

**Doubtful authorship** অশেংবা লাইরিক ইরিবা মীশক চপচানা খংদনা প্রধান চাদবা মাশক থরনা ইবনি হায়না লৌনবা।

**Drier**—ছাপা তৌবগী মুক খুনা কংহন্নবা থিদাক মখল অমা।

**Dummy**—(১) করিগুম্বা ছাপা তৌগ্রিবা লাইরিক অমগী মহুৎ (Copy)। Dummy অসি ছাপা মমগনৌরিবা

লাইরিক অদুগা চপ মান্নবা কক্লুনা শেম্মী অমসুং ছাপা তৌবা লামাই অমসু য়াওই। মসিনা লাইরিক অদু মথক শেল কয়া চংগদবগে হায়বা অদু খংদোকপদা য়াম্না থুদোং চাহল্লি। (২) উন নক্রাগা অকৈ করিগুম্বা পোৎ অমনা শাবা লাইব্রেরীগী উপুদা লৈগৌবা, পুখোকখিবা লাইরিক অদুগী মহুৎ। মসিনা লাইব্রেরীগী উপুদগী মপান্দা পুখোকখিবা লাইরিক অদুগী মকম অমসুং মরম খংহল্লি।

**Dust wrapper**--লাইরিক মথুমগী নক্তা অমুক য়োমশিল্লিবা চেথুম। মসিগী মথক্তা লাইরিক অদুগী মমিং, অইবা মীগী মমিং অসিনচিংবা থাই।

## E

**Editon binding**—লাইরিক অমথক্তা কোপা য়াম্না লৌবগা চাং চপ মান্নবা ফাবা (Binding)।

**Editions file**—কার্ড (casd) ও শম্বা লাইব্রেরী অমদা হাপচিনগদবা লাইরিকী মমিংগী পরেং (A card list of titles to be added to the stock of a Library).

**Egg shell**—চে অশাবা অরোইবদা থাবা মচু মথল অমা।

**Elision marks**—বাহৈ অমা নক্রগা বাহৈ খরা চিৎথবে হায়বা খংননবা শিজিন্নবা বিন্দু অহুম। খুদমদি ...।

**Em**—লাইরিক নম্বা ছাপাগী মমাইগী square।

**Embossed book**—ময়েক মথৈ তোংখৎহন্দুনা ছাপা তৌবা লাইরিক।

বিষয়শিং অদু শিন্দোকই। হায়বদি পৃথিবীদা 'ইহান হাক্ল' হোদোকখিবা জ্ঞান অদুগী বিষয়শিং অদুনা ইহান হান্না ইগনি অদুগী মতুংদা মথৈথংদা হোদোকখিবা জ্ঞানগী বিষয়শিং অদু ইগনি।

Exhibition case—মিংশেলনা মমাই ওইবা লাইরিক থেন্নুনা থম্লমবা উপু মখল অমা।

'Extra' binding—য়াম্না থোইদোক হেন্দোক্লা মিংথিজনা লাইরিক ফাবগী মখল অমা। মসিগী মফা অসি খুৎ য়াম্না চংই।

## F

Ffabriano paper—মমল য়াম্বা, লাইরিক নমনমবা ইটালীদা ফংবা চে মখল অমা।

Facet—মমাই মক্রগা মওং। করিগুম্বা বিষয় অমগী মওং মক্রগা মমাই য়াম্না লৈবা য়াই। লাইরিক অমবু ঐখোয়না চাওরাক্লা মমাই মরি পাল্লি হায়না লৌবা য়াই খুদমদি :— লাইরিক ইরিবা মীগী মমাই (Author's facet), লোলগী মমাই, মওংগী মমাই অমসুং বিষয় অদুগী মমাই।

Facsimile—খুৎনা নক্রগা ছাপা তৌবা লাইরিক অমদগী শিনতোকপা চপ মাম্নবা লাইরিক। 'Facsimile' হায়বা অসি Reprint নত্তে। মসি photographic নত্রগা Lithographic process শিজিন্নদুনা তৌবা Reproduction নি।

False date—অরাবরা লাংরিক কোংবগী তারিখ ( লাইরিক্তা থাবা )।

Finding list—লাইব্রেরীগী কককনবা মকম অমদা লৈবা লাইরিকশিংগী List।

Flush—ওই থংবা বুংমা চিংবা পংতি (Lelf margin।

Flyleaf—End paper গা হেক থংনবা লাইরিক অমগী ইহাব হাবনবা অমসুং ইরোই লোইবা চেনাশিং।

Follow copy—ছাপা নমলিবা মীদু তাক্লবা চে। অসিনা ছাপা নমলিবা মী অদুবু লাইরিক ইরিমা মী অদুনা পাম্বা মতুং ইন্না বানানমচিংবা নিংখিনা লান্দনবা তৌগদবনি হায়বা তাকই।

Fugitive material—মশিং য়ামদনা ছাপা তৌবা মতম খরগী চনক্তা ওইনা কান্নবা মত্রগা সুংভাইবা পিবা লাইরিক। খুদমদি—মেগাজিন, পামফ্লেটস, প্রোগ্রামস অসিনচিংবা।

Full Cataloguing—লাইরিক অমগী মমিং লাইরিক ইবা মীগী মমিং, ইডিটার, কোলেলন, ইম্প্রিন্টমচিংবা য়াওনা কেটেলোগ তৌবতা নংতনা বিব্লিওগ্রাফিগী মরমনমচিংবা হাপ্তুনা কেটেলোগ তৌবা।



Generalia—Library science তা Knowledge অদি মখল মাগল থোক্না থাম্লাকই। মখল মাগল অসিগী অনুবা

চন্দবা শিখ্রংশিং অদুগী মখল (Class) অদুবু Generalia হায়না খংনৈ। Dictionary Almanacs Encyclopaedia Library science অসিনচিংবা অসি Generalia গী মথুং চল্লি।

Geographical sub-division—লমগী মতুংইন্না কনবিশুবা বিষয় অমবু মখল থাইদোকপা। খুদম্দি—ইউরোপকী ইতিহাস অসি ইউরোপতা লৈরিবা দেশ মরাম অদুগী তোঙান তোঙানবা ইতিহাস ওইনা থাইদোকপা য়াই।

Get out—লাইরিক কোঙবা কাংখুশিনবা লাইরিক অমা কোনবদা চংশিবা খংচ অদু হল্লিন্দ্রিবা ফাওবা য়োনখিবা কোপী মশিং।

Gift book—লেম্ন', নৈরুদনা কনাগুম্বা মী অমনা পিয়কপা লাইরিক।

Goatskin—হামেং মউন। মসি লাইরিক মথুম পানবদা শিজিন্নৈ।

Groundwood pulp উপী মশিংগী মকুপ। মসি খবরগী চে (newsprint) নচিংবা শাবদা শিজিন্নৈ।

Guarantor—লাইব্রেরী অমগী চাংনাইনা লাইরিক বাইদৌ অমসুং লাইব্রেরী অদুগী মেম্বর অমা ওইজগে হায়দুনা দমশাক থাবা মী অদুগী জামিন য়াবা অতোপ্পা মী।

Guide card—কেটেলোগ কার্ড য়ায়ামগী মরক্তা হাপ্পা entry য়ায়াম অদুগী মথং মনাও অমসুং অকুপ্পা মযোল তাকপা কার্ড।

Guillotine—চে ককনবা খুৎলাই মখল অমা।

Homonym—বানান চপ মান্নরা অর্থদি তোঙানবা বাহৈশিং খুদম :—(1) Seals (cryptic art) অমসুং Seal (2) (mamaal)।

Hotmelt - নপনববা গমগুম্বা পোৎ মথল অমা। মসি শাবিংদা তৈগদবনি অদুগা ইংলবা মতমদা নপশিনৈ।

Imparfects ছাপা নম্বদা য়াদতুনা মতুংন্দোক্লবা চে।

Impression—ছাপা অমুক নম্বদা থোকলিবা লাইরিক ময়াম।

Imprint—লাইরিক অমা কোংলিবা মফমগী মমিং লাইরিক কোংলিবা নত্রগা ছাপা তৌরিবা মী অদুগী মমিং অমসুং লাইরিক কোংবগী তারিক ইরিবা মফম Imprint কায়বা অসি Title page গী মথাদা অয়াম্বা মতমদা ইরৈ।

Incipit—বাহৈ অসিগী অর্থদি "অসিদগী হোৱে" হায়বনি। মমাংদৈদা (In the Medieval period) লাইরিক অমগী অহানবদা ইরম্বা বাহৈশিং।

Indextap—লাইরিক অমগী অপামবা লামাই অদু থুনা থিদোকপা মুংহাইনবা চেমা মরক্তা হাপচিল্লিবা নং নত্রগা চেগী কার্ড।

India paper—য়াম্না কনবা, মসুং কাওনা উবা ওমদবা তারক্তা নত্রগা অপান্দা শাবা চে। India paper অসি Bible paper হায়নসু খংগৈ। Bible মচিংবা মঙদা শিজিন্নৈ।

Indicator—লাইব্রেরীগী মনুংদা অমসুং মপান্দা লৈবা (পুথোক-খিবা অমসুং লৈরিবা) লাইরিকশিং অদুগী মশিং ইকম।

Information file—ঈ-পাওগী চে' হায়বদি pamphlet' বা চিংবা হাপলিবা file।

Introduction date—বাহৌদোক্কী মথক্তা নক্রগা মথাদা' ইরিবা তারিক।

Inverted heading—মথক মথা ওম্থোক্লগা কেটেলোগকী অহৌবদা ইরিবা Heading খুদমদি :—(I) Agricul-ture, Ministry of অমসুং (2) War conclusion, of অসিনচিংবা।

Inverted title—করিগুম্বা লাইরিক অমগী মমিং অসি শরুক অনি থোকনা থাইদোকপা য়াই অমসুং শরুক অনি অদু মথক মথা ওম্থোক্লগা কেটেলোগতা ইনৈ। মসিগী মরমদি মরুওইবা বাহৈ অদু মাংদা থম্নবগীদমক্তনি। খুদমদি Mahatma Gandhi, The story of অমসুং Green Frairs, The rearly history and changes of the order of.

## J

Jacket—কাজিন্দবা, লাইরিক মথুমগী মথক্তা য়োমশিল্লিবা মপান থংবা মথুম।

# L

L sheet—ইঞ্চি ৮ পাকপা ইঞ্চি ১ শাংবা চে পাং।

Laid paper—শাংনা শাংনা লৈই মযি তাবা চে।

Lamination - শেগাইবা অমসুং অশোনবা চে শেমজিনবগী নিয়ম মথল অমা। নিয়ম অসিগী মতুং ইন্না শেমগাইবা নত্রগা অশোনবা চে অদু, মসুং মপান ফাওনা উবা কংবা চৈ (Thermo plastic material) অনিনা মথক মখা চপলগা হিদাক মথল অমা হৈংজিন্দুনা হায়গী চেশা ওইহল্লি।

Large paper copy—চে অপাকপদা মন্বা লাইরিক (হায়বদি অচৌবা লাইরিক)। Large paper copy অসি হায়গী লাইরিককগী হেন্না চাওই হায়বদি Original edition নত্রগা Book তগী হেন্না চাউই।

Leading line—Catalogue card অমগী মথক ইথং থংবদা কৈনা চিংলিবা চৈথৈ (Line)। চৈথৈ অসিগী মন্নাক্তু লাইরিক ইবা মীগী মমিং ই।

Lemonnier style - লাইরিক্তা লৈরোং দৃশনচিংবা য়েকতুনা লৈতেংবা। মাসিগী খবক অসি Jean Christophe Henri Lemonier হায়বা নিপা অদুনা France তা হৌদোকখিবনি।

Levant Morocco—য়াম্না কবা মমল য়াম্না তাংবা এঙোরাগী হাংবগী মউন (Skin of the Angora goat).

Library edition—(১) চাং চপ মান্নবা লাইব্রেরীগীদমক নমলবা লাইরিক set নত্রগা Series ; (২) লাইব্রেরীগী-দমক কন্না ফা-খোংতুনা তৌরবা লাইরিক।

"Library has"—লাইব্রেরীগী কেটেলোগতা ইবা মরোল। মসিনা লাইব্রেরী অদুদা করিগুম্বা লাইরিক অমবু লৈ হায়বা খংহল্লি।

Limp binding—উপাক য়াওদনা অথোংপা লাইরিক মথুম পানবগী মওং অমা।

Limp leather—অকনবা (অরিঙবা) উপাক য়াওদনা শউন্না থুংনা মথুম পানবগী মওং অমা।

Linen—লাইরিক মথুম পানবদা শিজিন্নবা ফি মখল অমা (Flex ভগী শাবা ফি)।

Linen paper—শেগাই তুগাইবা ফিদগী শাবা চে মখল অমা।

Logotype—ছাপা তৌনবা পুল্লপ হৈবা লাইরিক ময়েক কাংলুপ অমা।

Look through—মুংশা মতাপ্পা চে খনগতুনা য়েংবা।

## M

M.F.—মিল নত্রগা মেচিন্না শারগা লোইশিনবা (Mill or machine finished)।

M.G.—মেচিন্না নাল্লহল্লবা (Machine glazed। Machine glazed paper হায়বা অসিগী মমাই নাম্মদি য়াল্লা নাল্লি।

Macle—ছাপা নম্বদা ময়েক শেংনা তাদদনা মাংহল্লবা চেবাং।

Main card—মরুওইবা লাইরিক্কী মমিংমচিংবা থাডুনা ইরিবা Catalogue card।

Main entry—লাইরিক অমা মশক খংনমবা লাইরিক অদুগী মরুওইবা মরম পুম্নমক ইরিবা অদু।

Make ready—ছাপ' নমদ্রিবৈগী মমাংদা য়াম্না কুপথনা Form অদুবু শেম শাবগী থবক।

Manila—(১) চে শানবা মচাক মখল অমা, ২) মানিলাগী চে (Manila paper)।

Manuscript Catalogue—খুৎন ইবা কেটেলোগ।

Marble paper—মচু শংলবা চে মখল অমা।

Masthead—কোংলবা লাইরিক অমগী মমিং, মপুনচিংবা তাক-লিবা লাইরিক নত্রগা চে।

Mechanical wood—হিদাক হাপ্লবা উ মকুপ্ন ওইহনবা নৎতবা; চুম্না মেচিন্না তকথাইরগা শেম্বা চে শানবা উ মকুপ। অসিগুম্বা উ মকুপ অসি থবরগী চে (Newsprint) শাবদা শিজিন্নৈ।

Mobile Library—লাইরিক হাপ্লা, কোইচৎ চৎতুনা লাইব্রেরীগী থবক তৌবা হবা গাড়ী।

Modular planning—লাইব্রেরী অমগী শঙ (য়ুম) অদু মকম অমদা হান্না মতেক মতেক শাদোক্নুনা থমলগা কোম্না লাইব্রেরী

ওইগদৌরিবা মফম অদুদা পানখৎপগী নিয়ম। যেঠিকে কান্দা চাওখৎলবা ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী অম ওইরবা লাইব্রেরী অমগী যুমগী মচাকশিং অদু কারখানাদা তোঙান তোঙান শাবগা অতোপ অতোপ্পা মফমদা কোম্না পানখৎলে।

Monograph—করিগুম্বা বিষয় অমখক্তা মরুম ইবা লাইরিক অমখক (Single volume)।

# N

Name Catalogue—লাইরিক ইরিবা মী অমসুং লাইরিক ফোংলিব' মফম অদুনা হাম্না ইবা, লাইরিক ময়েক মখং মনাও নাইনা (Alphabetically) শেমলিবা কেটেলোগ।

Newsletter—16 অমসুং 17 শুবা শকাব্দগী খুৎনা ইবা ঈ পাওগী চে।

Newsprint - খবর নম্নবা কয়া ফৎতবা মুক হাবা চে। মাসিগী চে অসি উ মকুপ (Mechanical woodpulp) তগী অয়াম্বা শাই।

Nomde plum—অশেংবা মী অমগী মিং নৎতবা, পামজনা থোক্লবা মিং।

# O

Oasis- অয়ুবা শাত্র (রিশার্চকী ছাত্র,) খরম্না শিজিন্নবা লাইব্রেরীগী মফম।

Obverse cover—লাইরিক অমগী অকানবা মমাংথংবা লমুম।

Onion skin—তিলহৌ মরুগী মপ্রাম মানবা চে অাং অমা।

Overdue notice—লাইরিক বাইরগা মতম চাবা হল্লক্কবা মীদা লাইরিক হল্লকউ হায়দুনা পিবা Notice।

Over run—অচেনবা লাইরিক মশিংদগী হেন্না থাজিল্লকপা লাইরিক মশিং।

## P

Page break—লামাই অমগী অরোইবা মফম (The points in the text of a book where one page ends and the next one begins)।

Papyrus—উ মকুনা শেম্বা লাইরিক ইমবা পোৎ অমা। ইজিপ্তকী নাইল তুরেলগী মমাক্তা অসিপম্বা মচাক অসি শামবা পাম্বী য়াম্না হৌই।

Personal catalogue—কনাগুম্বা মী অমমা ইবা লাইরিক অদু হায়রিবা মী অদুগী মমিংনা মকোক্তা হান্না ইদুনা শেম্বা কেটেলোগ।

Playcard catalogue—চে পাংদা ইবা মমাঙা ইমাম লাইনা য়েংবা মুংঙাইনবা ফকলাংদা থেৎতুনা থম্বা লাইরিকগী লিষ্ট।

Pocket—লাইরিকী মমৈগী মমুং থংবা মথুমগী মমাইদা, মখাং বুক কার্ড হাপ্নবা চেগী থাও।

Polygraphic—মী ময়াম্না ইবা।

Private mark - মমাংথংবা লাইরিক মথুমগী মস্নুংদা মক্রপা লাইরিক মমিংথাবা লামাইদা লাইরিক অদুগী মপূ খংনবা ইরিবা খুদম।

## Q

Quarter binding—লাইরিক ফাবদা লাইরিক অমগী মনমদা (spine দা) হাপ্পা মচাক্তা লাইরিক অদুগী মথুমগী অতৈ শরুক্তা হাপ্পা মচাক্ত মান্নহন্দবা।

Quarto—চে পাং খরা মথুপ অনিরক থুপলগ, লাইরিক অমগী size ওইনা শেম্না।

Quire—চে পাং ২৪ (রিম অমগী শরুক ২০ থোকপগী শরুক অমা)।

Quinternion চে পাং মঙানা অমুক্তা থেকলগা ওইরিবা মঙং।

## R

Rag paper—শেগাই ভুগাইবা ফিদগী শাবা চে।

Ramei—য়াম্না ফজবা অমস্নুং কুপ্পা চে শাবা মচাক মথল অমা। অসিগুম্বা মচাক অসি Bank note কী চে শাবদা শিজিন্নৈ।

Repertory—তোঙাম তোঙামবা লাইব্রেরী খরগী অপুনবা কেটেলোগ।

Royal—ইঞ্চি ২৫ শাংবা ইঞ্চি ২০ পাকপা ছাপা মমমবা চেগী size।

## S

Sealskin—গ্রিনলেণ্ডদা ফংবা সিল (Seal) গী মউন।

Self cover—পামফ্লেট অমগী চে অদুগা মান্নবা চেমকমা ওইবা মখুম।

Shelf-reading— লাইরিক থমফম উপুদা লাইরিকশিং অদু মফম চানা লৈব্রা হায়দুনা য়েংবা (check তৌবা)।

Simplified cataloguing— নিয়মগী মতুংইন্না অকুপ্পা মরোল কয়া ইফম থোকপা অদু ইদদুনা শন্না কেটেলোগ. তৌবা।

Spine—লাইরিকী মমম (Back).

Staff enclosure—লাইব্রেরীগী থবক তৌরিবা মীশিংনা শিজিন্ন-নবা লাইব্রেরীগী মফম অমা

Strawboard চরুদগী শাবা লাইরিক মখুম পামবদা শিজিন্নবা উপাককুম্বা পোৎ মখল অমা।

Subject catalogue—Subject মা মকোক্তা ইবা কেটেলোগ।

Subscription book—মীয়াম্না পৈশা থাইদদুনা ফোংবা লাইরিক (অসিগুম্বা লাইরিক অসি ফোংবা লোইরগা শেল থাইবা য়াওবা মীশিংদা কোপি অমমম পি)।

## T

Thematic catalogue- ইশৈ লেংবা নিপা অমগী লাইরিক-শিং অদুগী কেটেলোগ।

Title-a-line — Entry থুদিংমক পবেং অমদগী মেমা শাংনবা অশম্বা কেটেলোগ মথল অমা।

Topic guide—লাইব্রেরীদা লৈবা লাইরিকশিং অদুগী লৈকম তাকনবা Subject নচিংবা ইবা উ নত্রগা চেমা শাবা পোৎ অমা।

Titlonym - লাইরিক ইরিবা মী অদুগী মমিং থংবা মতমদা লাইরিক অদুগী মমিংনা হৌদুনা কেটেলোগ তৌই। অসি-গুম্বা লাইরিক মমিং (Title) অসিবু Titlonym কৌই।

Transliteration অস্তোপ্পা লোন অমগী বাহৈশিং অদু অতোপ্পা লোন অমগী ময়েকনা অমুক ইথোকপা। মসিবু ortho-graphic equation হায়নসু থংবৈ।

Transcription - অতোপ্পা লোন অমগী বাহৈগী খোনোক অদু অতোপ্পা লোন অমগী ময়েক্না ইথোকপা।

V

Variorum edition—তোঙান তোঙানবা Editors অমসুং Commentators গী notes য়াওবা লাইরিক (Editions)।

Vellum—শমাও মচাগী মউন্দগী শেম্বা লাইরিক ইনবা চে মানবা পোৎ।

Verso—লামাই অমগী অতোপ্পা মাকল। (Reverse or back of a leaf,

## W

Water mark—চেগী মনুংদা চে শাবা মী নত্রগা কোম্পানী মশক থংনবা থাবা খুদম। (খুদম অসি—চে অদু মুংশাদা থান্দুনা য়েংলবদি উবা ফংই)।

Whatman paper— ইংলেণ্ডগী খুংনা শাবা য়াম্না নানবা চে মখল অমা।

## X

Xylography উগী ছপানা লাইরিক নম্বগী মওং মখল অমা।

## Y

Yellowbacle মী খাইনা পাম্নবা অহোঙবা উপন্যাসকী লাইরিক A popular cheap novel)।

## Z

Zerography—ফোটো নম্বগী মওং অমা (A kind of dry photographic method.

# কার্ড কেটেলোগ কেবিনেট



(১) মসি মখোং মরি পানবা অশংপী ড্রোবার ( Drawer ) ২, ৪, ৬, ১০ নত্রগা ১৫ পানবা য়াই। ড্রোবার থুদিংমক ৭·৫ × ১২·৫ ( সেন্তিমিটার ) গী কার্ড কেটেলোগ হাপ্পা চলহনগদবনি। ড্রোবা অমগী মনুং অদু ৩½" দগী তাদনা পাকহনগদবনি। অদুগা ৩½" দগী তাদনা ৱাংহনগদবনি। থুদোং চাবা মতুংইন্না শাংহনবা য়াই। কেবিনেটকী ৱাংবা পাকপনচিংবস্থু থুদোং চাবা মতুংইন্না শেম্বা য়াই। মসিগী মওংস্থু অপাম্বা মতুংইন্না শাবা য়াই।



(২

লাইব্রিক পিথোক পিশিন তৌননবগী ডেস্ক ( charging desk )। মসি তোঙান তোঙানবা মওংদা শাবা য়াই। চাউবদি লাইব্রেরীগী কা অচুগী মতুং ইল্লে। মাসি ইঞ্চি ৩২॥ মক্রগা ৩৯ বাংহনবা য়াই।

(৩) মুমিৎ খুদিংগী হল্লকপা নত্রগা পিথোকখিবা লাইরিকশিংগী ময়ম খংননবা চে, কার্ড্রনচিংবা থম্বনবা উপু charging tray)। মাসি কা ১ নত্রগা ২ থোকনা শাবা য়াই। মসুংগী অপাকপা ৩১/৪" অৱাংবা ৩১/৮" অমসুং অশাংবা ১২" ওইবনা ফৈ। ইঞ্চি ৫ শাংবা ইঞ্চি ৩ পাকপা কার্ড হাপ্পা চলহনগদবনি।




(৪) মসুংদা কা ২ য়ওবা (charging tray)। কা অময়মগী চাউবদি নম্বর ৩গী Tray গা মান্নগনি।



( ৫ )

ডেক্সমাখি, এনসাইক্লোপেদিয়ানচিংবা থম্ফম (Dictionary Stand)। উপু অসি পংচাও চাওদে। ভাইহাক লৈভনা থাংদোক থাংজিন তৌবা য়ানবা চনবা কৈ। মাসিগী মওং মতৌ অমদি চাওবা পিকপগী বাফম অসি লাইব্রেরীয়ান অমসুং অতৈ অখং-ক্রৈশিংগী মোংকী মতুং ইল্লে।

(৬)







(৭)

(৬),(৭) ইস্পাৎনা শাবা লাইরিক হাপ্নবা শিদোক শিজিন য়াবা উপু নত্রগা খাড়া ( Adjustable steel shelf )। ইনা শাবা উপুদগীদি ইস্পাৎকী উপু-না লাইরিক হাপ্নদা য়াম্না ফবা হেন্নি। Adjustable steel shelf অসি মমাই পান্দে। উগী উপুস্থ নিংথিনা অফবা উনা শান্নবদি শিজিন্নবদা থোইনা কাইদে।




মেগাজিন হাপফম (Magazine rack)। মাসিগী মগুং, চাওবমচিংবা অসি খুদোংচাবা অমসুং অপাম্বা মতুংইন্না ওইহন্নবা ম্রাট ইঞ্চি ৪৮ বাংবা অমসুং ইঞ্চি ৩৫ পাকপা ম্রেক্ শিজিন্নবনা থন্ন খুদোং চাই। মসিগী মথক্তা কাখল ৪।৫ লৈরিবা অসিদা মেগাজিন হাপ্পা অসি য়াম্না ফৈ; ভাগন্দে।




(৯)

খবর লেংশিন্দুনা থম্নবা চৈ মখোক (News-paper stick holder)। খবরশিং অসি তংখাই থাইদোকপা চৈ অমমা চপ্পুনা থম্মী অডুগা চৈ অদু মথুল হুংপা মখোক অমদা লেংশিল্লি। মখোক অসি মথুন ৪।৭ হুংপা য়াই অদুগা থোংনাও নত্রগা খোংজাওগী পোংবাদা ফাজিন্নুনা (লেংশিন্দুনা) থম্বা য়াই।

(১০) লাইব্রিক ভুদনবা লাইব্রিকী মাকন্দা থম্নবা ডাকলো (Book end)। মাসি ইঞ্চি ৫॥ য়াংহনবা কৈ। মসি অপাকপা য়োং অমা ময়াইদা কোংথোক্লগা (কেন্দি কেলহন্দনা) কোংথোকলিবা শরুক অদু থেকথম্নগা শেম্বনি। মসিনা লাইব্রিকী পয়েংগী মমৈদা অমস্থুং মম্নক মম্নক্তা হাপলগা লাইব্রিকশিং অদু চুমথ্রিং চুম্না লৈহল্লি।

১০



১১



(১১) পামফ্লেট, বুলেটিন, পিকচম্রনচিংবা থম্নমবা উপু (Vertical file cabinet)। মসিদা মথল মথলগী চাওবা মাম্নদবা ড্রোয়ার ৩ নত্রগা ৪ পানবা য়াই। অককপা মশিং লৈতে। মাসি শিঙিম্নবা অসি লম কন্দে অমস্থুং থ্বদোংচাবা কম্না লৈ।

লাইব্রেরীদা থুংলবা লাইরিক পুস্তক ইশিন্নবা এক্সেসন রেজিষ্টার অমগী মতুংগী মওং।

| *Sl. No.* | *Title* | *Author* | *Publisher and Place of Publication* | *Date of Publi-cation* | *Source* | *Price* | *Cost* | *Pages etc.* | *Call Number* | *Remarks* |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | | | | | | |

থা থুদিংগী কোংবা মেগাজিননচিংবগী কার্ড
কেটেলোগ ( মমাইগী মঙুং )

*Title of the Journal*
*Date of Arrival*

| *Year* | *Vol.* | *Ja.* | *Feb.* | *Mar* | *Ap.* | *May* | *Ju.* | *Jy.* | *Ag.* | *Sp.* | *Oct.* | *Nov.* | *Dec.* | *Rema* |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | | | | | | | | | | | | |

মনমগী মঙুং

*Source*

*Title Page & Index*

*Date of Renewal*

*Frequency*

চয়োল খুদিংগী কোংবা মেগাজিন্নচিংবা ইশিন্নবা কার্ড কেটেলোগ।

| Title | | | Ap. Day of arrival | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | Year | | Vol. | | Year | | | | Vol. | | | |
| Month | | | Week | | | | | Week | | | | |
| | | | 1st | 2nd | 3rd | 4th | 5th | 1st | 2nd | 3rd | 4th | 5th |
| January | ... | ... | | | | | | | | | | |
| Feb. | ... | ... | | | | | | | | | | |
| March | ... | ... | | | | | | | | | | |
| April | ... | ... | | | | | | | | | | |
| May | ... | ... | | | | | | | | | | |
| June | ... | ... | | | | | | | | | | |
| July | ... | ... | | | | | | | | | | |
| August | ... | ... | | | | | | | | | | |
| September | ... | ... | | | | | | | | | | |
| October | ... | ... | | | | | | | | | | |
| November | ... | ... | | | | | | | | | | |
| December, | ... | ... | | | | | | | | | | |